সেক্সপিয়ারগী

# জুলিয়স সিজর



মণিপুরীদা হন্দোকপা

আই. আর. বাবু সিংহ

সেক্সপিয়ারগী

# জুলিয়স সিজর

মণিপুরীদা হন্দোকপা

**আই. আর. বাবু সিংহ**

ট্রাইমভরেং পব্লিশর্স, ইম্ফাল

২০০৪

# সেক্সপিয়ারগী জুলিয়স সিজর

*(Shakespear's Julius Caesar)*



ফোঙবা ঃ ট্রাইমভরেৎ পব্লিশর্স
নিংথেমকোল, ক্বাকৈথেল,
ইম্ফাল-৭৯৫০০১, মণিপুব

| | | |
|---|---|---|
| অহানবা ফোঙবা | ঃ | ১৯৮১ |
| অনিশুবা শেমদোক্লবা খুৎনম | ঃ | ১৯৯৮ |
| অহুমশুবা খুৎনম | ঃ | ২০০৪ |

মমল ঃ লুপা ৭০/-

নম্ফম ঃ ইবোযাইমা প্রিন্টর্স, মোইবাংখোম লোক্লাওবুং, ইম্ফাল।

# ব্রাহৌদোক

"জুলিয়স সিজর" খৃষ্ট কুম ১৬০১ দা সেক্সপিয়রনা "হেমলেট" ইদ্রিংঙগী হেক মমাঙদা ইখিবা ত্রেজেদিনি হায়না লৌনৈ। ব্রাখলদা উংবদগী ওইবকপা ত্রেজেদিনি (ত্রেজেদি ওফ রিফ্লেকশন) হায়নসু লৌনবা লীলা অনিসিগী মনুংদা মান্নবা ব্রাফম কয়া য়াওরি। ত্রেজেদি অনিসিগী হিরো ব্রুটস অমসুং হেমলেট অনিমক থবক্কী লমদা হৈশিংদবা, ব্রাখলদা উংদুনা লৈবা মী ঙাক্তনি; মখোযনা থেংনরুবিবা ফিবমশিং অদুনা অকবা ফিবমদা তাহন্দুনা, ইনশিন্দুনা থৌবমশিং অদুদা অকনবা শকক য়াখি, যাদবা যাদবদগী, মখোয অনিমক অব্রা-পোলোই নংখি— ব্রুটসনা লোয়নবগী ফত্তবা, মবৌ লৈবা পাউতাক্তগী, হেমলেটনা থবক পাঙবা ঙম্বগী থৌনা মশাদা য়াওদবদগী। মখোয অনিমক মশা মশাগী অশোয়বগী লাংদা ফোইথুনদুনা মাঙখি। ব্রুটসকা মবী লৈনরুবদগী পোর্সিয়া ঙাওচংনদুনা শিখি, ওফেলিয়ানা হেমলেটকা মরী লৈনরুবদগী শিখিবগুম। লীলা অনিমক্তা এন্টোনি অমসুং হোরেসিযো অনিনা বাজভক্তি অমসুং লেঙদবা মকপকী মতৌ হাযবদু উংলি। মীওইবা পুন্সিগী মতৌ নত্তবা মঙ-হাগী তাইবংদা থোকপা ভূত-প্রেতকী থৌদোক-ব্রাথোক লীলা অনিমকসিদা যাওই, মখোয়না লীলা অনিসিদা লমন খুমনবগী থবক্তা ইনশিল্লি, থৌদোংই। "জুলিয়স সিজব" গী অনিশুবা অঙ্কগী অহানবা উংপদা

যাওবিবা ব্রুটসকী মশা মতোমতা ঙাঙজবা ব্রা 'মসিদ মহাক শিবনা ওইবা তাই' হায়না হৌবা সোলিলোকি অসিগী ভাব, মওং অসিগা "হেমলেট" কী অহুমশুবা অঙ্কগী অহানবা উৎপদা য়াওবিবা হেমলেটকী সোলিলোকি- 'ওইববা, ওইদববা, বাহংদি মদুনিসে'— হায়বসিগা মাংবা কযা য়াওবি।

"জুলিযস সিজব" দা থোক্লিবা থৌদোকশিং অসি খৃষ্ট পোকাত্রঙৈ মমাঙ ৪৪ শুবা চহিগী ফেব্রুৱাবিদগী খৃষ্ট পোক্লবা মতুং ৪২ শুবা ফাওবগী মনুং চহি অনি খবা হেনবগী মতমগী থৌদোকনি।

লীলা অসিদা খ্বাইদগী মকওইবা শকক লৌবিবা মীদি ব্রুটসনি। জুলিযস সিজবদি লীলা অসিদা শৃপ্রগী অহুমলকপক্তা মশক উৎলি, মহাক মশা শোল্লবা, মনা নাম তাথিববা অন্ধবিশ্বাসতা কয়া থাজববা মীশক অমা ওইনা উৎলি, মপাংগল, মথৌনা ফবিঙৈগী মী খুদিংমক্কী পুক্লং শুমহৎপা ঙম্বা সিজবদু ওইনা উবে। অদুবু লীলা অসি "ব্রুটস" হায়না মিংথোন্দনা "জুলিযস সিজব" হায়না মিংথোল্লি, মবমদি জুলিযস সিজবনা লীলা অসিগী থৌদোক ব্রাথোক পৃষ্মমক্কী খোঙহৌফম ওইবদা নত্তনা মহাক্কী ইথিলনা প্লোট ব্রাবীগী থৌদোক- ব্রাথোক ওইহল্লি অমসুং ইকুপ কুর্পাশল্লি। ত্রেজেদি অসি সিজব হাৎপা অমসুং সিজবগীদমক লমন খুম্বা হায়বসিনা যাংলেন শক ওইবগা শেমগৎপনি, ব্রুটস, কেসিয়স অমসুং এন্টোনিনা লীলা অসিগী মপানথোংগী থৌদোক-ব্রাথোক্তা মকওইবা থৌদাং মতিক চানা লৌববসু, সিজবগী চিংলেম্বা, মহাক লৈবি, যাওবি হায়বসি মশা শিথ্রবসু খন্দবা, ফাওদবা ঙমদবা শক্তি অসিনা পুন্দুনা কুপ্তুনা লৈ। সিজবনা লীলা অসিগী নুংগী, থৌদোক বাথোক পৃষ্মমকপু থোকহল্লিবা থৌইনাশিননি— লীলা অসিগী লোইশিল্লকপগী অমসুং হৌবকপগী মতাং মতাং কযাদা। সিজব হাৎখিবনা মাগী শক্তিদু হেন্না মথৌ শঙদুনা শাফু পীবকখি— পৃষ্মমক অসি ওইবকপদা সিজব মতোমতনি থাদোকপা য়াদ্রবা ওইবিবসি।

ব্রুটসগী চবিত্রদা সেক্সপিযাবনা থবক ওইনা পাঙবদা, থবক্কী লমদা হৈশিংদবা, লাইবিক-লাইশুগী স্তান্দা লুপ্তুনা লৈবা পুকচেল চাউবা মী অমবু শিনথানা, থবক্তা নন্দুনা চাংযেং তৌবদা মাযথীখিবা মী অমা ওইনা উৎলি। ব্রুটস দার্শিনকনি, ফিদমদা ঙাওজবা মীনি, পুন্সি অমসুং মীওইবগী অশেংবা মনুংগী শক্তম অদু পঙবা, উবা ঙমদবা অলাংবা থিযোবি অমদা পেঞ্জবা মীনি;

অরা নুংঙাই কবিসু নাচুংবিদবা, অথোৎপা অমেঙবা মিৎযেংনা লমজিংবা মীনি মহাক্তা। লাইবিঞ। ঙাওজবা ক্রুটসনি; লাইবক্না নানথোকপা যাদনা মহাক্কী পুন্সিগী অশেংবা মশক খঙবা ঙমদনা থিয়োবিদা তাউদুনা লৈবদগী অশেংবা থবক্কী লমদা চিংদুনা পুবকপদদি, মানা লোযনবা মকপ-মপাং কযাগা শম্নবা ঙমদবগী অশোগবা, মখোযগী মিৎযেং, ৱাখল উবা, খঙবা ঙমদবা, পুন্সিগা মাযোক্লবকপদা মাযথীবকপা পূন্নমক অসি মযেক শেংনা ফোঙদোবকই। পূন্নমক অসিগী অশেংবা মশক্তা কোযশিল্লক্লবদা ক্রুটস মশাগী অশোযবা খঙবা, অশেংবা থম্মোয পানবা মী অমা ওইনা, মীযাম খ্বাইগী কল্লক মীহৌবা অপান্না শকখংনদনা লেপ্তুনা লৈখি। হৈমলৈটকুমনা মহাকসু মহাক্না পোক্লবিবদু ফত্তবা মতম্না হাযনা খনখি অমসুং অসিগুম্না মতমগী অশোযবশিং অসি মহাক শেমদোকপা তঙই খনখি। মশাগী যেংবা ৱাখল, মিৎযেং অসিগুম্না মীগী মশাদা যাওদে। পামজবা নীতি হাযবসিতনা মাগী লমজিংনি। কেসিগস অমসুং লৌতুনবদা যাওবা মী অতৈ অতৈদুদি সিজদবু কল্লকপদগী মাবু মাঙনবা থবক্তা যাওখিবনি, ক্রুটসাত মশাগী ওইজবা, কান্নবা যেংদনা যাওখিবা নত্তে। বোম অমসুং বোমানশিংগী অফ-নুংঙাই হাযবাসতনা ক্রুটসর্কা ল্লাইনিংনি। অদুবু থবক্কী লমদা তাংকপদদি মহাক মাযথিখি, মানা মাযথিবিবগী মবম্না মীওইবগী মহৌশা হাযবসি খঙদবদগীনি। মীওইবগী মহৌশাগা শকখঙনদবা মীনা মানা পামজবা লাইবিক লাইশুগী তাইবংপান অদু থাদোক্কুনা থবক্কী লমদা খোঙদাবকপদা শোযদনা মাযথীবা তাবনি। মহাক্কী ৱাখল অমসুং পুক্রিংনা শেম্না তাইবংপান পূন্নমক্তগী তোঙাল্লি অমসুং মাগী ফিদম অমসুং পুক্রিংনা শাগৎপা তাইবংপান অদুদি মিনম্বনি, ওইদবানি, মঙনি। মবম অসিনা ক্রুটসনা লৌতুনবগা মবী লৈননা পাঙথোকলিবা থবক পূন্নমক অমসুং মদুগী ফলাশং মদু অওইবা থবক্কী মিৎযেংদগী মথং মথং শোযবকপনি। ক্রুটসনা পাঙথোকখিবা থবকশিং অসিদ শম্না হাযববদা, অবানবা, অশোযবা কযাগী অবা-পোলোইনি। ঐখোযদা ক্রুটস অমসুং মাগী মবাইবক অদুগীদমক্তা নুংঙাইবিদে, মীনাংশ পোকই অদুবু মী অমা ওইনা ক্রুটস অমসুং মাগী চবিত্রগী মতাংদদি মার্ক এন্টোননা হাযবিবসিদা হোংনিংঙাই লৈতে ঃ

*মখোয মযামগী মনুংদা মহাক্না*

*খ্বাইদগী পুকচেল চাউবা বোমান অমনি,*

*লৌতুনবদা যাওবা মী অতৈ পূন্নমক্তি মহাক নত্তনা*

*য়াওখিবনি লৌতুনবদু সিজরবু কল্লকপদগী,*
*মহাক মতোম্মতনি খ্বাইগী য়াইফনবা অচুমবা ৱাখলদগী*
*খন্দুনা য়াওখিবনি মখোয়গী মরক্তা*
*মাগী মপুন্সিদি চিংলেম্বনি লেমজনিংঙাই ওইখিবনি,*
*মাবু শারকপদা য়াওখিবা পঞ্চভূততুসু*
*চাংমান্ননা অথোই-অহেন নাইদনা তিন্দুনা হাপখিবনি,*
*মাবু উবদা মহৌশামক্তা লেপতুনা লাউরক্কনি*
*তানবা জগৎ পূম্বা*
*"মহাক্তি মী হায়বদু ওইখিবনি।"*

কেসিযসতি ব্রুটসকী ওন্ন-তৈনবনি। মহাক তাইবংপান্দা লৈবিবা মীওইবগী মচৎ, মওং নিংথিনা খঙবা মীনি, করিগুম্বা মওংগী অথোৎ-অমেং ৱাখল অমসুং অচুম-চুমদগী পুক্লিংনা মান্না নীংবা কয়াবু অপনবা পীরন্দনা জগৎপু থেংননবা লেপখিবা মীনি। ব্রুটসকা কেসিয়সকা অনিগী মরক্তা লৈবিবা খেন্নবা মিৎয়েং, ৱাখলসি ড্রামা অসিগী হৌরকপদা মখোয় অনিনা সিজরগী মায়োক্তা লেপখিবা অদুগী ৱাখল-মীৎয়েং অদুদা ফোঙদোক্লি। মহাক্তা সিজরবু হাৎননবা লৌতুনবগী খুজিল অদু রোমগী কান্ননবা ময়ামগী ওইবা অফবনা লমজিংখিবা নত্তে, মদুগী মহুত্তা সিজরবু কল্লকপা, য়েংথিবা অমসুং মশাগী ওইনা নুংঙাইতবদগী পায়খৎখিবনি

*... অদুগা নুপা অসিনা অদুগুম্বা*
*ওইখরে লাইমক ঙসিদি, অমরোমদা কেসিয়সতি*
*ওইরি তোল্লবা জীব অমা,*
*নোঞ্জবা তারি ঐহাক ইকোকসি*
*চুম্নতা য়েংদ য়েংথোরকপদা সিজরনা।*

কেসিযস লানগী জেনেরেল ওইরদা হৈশিংবা, মতিকচাবা মীনি, অকুপ-অতা পূম্নমক মনুং হুনজিয়া খঙবা মীনি। মহাক লৌতুনবদা হৈশিংবা, সিফাই অমা ওইনা মতিকচাবা মী অমা ওইখি, অদুগা ব্রুটসতি লাইরিক্তা য়াওবা সান্দা ঙাওদুনা লৈজবা মীনি।

মার্ক এন্টোনি মীতেক-মীবৌ খঙবা, মীওইবগী চৎনবী, হৌনবী নিংথিনা খঙদুনা মহাক্কী ওইজনবা, কান্নবদা শিজিন্নবা হৈবা মীশর্কনি। মহাক জুলিযস সিজববু শেংনা নুংশিখি, সিজববু হাৎখিবদুনা মঙোন্দা অৱাবা পীবদা নত্তনা মহাক মশামক লৌতুনবশিংদগী মখুত্তা তাববা, ফিবম লুনা লৈরবা মী অমা ওইখি। অদুবু মাগী হৈশিংবা অমসুং মীযামবু কবি উপাযনা মপুকচেল ওলহনগদগে হাযবা কুপনা খঙলবা হৈশিংবদুনা সিজবগী মাযোক্তা লৈবন্না বোমানশিংবু মপূক্লিং ওলহন্দুনা সিজববু নুংশিবা, মাবু য়াবা মীযাম ওইহনবা ঙমখি। মহাক্না সিজববু নুংশিজে, সিজবগীদমক্তা মপুন্সি কৎথোকখি। দিকটেটর্বান খন্নববা জুলিযস সিজবনা শিখ্রবা মতুংদা মাগীদমক্তা কবিসু তৌখিদে, তৌনবগী খুদোংচাবসু লৈতে; মবম অসিনা এন্টোনিনা ফিবমগী মতুংইন্না সিজব হাৎখিবা মীশিং অদুগা চান্নবা তাখি। অদুম ওইনমক সিজববু মহাক্না নুংশিজবা অদুনা মাগী পূক্লিং লমজিং ওইদুনা সিজবদা লানখিবা অমসুং মাবু হাৎখিবা অদুগী লমন খুন্নবগী থৌইনশিন ওইখি। মহাক মকপপু মুন্না শকখঙবা, অৱা-নুংঙাই পূন্নমক্তা থাদোক্তবা অশেংবা মকপ ওইখিবা মীনি।

"জুলিযস সিজব" গী অঙ্ক ৩:২ দা যাওবিবা ব্রুটস অমসুং এন্টোনি অনিনা সিজব ফুন্নগী মতাংদা ঙাঙলিবা ৱা অনি অসি সেক্সপিযাবনা চবিত্র অনি অসিগী খেন্নবা হৈশিংবা উৎপগা লোযননা মীযাম তিনবদা মীযামগী পুক্লিং ফাজিন্নবা কমদৌনা বা ঙাঙগদগে হাযবদু উৎলি। ব্রুটসনা ঙাঙলিবা অসি বাবেংনি, মহাক্কী পান্দমসু বুদ্ধি হাযবদি বোমগী মীচম প্রজাশিং অদুনা মশা মশাগী অচুম-অবানগী বুদ্ধি শাজিন্নদুনা ব্রুটসখোযনা তৌকবিবা সিজব হাৎপগী থবক অদু যেংজৌ, খনজৌ হাযবাসনি। খঙবদা লুনা থোক্লবা মবৈবাক নীংবা, সিজব হিংদুনা লৈবগা বোমগী প্রজাশিং মীনাই ওইবা অসিনচিংবা ৱাফমশিং অাস বোমান মীচমশিং অদুগী মফমদদি খঙবদা ৱাবদা নত্তনা কবিসু ওইখিদে।

ব্রুটসনা ঙাঙলিবসি লোইশল্লকপদা বোমানশিংনা মাবু সিজব ওইহল্লো, সিজবগুম লুনা তৌগদবানি অসিনচিংবা কযা ফোঙদোকখি। মতাং অসিদা মার্ক এন্টোনিনা মাযোক্লাবিবসি সিজববু ফত্তবা মীনি, বোমগী যেক্লবনি হাযনা লৌববা লৌতুনবশিং অদুনা মাবু হাৎলিবসি চুন্মী মবম চায হাযনা লৌবনা মীযাম অমগী মফমদা সিজব হাৎলিবসি চুমদবানি, সিজবনা বোমগী

প্রজাশিংবু নুংশিরম্মী হায়বা উৎতুনা মীহাৎপশিংদুগী মায়োক্তা লান হৌহনগদৌরিবা মাবু শাউবিবা মীয়াম অমা থেংনগদৌবিরনি। অসিগুম্না মীয়াম থেংননবগী অমসুং মীয়াম অদু মাগী মায়কৈদা, মীচংদা ওনশিলহল্লক্রুবগীদমক এন্টোনি য়াম্না হৈশিংবা তাই। এন্টোনিনা মহাক অহৌবমক্তদা সিজরবু ফুম্না য়াওবা লাকপনি মহাকপু থাগৎপা লাকপা নত্তে হায়না হৌরকই। অদুদগী সিজরনা মীয়ামবু নুংশিজরম্না অসিনচিংবগী মরমদা পল্লগা সিজর আশা চার্উখিবা মী নত্তে হায়বা উৎখি। মানা হায়রিবসিগী সাক্ষি ওইনা এন্টোনিনা সিজবগী উইল ময়ামদা উৎখি। উইল অদু পাবা তানবা মহাক্লা মীয়াম্বু লৌতুনবশিং অদুগী থাগুনা থিন্দুনা ঈহং-নাইহং শানা লৈববা সিজবগী অশিবা মশা অদু উহনখি। অসুম্না মীয়ামগী মনানা তাজনবা হায়বগা লোযননা মমিৎনা থাগুফম কয়া লৈরবা সিজবগী অশিবা মশা অদু উহন্দুনা মীনুংশি ফংবা ঙমখি অমসুং মাগী মীচংদা লৈদুনা মীহাৎপশিং অদুগী মায়োক্তা লেপহনখি। ব্রুটসকী ব্বারেং ওইনা ঙাওলিবা অদুগী মহুত্তা এন্টোনিনা ছন্দ, তাল নাইবা শৈরেং ওইনা ঙাঙদুনা তারিনশিংগী পুক্লিংবু লায়না ফাজিনবা ঙমখি। এন্টোনিনা মীয়ামগী পুক্লিং শগুখি, মীয়াম্না পাম্বদু খত্তদুনা বোমানশিংবু মাগী মীচং ওইহনবা ঙমখি।

# লীলাদা য়াওবা মী

জুলিয়স সিজর

অক্টেভিয়স সিজর
মার্কস এন্টোনিয়স
মার্কস ইমিলিয়স লিপিডস
— *জুলিয়স সিজর লৈখিদ্রবা মতুংদা ওইবকপা ত্রাইমভাযরশিং*

সিসেরো
পব্লিয়স
পোপিলিয়স লেনা
— *সিনেটকী ফম্নাইবশিং*

মার্কস ব্রুটস
কেসিয়স
কাস্কা
ট্রেবোনিয়স
— *জুলিয়স সিজরবু হাৎননবা লৌতৃনবা মীওইশিং*

লিগারিয়স
ডেসিয়স ব্রুটস
মেটেলস সিম্বর
সিন্না

ফ্লেবিয়স অমসুং মারুলস – মীয়ামগী লুচিংবা
নিডোসকী আরটিমিডোরস, সোফিস্ট অমা
সুটসেযার – তুংদা থোক্লক্কদবা হান্ননা খঙবা ওস্বা মীশক অমা
সিন্না, কবি অমা
অতোপ্পা কবি অমা

| | |
|---|---|
| লুসিলিয়স<br>টাইটিনিযস<br>মেশালা<br>কেটো নহা<br>ভোলুমনিযস | *ব্রুটস অমসুং*<br>*কেসিযসগী মকপ* |
| ভারো<br>ক্লিটস<br>ক্লার্উডিযস<br>স্ট্রেটো<br>লুসিযস<br>ডাবডানিয়স<br>লাবিযো<br>ফ্লেবিয়স | *ব্রুটসকী মনাই-মশল* |

পিন্দাবস, কেসিয়সকী মনাই

ক্ললপর্নিযা, সিসরগী মহারানী

পোর্সিযা, ব্রুটসকী নুপী

সিনেটবশিং, প্রজা মীযাম, ওফিসারশিং, মনাই-মশল মযাম।

# জুলিয়স সিজর

## অহানবা অঙ্ক

### অহানবা উৎপা

#### রোমগী লম্বী অমা

ফ্লেবিয়স, মারুলস অমদি প্রজা মীচম খরা চংলকই ।

ফ্লেবি: চৎথ্রো চৎলুনাতে ! নয়ুমদা, কতনা ওইনা পোক্লবা জীব নপোযবু: করিগী ছুটিনো ংর্সিসিবু ! খঙদ্রা নখোয়বু নশা নশানা ওইকনবানিনা খুৎথেবা ছুটি নত্তবা থবক্কী মতমদদি চৎপা যাদে হাযবসি নঙ নঙনা তৌবিবা থবক্তুগী পাযদনা খুৎজু-খুৎলাই, শেৎতনা ফিজোল নশাদা ? হাযযু তাসি নঙদি করি থবক তৌরি হা !

১বা মীচম: ননাই ঐহাক উ শুর্নান ।

মারুলস: কদাইদা হুন্দোকলমলে নঙগী শউনগী ফুরিৎ অচোনবীগা পথাপ তুগদি, লৈজবা ফিবোল শেৎ-চাদুনা করিনো তৌরির্রসিবু ? অদুগা নঙদি হা ! করি থবক তৌরি ?

২বা মীচম: ননাই ঐদি তৌশিংলবা খুৎথেবা অমগা চাংদম্নদুনা হাযজবা তাবর্রাদ, চুম্নগী করিসু ইশঙ খঙজদবা ইহৈ হৈজদবা খোংঙুপ শেমজনা মীশক অমনি ।

মারু: অদুবু নঙবু করি থবক তৌবগে হাযবনি ?
চুম্না খুম্মু ঐনা হংলিবসি ?

২বা মীচম: ননাই ঐগী থবক হংবিবা ওইববদি, থোইদোকপা অমুক ইকাইকদ্রবসু হেক্তা হাযজগে, ননাই ঐ খুযা ফত্তবশিং অসি শেমজে ।

মাকঃ হে, মীথোং হুক্তবা তৌবিবগেনে নঙবু কবি থবক ?

২বা মীচমঃ তপথবিখো, ননাই ঐঙোন্দা শাউবিদনবা হঙ্গৎচবি, অদুবু কবিগুম্বা শাউবিববসু ননাই ঐ মদু শেমজবা ফোৎচবা ঙমগনি।

মাকঃ কবিনো হায়বিবদুবু নঙনা ?
ঐবু শেম্বা ফোৎপা হাযবা লবাই নুপা হা !

২বা মীচমঃ শউন থাদুনা শেম্বা হাযজবনি।

ফ্রেবিঃ নঙবু খোংঙুপ শেম্বা মীবা ?

২বা মীচমঃ ননাই ঐদি মতম চুপ্পদা কনাগুম্বা অতোপ্পা মীতোপ অমতগী মশিন্দা খুৎ থিংজিল্লুদে, নুপী অঙাংগী মবমদসুনি; অদুবু ঐহাক্তি হনুববা মল্লবা খোংঙুপকী সর্জননি; খোংঙুপশিংসিনা যাম্না অৱাবদা তাববা মতমদা ঐনা অবাবা অদুদগী কনবি হেক হেক। ফজবা মতিক চাবা মীশক খুদিংমক নৌহৌননা কুপশিন্দুনা অনৌবা শউননা ননাই ঐনা শাবা শন্নাউগী শউনগী খোংঙুপ উপপীদুনা থৌজাল উৎপবা ঙাক্কনি।

ফ্রেবিঃ অদুবু কবিগী লৈত্রিবনো ঙসিদি নঙগী দুকান্দা ?
কবিগী লমজিংদুনা চৎলিবনো নঙনা
ঙসি মীযাম অসিবু সহবগী লম্বী খুদিংদা ?

২বা মীচমঃ শেংনা হাযজববদি ননাই ঐনা মখোয় মযাম অসিবু লম্বী লম্বীদা কোইপু পুদুনা চৎহল্লগা মখোযনা উপলিবা খোংঙুপকী খুযাশিং অসি চাথৎহন্দুনা ননাই ঐগী থবক খবদং হেন্না ফংজনবা পুবিবনি। অশেংবা ৱাদি ঐখোয মযাম ইশা ইশানা ছুটি ওইহঞ্জবদুনা সিজববু যেংবা লাকপনি মহাক্কী জয ওইবদুদা নুংঙাইবা ফোঙদোকপা লাকচবনি।

মাকঃ কবিগী নুংঙাইবা ফোঙদোকপা ? মহাক্কা ঐখোযগীদমক্তা কবি অনৌবা কবম্বা লানফম জয তৌবক্লদুনা ?
কবম্বা লোইপোৎকী লন-থুম কাঙ্গৎনা
বোমগী মাযকৈ পাংলকলি মাগী তুংইন্দুনা,
মীনাই যোৎহ্লিং চন কনা কনাবু লৈতেংলদুনা
মাগী দোলাইগী চাকাদা পুন্দুনা পুবকগ্রবগে মহাক্কা ?

নখোয অসিদি লেপকং কংলবা উকংগুম্ননি, নুংগুম্ননি,
অরা- অনা মশক খঙদ্রবা মথরাই যাওদ্রবা
শিববা পোৎতগী হেন্না ফৎত্রবনি নখোয়সি ।
৬, নূংগুম থম্মোয কল্লবা নুংশি হৈত্রবা বোমানশা,
খঙখিবা নৎত্রা নখোয়বু  পোর্মপি হাযবদু ?
কযাবক হন্না তোযনা তোযনা কাখি
নখোয পুম্বা রাংলবা চেকপলদা লাম্বন'থক্তা,
রাংলবা দোলান মতোন্দা, খোঙনাউদা, মৈখু উতোংদা ফাওবা,
পিক্লবা নচা-নশুশিংদু শেগাদা য়েপ ফমদুনা ঙাইখিবা নৎত্রা
পামজবা আশাগা লোযননা শাংলবা নুমিৎ চূপ্পা
মতিক লৈববা পোর্মপিনা চৎপদু বোমগী লম্বী লম্বীদা যেংনবা,
অদুগা মতমদুদা মাগী দোলাইদু মশক্তা হাযফেৎ উবা,
সার্উখিবা নৎত্রা নখোয পুম্বনা অপূনবা খোম্বোক অমতদা,
খোঞ্জেলদু তাবদা নীকখিবনি টাইবব তুবেলনা
ঈথক-ঈপোম হৌবদুনা তোর্বান ফাওনা ইবোন্নুংদা
তাবা ফংননবা নখোযগী খোম্বোক্তুগী শউমদু
লোয়া লোন্না লৈনুং ফাওদুনা ?
অদুগা শেৎলিবা ঙসিনা নখোয় পূম্বা লৈজবা নফি-নবোল ?
অদুগা ঙসিবু ছুটি থাদোক্লিবা নখোযনা ?
অমুকসু নখোযনা ঙসি লৈ চাইবিবা
লাক্কদৌবিবা লম্বীদৃদা, মহাক অদুনা,
পোর্মপিগী মশাদগী শিঙ্গরকপা ঈনা ইঙাং ঙাংলবা
চৎখ্রো ! চেনখ্রো নযুম নযুমদা,
তুজক খুক খুদক কুন্দুনা,
নিজক লাইগী খুযাদা অরাবা পীবীবদনবা
প্লেগ লাইনাগী দগু পীবদা মতিক চাববা
আসগুম্বা নখোয়গী তৌবিমল খঙদবশিং অসিগীদমক ।

কোবঃ চৎখ্রো চৎলো, লৈবাকমচাশা,
অসিগুম্বা মবাল অসিগীদমক্তা

পূন্না তিন্দুনা নখোযগুম্বা লাইবকথিবর্বাশিংসি
চৎমিন্নকবো টাইববগী তোর্ব্বান্দা কপলুনবা মফমদুদা
নখোযগী নমিত্তগী শিঙ্খবকপা পিগী মবিক মবিকশিংদুনা
ময়াং কংলবা ঈচেল তৎথ্রবা ঈবমগী ঈশিং ওইদুনা
নিক নিক চেল্লিবা ঈচেলগী পাঙ্খক ওইনবা।
(মীযামদু খবা খবা কাযনখি)
যেংঙুদো সে, পংথ্রবাশিং অসিগী মপুক্লিং ওনাথ্রবাসি,
মবালনা মপোৎ ফা
চৎথ্রে মখোয পূন্না মবোল মবি থোক্তনা।
চৎলো নহাক লম্বাদা কেপিটোল তাবা;
চৎলগে ঐনা অসোমথংবদা; থেংনববদি কবিগুম্না
মূর্তিশিংদু লৈতেংলম্বা অনৌবা মচু-মবাংনা
লংথোক্লম্মু পূন্নমক থেংনবা শেগায শেগাযদুনা।

মাকঃ যাগদ্রা মদুম তৌববু ?
খঙলিবনি নঙসু ঙসিসি লুপবকেলগী হবাও তযাম্বা
নুমিৎনি হাযবা।

ফ্লেবিঃ মদুনা কবি তৌববগে; মূর্তি অমত্তসু কবিগুম্না
লৈতেংহল্লোইদবনি সিজবগী জয ওইবনা
চত্তুনা কোযনা ঐনা তাম্ভোক্লগনি
মীয়াম অসি লম্বী লম্বীদগী,
তৌবম্মু নঙসু অসুন্না হেক তিল্লম্বা মফমদা মীযাম।
সিজবগী থিঙ্গৎলক্লিবা মশাসিদগী থদৎলবদি মতুশিং অসি
চুম্না পাইহনবা যাগনি মহাকপু খ্বাইনা যৌনবা অৱাংবদা,
নত্তদুনা থদৎহৌদ্রবদি পাযখৎখিগনি মহাক্না
উঙমদনা ৱাংনা মীয়ামগী মীৎলমদগী
লৈহৌবিবা ঐখোযপুম্বা মীনায ওইবগী অকিবা য়াখলনা
কিতন্দুনা থম্লগনি মতম পূম্বদা। *(মখোয থোকখি)*

## অনিশুবা উৎপা

### ( রোম, মীয়াম তিনফম )

চিংলেম্না সিজর চঙলকই, এন্টোনিস্ লমজেন চেনগদবগী ফিজোল শেংলদ্না ইন্নবকই। কলপুর্নিয়া, পোর্সিয়া, ডেসিযস, সিসেরো, ব্রুটস, কেসিয়স, কাস্কা, তুংগী লাইফাও ঙম্না সুটসেযার অদুসু ইন্নবকই। মতুংদা মাকুলস অমসুং ক্রেবিযসকী তুংদা মীয়াম অমসু ইন্নবকই।

সিজরঃ কলপুর্নিয়া!

কলপুর্নিযাঃ ঙমিন্না অমুক্তা লৈবিযু! সিজরনা কবিনো অমা তার্কপিবি।

*(যন্ত্র খোঞ্জেল লেপখি)*

সিজরঃ কলপুর্নিয়া

কলপুঃ সনা যাথং ইনিংথৌ।

সিজরঃ লেপ্পুনা লৈয়ু নহাক এন্টোনিযসনা
লমজেল চেল্লকদবা লম্বীদুদা, এন্টোনিযস!

এন্টোঃ সিজর, ইনিংথৌ, সনা যাথং?

সিজরঃ কাউগন্ এন্টোনিযস কলপুর্নিযাবু শোক্লম্বা
নঙনা লমজেল চেল্লকপদা; হায়নৈ ইপা-ইপুনা,
চাবোক্তবী নুপীশিংগী শোক্লম্লবদি মশাদা শেংলবা লমজেল আসদা
কোকই চাবোক্তবগী শাপতগী।

এন্টোঃ নিংশিংজগনি ননাই ঐ।
সিজরনবু থৌদাবিববদি "মসি তৌবম্মু", হায়নদা
শোযদনা পাঙথোকচগনি মদুমক।

সিজরঃ হৌবোদনা, হন্দোক্লমগনুকো হৌনবী তৌগদবা পুম্না।

*(যন্ত্রগী খোঞ্জেল)*

সুটঃ সিজর!

সিজরঃ হা! কনানো কৌবিবা ঐবু?

কাস্কাঃ লাঙবা যাদে হাযযু, অমুক্তগা তুমিন্না লৈযু। *(যন্ত্রগী খোঞ্জেল লেপখি)*

সিজরঃ কনানো কৌবিবদু ঐবু মীযাম্নক্তগী ?
যন্ত্রগী খোঞ্জেলশিং অসিদগী হেন্না যাকপা খোঞ্জেল অমা
ঐনা তাখি কৌখিবা "সিজর !" হায়না
হাযবোদনা কনানো সে সিজরনা তাবিবগে হাযদুনা
লৈশিল্লক্লবনিসে।

সুটঃ মার্চ্চ থাগী থাযাইদু যান্না চেকশিনবিযু।

সিজরঃ কনানো নুপা অসি ?

ব্রুটসঃ সুটসেযাব অমনা ইনিংথৌবু মার্চ্চ থাগী থাযাইদু চেকশিনবিযু
হঙ্গৎচবি।

সিজরঃ পুবকউ মাবু ঐগী মাঙদা, যেংগে অমুক্তা মশক্তু

কেসিঃ নুপা, থোবকউ মীযাম্নক্তগী, উৎলু নশক্তু সিজরদা।

সিজরঃ কবিনো হাযখিবদু নঙনা হৌজিক্তা ঐঙোন্দা ? তাসি হাযযু অমুক
হন্না।

সুটঃ মার্চ্চ থাগী থাযাইদু চেকশিনবিযু।

সিজরঃ মঙদা মঙদুনা লৈবা মীতা জাৎনি মহাক অসি;
থাদোকপ্রসি মহাক অসি; চৎলসি।

*(যন্ত্র খোংগৎলকই; প্রোসেসনসু মাঙদা চৎখিদুনা উখিদ্রে। ব্রুটস, কেসিযস লৈহৌই)*

কেসিঃ লেঙলুগদ্রা নহাক লমজেল অসি যেংবা ?

ব্রুটসঃ চৎলোই ঐহাক।

কেসিঃ মযেংলুসিদা।

ব্রুটসঃ পাম্নদে কযা ঐহাক কুম্মে ফিযোংসি
এন্টোনিদা লৈবিবা কুম্মে-ফিযোং পাম্নগী মতৌ
অদুগুম্বা লৈতে ঐঙোন্দা থোইনা।
ওইহল্লিংদে ঐহাক ইশাসিনা অপনবা কেসিযস
নঙগী অপাম্নগী লম্নীদা ঐ নঙবু থাদোক্লবাসিনি।

কেসিঃ ব্রুটস, হন্দক মবকসি ঐনা উববু নঙসি
অমুক হন্না নঙোন্দগী ফংদ্রে নঙগী মিৎযেংদগী অইংবা মতৌ

ঐনা ফংফম থোকই খনবা
নুংশিবগী খুদমদুসু ফংদ্রে ঐহাক নঙোন্দগী।
নঙবু নুংশিজবা মকপকী মফমদা
নঙগী খুৎপায়দু হকচিন্না কন্না
থাজদবগী মওংদা পায়শিন্দুনা থমখ্রে।

ব্রুটসঃ কোসযস,
লান্না খনগনু, কবিগুম্বা ঐগী অশেংবা ইশকাস
খনজিল্লম্লবদি মাযখুম অমনা
ঐগী মায়থোঙগী অৱাবা মতৌসি
ইশা ইত্তাম্মতদা উৎচবনি।
বাহল্লে ঐহাকপু হন্দক মবকসি চম্মবা ৱাখল খন্না
ইশা ইত্তাম্মতদা পোকচরকপা ৱাখল্লনি,
মসিনা মবম ওইবদুনা ঐগী ইতৌদা কবিগুম্বা
মবক মবক্তা যাওবক্লম্বা যাই অশোযবা:
অদুম ওইনমক মবম ওইবদুনা মসিমক্কদি
অৱাবা ওইহন্নিংদে ঐহাক, নুংশিজববা মকপ মপাংশিংদা
মকপশিং অসিগী মবক্তা নঙস অমনি কেসিযস,
মশা মত্তাম্মতগী মপুক্লিংদা
লাঞ্জও অম্না থেংনজবিবা
ৱাজববা লাইবক থিববা ব্রুটস্সি
কাউথোকলে মকপ-মপাংদা উৎফম থোকপা নুংশিবা
অসি নত্তনা অত্তোপ্পা অতৈ মবম
থিক্লনবা শল্লুবন ঐগী থওইদবা ইত্তৌসিদা।

কেসিঃ অদু ওইবর্বদি ব্রুটস, যান্না লান্না লৌকবে নঙগী নতৌসি
মদুনা মবম ওইবদুনা ফুমদুনা থমলুই ঐনা
থম্মোয়সিদা ৱাখল কয়া মমল যান্নবা, লুববা।
হাযযু, তাসি ব্রুটস, উবা ঙমজববা
নহাক নশা নথন্তগী নমাযদু ?

ব্রুটসঃ ঙমদে, কেসিযস; মবমদি উবা ঙমদে মখন্তনা মিৎসিনা
কবিগুম্বা অমদা খন্দুনা পোৎ অমদা মমি তাহনবা নত্তনদি

কেসিঃ অচুম্বনি, মাম্নি,
অদুগা খ্বাইর্নদি নুংনাংনবি থৱায শোক্লা, ব্রুটস,
মিংশেল অমতং লৈত্তবসিদা, মিংশেল অদুদা
উজবা ঙম্নবা নশামক্লা নহাক নশাগী অশেংবা নমি
লোৎতুনা লৈববা নঙগী নতিক নগুন্দু।
তাবে ঐহাক হাযনবা বোমানশিংনা
ব্যবহাব তৌনববা মীওই কযানা
অমব ওইববা সিজব নত্তনা
ঙাঙনবা, থাগৎনবা ব্রুটসকী মবমদা,
অদুগা অবাগী নিংশা হোন্নবদুনা
মতম্সিগী অৱাবগী পোৎলুমাসগী
শোর্ন্নবি পুকচেল চাউববা ব্রুটসকী পাল্লবদিকো
মামিৎ অমতং হাযনা।

ব্রুটসঃ কবম্না খুদোংথিবদা পুগদৌবিবনো ঐবু নঙনা কেসিযস,
ইশানা খঙজবা ঙমদ্রবা ইশাদা যাওদ্রবা অদুগুম্না বাখলদু
নঙনা ঐবু থিহনগদবগী হোৎনবিবসি
ইশা ইতোম্মতদা ওনশিন্দুনা ?

কোসঃ অদুনা শেমশাবো পুকফবা ব্রুটস,
তানবা ঐনা হাযগদৌবিবসি,
নশানসু নহাক নতোম্মতবু উবা ঙমজদে খঙলবনিনা
যাম্না মযেক শেংনা, মিংশেল ওইবদুনা ঐনা
নঙগী নম্রি তাহন্দুনা,
নোল্লকনা নশাদা উৎলগে নগুণশিংদু নঙগী
খঙজবা ঙম্দ্রিবা নঙনা হৌজিক ফাওবা।
অদুগা চিংনবা বাখলদি থমগনু ঐঙোন্দা ব্রুটসঃ
খ্বাইপুম্বগী নোক্লফমনি শল্লবা ঐবু
ৱাহৈ খুদিংগী ৱাশকতুনা মমল যাউহন্দবা মীনি লৌববা

কবিগুম্না থেংনবর্বদি নঙনা ঐবু কনাগুম্বা মী অমগী
মতুং ইন্দুনা কোইনপ নপচবন্নগা মীনাইগুম্না
মমৈদা মাগী বদনাম শন্দোকপা মীগুম
নৎত্রগনা মীগী ময়ুমদা চাথকপা পামজবা ওইনা উববা
অদু ওইববদি লৌ গ্রীস খুদোংথিনিংঙাই ওইবা মীশক্তি হায়না।
*(বা বা লাউবা খোঞ্জেল ময়াম লাউবকই)*

ক্রটসঃ লাউনবির্বাস কবিগীনো ? চিংনবা পোক্লে ঐহাক,
প্রজা মীযাম্না খনখ্রববা হায়না সিজববু নিংথৌ ওইনা।

কোসঃ উম, নহাক অকিবা পোকপবা মদুদা ?
অদু ওইববদি, লৌবগেকো ঐহাক যানিংদে হায়না
নহাক মহাকপু নিংথৌ ওইহনবসি।

ক্রটসঃ পামদে ঐহাক মদুদি কেসিয়স,
অদবু নুংশি মহাকপুদি তশেংনা ঐহাক
অদুগা কবিগীনো ফাদুনা থর্মালবসিবু নঙনা
ঐবু মফর্মাসদা অসুক কুইনা ?
কবিনো হায়নিংলিবদুনা নঙনা ঐঙোন্দা ?
কবিগুম্না ওইববদি মদুনা ময়ামগী যাইফগদবা
ইশাগী ইজ্জৎ অমসুং শিবা অনিসিনা
ওই যেৎ অনিমক্তা লৈবা তাববসু মদুগীদমক্তা
অনিমক্তা চপমান্নবা যেংবা ঙমগনি ঐহাক।
লাইযাম্না খঙবিসনু ঐহাক শিবা কিবদগীদি
হেয়্যো লুন্না খঙ্গে হায়বসি ইশাগী ইজ্জৎ মাঙহনবনা ?

কেসিঃ খঙই ঐহাক নহাকসি পূণ্য চেনবা মীনি হায়বা ক্রটস,
খঙবগুম ঐহাক নঙগী মপাম্থোংগী নুংশি-মতৌ।
ফবে, তাবো, ইজ্জৎ হায়বসিগী মবমদনি ঐনা
লিগদৌবিবা বাবী অসিগী বিষয়দি নঙোন্দা।
হায়বা ঙমদে ঐহাক, নহাক অমদি মী অতৈনা,
কবিনি হায়না খনবগে হায়বদু পুন্সি অসিবু;
অদুবু ঐহাক ইশা ইতোম্মতগীদি

য়াজেনিংলে হিংবা চুমদ্রে হাযর্বসি মীনাইগুম্না
অৱাবসি পুদুনা ইশামকসিনা অৱাবা ওইজববা।
পোক্লকপনি ঐসু নিংতম্না সিজবগুম্না, নঙসুনি;
ঐখোয অনিবুসু পীজদুনা যোক্লকপনি চিঙাক্তু চপ মান্নবা
অদুগা খাঙবা ঙম্মী ঐখোয অনিসু মহাক্না
খাংঙম্বগুম নিংথমথাগী অইংবা।
য়েংঙুকো, অমুকখক্তি, ইঙগ্রবা নুংশিৎনা
উ উ শীৎপা নমিৎ অমদা,
নৈহৎপিববা টাইববগী তোর্বান্দা
ঈথক-ইপোমনা ঝম ঝম যৈববা
সিজবনা হাযখি ঐঙোন্দা, 'কোঁসযস ঙমগদ্রা নহাক
অশাউ শক্তম্নববা ঈচেলসিদা চোংথদুনা
ঐগা লোযননা লানমিন্নবা অসোমথংবা মপান তান্না '
থাজবদুনা ঐ মাগী ৱাদুদা ফি-বোল শেৎলদুনা ইবোইনবগী
চোংথবই ঈবোন্নুংদুদা, কৌনই মাবুসু ইতুং ইল্লক্লবা।
ইল্লকখি মহাকসু ঐগী ভুংদি অওইবগী
ঈচেল অদুনা ঙংখি অকিবা ফংনা
ঐখোয অনিনা ঙাকখোকখি ঈচেলদু
কল্লবা পাম্প্রোমগী থৌনানা
শীংননিংবগী ৱাখলতনা থল্লবা থম্মোয অসিনা
খাযদোক খাযদোক্তুনা ঈপোর্মশিংদু নাকন্দা।
অদুবু থুংগদবা মফমদু যৌফার্থৱ্রইঙদা,
সিজবনা লাউবর্কখি, 'খুবা কনবিযু ঐবু কোঁসয়স,
ঐ ইবাকরে।'
ঐনা ইপা পোকপা ইপুধৌ এনিযাসনা
ট্রোইগী চাক্লিবা মৈবক্তগী মবেংবান্দা
অহল ওইববা এংকিচেসপু পুথোবর্কখিবগুম,
''টাইববগী ঈথক মবক্তগী
কনবিখি চোকথববা সিজববু অদুগা নুপা অসিন্না. অদুগুম্না

ওইখবে লাইমক ঙুসিদি, অমবোমদা কোঁসযসতি
ওইবি তোল্লবা জীব অমা,
নোঙ্গবা তাবি ঐহাক ইকোকসি
চুম্নতা যেংদ যেংথোবকপদা সিজবনা।
অকম হৌখি মহাক স্পেইন্দা লৈবিঙেদা
কন্না হৌবল্লবদা অকমদুনা উখি ঐহাক
মহাক্কী মশাসি কন্না থক থক নিকখিবদু
অচুম্বনি, লাই অসি থক থক নিকখি।
পাঙদবসি তাইফেৎ তাই
মুশুক মুশনখি মচানবান
অদগা যেংলকপদদা জগৎপু
অকিবা পোকহল্লিবা মমিৎ অসিসু
ইত্তক তুকথখিঃ তাখি ঐহাক তেংথাখিবা মহাক্না
মচিল অসিনা বোমানশিংবু থৌদাবিবা ঙসিদি
কোইশেন শেন্নবিবা মহাক্কী খাঙাঙ খুদিংমক
ইশিন্নহৌনবা লাইবিক্তা, অসিগুম্বা মচিনসিদগী
অরাবনি, হায়দোবকখি,
'কবিনো অমতা পাথকউবা ঐগোন্দা টাইটিনিযস,'
নাবনা শোল্লবী নুপীমচা অমগুল্লা।
তে লাইযামশা, ঙকপনা থল্লে ঐদি
অসিগুম্বা শোনখ্রবা মী অসিনা
পাযবিবসি উবদা পাকচাউববা জগৎসিগী খর্জি
অমদি ফংলিবসিদা নংঙাইবা শকক মতোম্মতনা।
*(মীযাম্না লাউনবকই, যম্রগী ঈশ)*

ক্রটসঃ অমুকসু মীযামগী খোল্লাউ।
লাউবিবা খোল্লাউশিং অসি শোযদনা
ওইবমলগনি থাজবে ঐহাক মীযামগী,
পীবুগী অন্নৌবা মিংচৎকী খদোল সিজবদা।

কেসিঃ কবি তৌববগে মকপ, পিক্লবা পৃথী'থক অসিদা
নেৎতুনা চৎলি মহাক্লা কোলোসসকুম্না, অদুগা
পিক্ল পিক্লবা কবিসু লৈত্রবা ঐখোয়না
চৎলিবনি মখাদা লিৎতুনা মহাক্কী য়াং-চাউববা খোঙদুগী
থিজদুনা কোইযেং যেং ইশা ইশাগী
ইকাইনিংঙাই ওইববা মোংফম অমতং ফংজফম
মীওইবা হায়বসি কবি কবিগুম্বা মতাংর্দদি
মপুনি মশা মশাগী মবাইবক্কীঃ
শোযবিবা অসিগী মর্কাদ নুংশিববা ব্রুটস,
পোক্লকপদা ঐখোযগী থরানমিচাক্তা য়াওবকপা নত্তে,
ঐখোয ইশা ইশানা মখা থাবা ওইর্জনিংলুবদগীনি।
'ব্রুটস' 'সিজব'! 'সিজব' হাযবসিদা কবি য়াওগদৌবিবনো '
মাগী মিং অসিনা নঙগী মিংদগী
কবিগী হেয়া মখোল হৌগদৌব্রিবনো '
ইমিন্নববসু অনিমক পুন্না
নঙগী মিংসিসু অদুম ফজৈ
হাযদোক্তুনা যেংনববসু মসিসু
চিনসিদা অদুম পকচৈ
লৃম্না ওন্নববসু, মসিসু লৃম্মী অদুম
যাদু পুথোক্লববসু মখোযসিনা
'ব্রুটস' না থোকহনবা ঙমগনি প্রেত-মূর্তি অমা
থোকহল্লকপগা 'সিজব' না।
যেংঙু হৌজিক্তি লাইযাম যেংদুনা হংলির্বসিদি ঐ
কবম্না শা-ঙা পীজদুনা
যোকলর্কখিবনো ঐখোযগী সিজবসিবু
মহাক অসুক চাউখৎপ্রিবসিবু '
হে মহম, ইকাইনিংঙাইনিদকো '
হে বোম, লৈবাকনিংবা পুকচেল চাউবা নচা নশু লৈত্রেদকো '
খঙনখিবা নত্তবা মীশক অমখক্তগী মিংচৎপু

অচৌবা ইচাউগী মতমদুদগী
কদাইদা চৎশ্রে মতমদু ।
হৌজিক ফাওবা কবিগুম্বা বোমগী মবমদা ৱাবীনবা মীশক্কা
হাযনগদগে মহাক্কী পাকচাউববা চেকপলনুংসিদা
ঙাকশেন্দুনা থন্নি হাযনা নুপা অমখক্তংবু '৭'
ঙসিসু বোর্মদি লৈজববসু অদুম, মফর্মদি কদাই
মীশক অমখক্তমক লৈববসিদা মনুংদুদা ।
নঙসু ঐসু তাখি নগ্র ঐবু পোকপশিংনা হাযখিবা
মতম অমদা লৈবম্মী হাযনা ক্রুটস হাযবা অমা
খাঙখি হার্যনৈ মহাক
নিংতম্মা বোমদা পাঞ্জনবা নিংথৌ ওইনা
লোইনাইদ্রবা শযতানগী দগু কযা কযা ।
ক্রুটং নঙনা ঐবু নুংশি হাযর্বসিদি চিংনকদে ঐহাক;
নঙনা ঐবু তৌহন্নিংলিবা থবকতগী উবে ঐসু মনি খবা,
মসিগী মবমদা কমদৌবা মতম অসিনা কমদৌবা হাযবদু
খনর্গনি ঐহাক মতং অসিদা; হৌজিকমক্কীদি,
ঙম্নবোই ঐহাক কবিসু তৌবা, অদুনা নুংশিনা হায়বির্বসান
হার্যাববা ময়ামসু নঙনা ঙসি ঐঙোন্দা
খনগনি পুক্রিং চঙনা ঐ; লৈববসু অতৈ নঙগী হাযনিংবা
তাগে ঐহাক পুক্রিং চঙনা, অদুগা মতম অমা লেপ্পবগা
উন্নদুনা ইবানিমক অসিগুম্বা অচৌবা থবর্কাসগী মবমদা,
তাথোক-তাশিন তৌনবসু খল্লকখিগে ঐহাক ।
মতম অদু যৌদ্রি ফাওবদি
পুকচেল চাউববা মরুপ মসিতংদি খল্লচো,
পামজে ক্রুটসতি হিংজবনা থুঙ্গংদা পোকপা মাচমগুম্না
হিংববুদি খ্বাইনা মিঙ্গৌবিদুনা বোমগী মর্চানি হাযনা
মতম অসিনা হৌজিক্কী
ইকোই কোইশিল্লদুনা হিংবদা ৱাববা ।

কেসিঃ ঐগী শোল্লবা ৱাহৈ খৰ্বাসতনা
ব্রুটসকী পুক্লিং মথৌ শঙহনবা ঙল্লে খনবদা
নুংঙাইজবে ঐহাক্তি। *(সিজৰ অমসুং মাগী কাঙবু চংলকই)*

ব্রুটসঃ শান্ন-খোৎনবা লোইবদুনা হল্লক্লে অসি সিজববু।

কেসিঃ মখোয মযাম্মা চৎখিবদা,
পাযদুনা খামহৌ কাম্মাগী ফুবিৎ খুদাং;
মহাক্না শোযদনা মাগী হৈনজবী অশাউবাদা
তন্নৰ্ক্কনি ঙসি কবি কবম্না খঙজিনবদা মতিক চাবা
থোকখি হাযবা থৌদোকশিংদু।

ব্রুটসঃ মদু তৌবগে ঐহাক। অদুবু যেংঙুকো কেসিযস,
উদ্রা অসি সিজবগী পিশুমদা
ইশুক শুকথবদুনা তাববসি অশাউবগী মমি,
অদুগা তুংইন্নবক্লিশিংসিদা তথি তথি তৌবিবদুনাঃ
তাইফেৎ তাইবে কলপুর্নিযাগী মাযথোংসু; অদুগা
যেংঙু অসি সিসেবোগী মমিৎ অনি অসিসু
ইঙাং ঙাংলি মৈতালগুম্না অশাউ মাযথোংগা লোযননা,
উখিবগুম মহাকপু ঐখোযনা কেপিটোলদা
কনাগুম্বা সিনেটব অমনা সভা ফমলিঙৈদা শাউহল্লুবদা।

কেসিঃ কাম্মানা তমলমগনি ঐখোযদা কবি থোকখি হাযবদু।

সিজৰঃ এন্টোনিযস!

এন্টোঃ সিজৰ?

সিজৰঃ ইনাক্তা লৈহল্লু ঐগী মশা নোইবুপ তৌবা মীঃ
মশম মনা তনান তনানবা অতিং চুপ্পা তুমদুনা লৈবা মী
যেংঙু আদগী কেসিযসসি
মশা ইপা পা মিৎযেংদা পেন্দবা অবাম-থৌবাংবগী মসি তা
মহাক ৱাখল হোঁঞ্জা খল্লি
অসিগুম্বা মীতাসি খুদোং থিনিংঙাইনি।

এন্টোঃ কিবিকনু মহাকপু সিজৰ, খুদোংথাঙাই নত্তে মহাক্তি,
পৃকচেল চাউববা রোম মচা অমনি লমচৎ ব্যবহার ফজবনা।

সিজরঃ খবদং হেন্না মহাক নোয়বন্নবদি ফবমগদবনি
ঐগী মিংসিনা কিবা হায়বদু খঙবা তাববদি
কেসিযসপু থুনা থাদোকপা হাযবসি নত্তনা
খঙদে ঐহাক কবম্বা অতোপ্পা থাদোক্কদবনো মীশক অমা।
কাহেন্না থব্রাই যাওই মহাক লাইবিক-লাইশু পাবদা
মহাগী মীনি মহাক্তি য়েংবা-উবদদা খঙগনখ্রবা
মীবু যেংবদা মহাক্তি মীদুদা যেংদে চুন্নদা
মীদুগী থবক্তা মনুং খিংনা উগনবা মীনি;
নঙগুম্না এন্টোনি, মহাক্তি পাম্নদে কম্মে-ফিয়োংস
তাদে মাদি ঈশে-নোংমাইস্র,
নোকপস উদে মহাক পুঙনা, নোক্লবস কবিগুম্বদা
চৈজবগুম কবেম্নদনা নোকই.
মাগী পুক্লিংবু নোকহনবগী কবিনো অমনা।
মীতাসিদি মহাকম্না উবদা কবিগুম্বা
হেন্না চাউবা মখোযদগী, খাংঙনদবনি মথম্মোযদা,
অসিননি ঐহাক্তা হায়বিবসি মখোযসি খুদোংথিনিঙ্গাইনি।
হাযবিবসিনি নঙোন্দা কবি কাববু কিনিংঙাই ওই হায়বদু
ঐ কিকবদি নত্তে মবমদি ঐসি সিজবনি মতম পুম্নমক্তা।
লাউ, ঐগী যেংলোমদা, তাদে সোমখংবা নাসি কযা,
হাযযু তাসি, শেংনা কবম্না খাল্ল মহাকপু নঙনা।
*(ঈশে যন্ত্র খোংলকই, সিজব অমসুং কাংবু চৎখি)*
কাস্কাঃ চিংবনু নঙনা ঐগী ফুবিৎ পাযদুনা কবি হাযগদবা লৈ ?
ব্রুটসঃ অং, হাযযু কাস্কা, কবি কবি থোকপ্রদুনা ঙসি
উবিবনো সিজবসি অসুক ইশুক শুকথনা।
কাস্কাঃ নঙবু মাগা চৎমিন্নকদ্রনে ?
ব্রুটসঃ মদু ওইববদি ঐনা হংলম্মোই কবি তৌব্রে হাযনা।
কাস্কাঃ মঙোন্দা লুহুপ অমা কৎখিঃ লুহুপ অদু মখুৎ খুনন্না অসুন্না খন্দোক্লুনা লৌ হাযবা যাখিদেঃ অদুদগীদি প্রজা মীযান্না পংলাউতা হেক্তা লাউখি অসিনি।

ব্রুটসঃ অনিশুবা খোল্লাউদ্দি কবিগীনো ?

কাস্কাঃ অনিবকশুবদুসু মদুগীনি।

কেসিঃ মীযাম্মা অহুম্লক লাউখিঃ অহুমশুবদুনা কবিগীনো ?

কাস্কাঃ মদুমসুনিনে।

ব্রুটসঃ লুহুপ অদু মঙোন্দা অহুমলক কৎখিলবা ?

কাস্কাঃ অং ফনা নুংঙাইবা ৱানি, অহুম্লক কৎখি, অহুমলক মহাক্না লৌ হাযবা যাখিদে, লৌ য়াদবদসু য়াম্না চিংলেম্না মথং মথং যাখিদে, মহাক্না লৌ য়াদবদুদা ঐহাক্কী নাক্তা লেপলম্বা মীচম্মশিংদুনা হেক্তা পংলাউদা লাউখিবনি।

কেসিঃ মঙোন্দা লুহুপ্তু কনানা কৎখি ?

কাস্কাঃ এন্টোনিনা।

ব্রুটসঃ কমদৌনা কৎখিবা হাযবদু লিযু তাসি পৃকফবা কাস্কা।

কাস্কাঃ মদুবু কমদৌনা কৎখিবগে হাযবদু লিগদৌ শকক ঐাস ফাসি তৌদুনা হাৎতোকপীবনা হেন্না পামজেঃ মহা ফাগিগী থবকনিদা অদুনা ঐ থোইনা কৃপনা যেংহৌদে। মার্ক এন্টোনিনা মঙোন্দা লুহুপ অমা কৎপসি ঐহাক উখি, লুহুপ অশেংবমকসু নত্তেদা, মচা জাৎনি। মদুসু ঐনা হান্নমা হাযথ্রবদুনি অহানবগীদু লৌ হায়বা যাখিদেঃ ঐনা খনবদা মদু লৌবদা মহাক ৱাম্বা তাইয়ে। অদুদগী অমুকসু কৎলে, অমুকসু হন্না লৌ হাযবা য়াদ্রেঃ অদুবু ঐনা নিংবদি মহাক মখুৎ অদু লুহুপ অদুদগী তাপ হেক থাংদোক্তুনা লৌথোকপদু হাযফেৎ নুংঙাইবমদবা তাইয়ে। অদুদগীদি অমুকসু হন্না অহুমলকসুবা ওইনা কৎলে, অহুমলকসুবা ওইনা লৌ যাদ্রে অদুদগী মীয়াম অদু ৱা ৱা যৌ য়া যৌ য়া লাউনবক্রে, কংলবা খুবাক প্রোক প্রোক খুগৎনবক্রে হুমাং মনমনা হাববা টুপীগাদু পংলং লংখৎনবক্তুনা সিজবনা লুহুপ লৌ হাযবা য়াদ্রে হায়বদুদা কবি কবিনো পংঙাং ঙাওনবক্তুনা নমথিবা স্ববনা পিক থনথ্রদুনা সিজবসি স্বব ফুনগৎতুনা ৱাম্বদুনা তাবে লৈমায়দা। অদুগা ঐতদি ফত্তবা নমথিবা নুংশিৎতু য়াদা চংখিনি কিবদুনা চিল-লৈসি ক্রক ক্রক চিকশিঞ্জদুনা লৈজহৌই য়া কাথোক্তুনা নোকচহৌদে।

কেসিঃ ফবে, ঙাইখো, ঙপখখো, সিজবু বাহুকই হাযবকো ?

কাস্কাঃ অং মহাক কৈথেন্দা বাহুবক্তুমা মুখাদা কোঙ্গোন ত্রি ত্রি কদুনা বা-লানগা অমতা ঙাঙবা ঙমখিদ্রে।

ব্রুটসঃ ওইবম্না যাই মদুঃ মহাক শাবে শৈবগী লাইনা লৈবনি।

কেসিঃ নত্তে, কদাইদগী নাগদগে সিজবদি শাবে তৌদুনা শাবে তৌদুনা নাবিবদি নঙনি, ঐনি, পুকচেল শেংবা কাস্কানি।

কাস্কাঃ নঙনা হায়বিবদু ঐ অর্থ খঙদে, ভাব তাদে, অদুবু সিজব বাহুকই হাযবিবর্সিনি ঐহাক্না শেংনা খঙবদি ? মীযাম অদনা সিজবনা পামজবা পামজদবগী মতং ইন্না ড্রামাগী ষ্টেজদা থোবকপা লিলা যাওবা মীবু উবদা তৌবগুম্না খুবাক খুদনা বা বা লাউশিনখিদে হাযবর্বদি ঐহাক অসি এসুম্না ঙাংবা মী নত্ত্রে।

ব্রুটসঃ মহাকনা ঙ্কান তাবক্লগদি কবি হায়খি ?

কাস্কাঃ নু ঙাইখ্রপোৎলিন্দা, মহাক্না বাহুদুনা ভূর্গাদ্রৈঙগী মমাংদুদা, তিল্লিবা এযাম অদুনা মহাক্না লুহুপত্ত লৌদনদুদা নুঙাইবে হাযবা উবদা ঐঙান্দা মাগী যুবিৎ অনাইদু হাংদোকউ হায কুদাম থাদোক্তুনা, মদুদগীদি মীযাম অদুদা মাগী মখৌবি অদু ককউ হাযনা উৎখি। ঐসু কনাগুম্না খুৎহৈবা মী ওইবম্নবদি মহাক্না হাযর্বসিদা ঐহাক থাজবম্নবদি ঐসু নবক তাদুনা ফত্তবা মীশিংগী মবক তিল্লমগনি। অদুদগাদি মহাক ঙুগখবে। ঙ্কান লাক্লগা অমুক মহাক্না কবিগুম্না শোযদুনা ঙাঙথোকখিবা পাঙথোকখিবা থবক যাওববসু মদু চুম্না শোযদুনা তৌখর্বনি খল্লু হাযবকই— ঐনা লেপ্না মফম অদুদা নুপী অহুম মাবিখকনা লাউবকখি, "ও, মপৃক শেংইদা!" অদুদগীদি অদুম মহাক্কী মবালশিংদু ঙাকপিগ্রে। অদুবু মখোযবু থওইনা যেংশিল্লনবা ভাব তৌনদে; কবিগুম্না সিজবনা মখোযগী মবক্তা অমা থাঙনা থিন্দুনা হাৎখ্রবা ফাওবদা মখোযদি মদুগীদমক্তা কবিসু তৌজবা ঙমলোই।

ব্রুটসঃ অদুদগাদি মহাক ইশুক শুকথনা হল্লকখিবসি নৎত্রা ?

কাস্কাঃ উম।

কেসিঃ সিসেবোদি কবি কবি হায়খি ?

কাস্কাঃ উম মাদি কবি কবিনো মবোল খঙদ্রবা ব্রা খবা ঙাঙখি।

কেসিঃ কবিগী মবমদা ?

কাস্কাঃ খঙদে, মানা হায়খিবদু ঐনা তম্না ঙন্নবদি ঐহাক নঙোন্দা ঙক্না কবিসু যেংলমলোই; মহাক্না ঙাঙবদু খঙবা ঙম্না মীশিং অদুদি মখোয় মশেন যেৎনদুনা অমগা অমগা নোক্লখি, মঙক হাইনখি; অদুবু ঐঙোন্দদি খঙদবগী খঙদবা অমহানি। পাউ অতৈ খবসু তমগদবা লৈবি নখোযদাঃ সিজবগী মূর্তিদু লৈতেংলিবা ফিজোলশিং অদু লৌথোক্লুবগী মাক্লসকা ফ্রেবিযসকদুসু মথবাই মাঙহনখ্রে। কাযনবসি অতৈসু যান্না লৈবি নিংশিংবা ইথোক থোক্লে ঐ।

কেসিঃ ঙসি নুংদাংদি ঐগীদা চাক চামিন্নসিনা কাস্কা ?

কাস্কাঃ ঙস্মবোই, ঐ থবক অমা লৈহৌবে।

কেসিঃ হযেং অযুক্তি চামিন্নবা যাব্রা ?

কাস্কাঃ উম যাই কাবগুম্না হযেং অযুক ফাউবা ঐনা হিংদুনা লৈববা অমদি নঙগী নপুক্লিংদুনা তোংদ্রবদি অদুগা নঙগী চাক্লুনা কবিগুম্না চাবদা মতিক চাবা চাক ওইববদি।

কেসিঃ ফবেঃ ঐ হযেং নঙগা চাক চামিন্নবা আশা তৌবি।

কাস্কাঃ শোযবনুঃ কাযনবসি অনিমক। *(চৎখি)*

ব্রুটসঃ কয়াদা মথোং হুকলক্রবনো মহাক অসি !
ওইবম্বনি মহার্কসি ফনা হৈশিংবা মমাংদৈঙে স্কুল তমলিঙৈদদি।

কেসিঃ অদুনি ঙন্নবনি হৌজিক্তি মহাক পাঙথোকপা
অচৌবা অমদি থৌনা ফবা থবক্কাসু
অদুবু মহাক উৎলিবনি পংশিন্নবসি।
পংশিন্নবসিনা ওইবি মগুণ অমা মাগী ব্রাখলদা
থুমগুম্না তুমহল্লি চানিংবা পোকহন্না মদুনা।

ব্রুটস ঃ অদুনি— হৌজিক্তি থাদোক্লগে নঙবু মকপ,
হযেং কবিগুম্না লৈববদি ঐগা ঙাঙননিংবা ব্রাফম
চৎথোবক্কে ইশামক নঙগী যুমদা, নৎত্রগা কবিগুম্না ঙন্নবদি
চৎথোবকউ নহাক ঐগীদা, ঙাইবমগে নঙবু মফম অদুদা।

কেসিঃ চৎথোবক্কে ঐহাক শোযদনা, মতম অদু ফাওবা
খল্লম্মু হন্না হন্না নহাক ফিবমশিং অসিগী মবমদা।
নুংঙাইদা ক্রুটস, এঙ্কসি পুকচেল চাউবা মীনি; *(ক্রুটস চৎখি)*
অদুবু খঙলে ঐহাক নঙবু শাবক্লিবা পোৎচাকশিং অসিসু
শেমদোক শাদোকপা য়াই অপান্বা মতং ইন্না হায়রসি।
মবম অসিমক্তনা পুকচেল চাউবা মীগী ৱাখলসু
তোৎন-তিন্নবা চুম্বনি মান্নবা পুকচেলগী মীতগা মতম চৃপ্পদা;
হার্যজিন্দুনা চিবোল তৌবদা থাজবা পোক্তবা মীসিবু লৈববা "
সিজবনা ঐবুদি থীনা খল্লি, ক্রুটসপুদি নংশি মহাক্লা,
হৌজিক কাবগুম্বা ওইববা ঐনা ক্রুটস, মহাক্লা কেসিযস
অদু ওইববদি মহাক্লা ঐবু অসুম্না মাগী অপান্বা মতুংইন্না
শেম্বদা য়াবমলোই ঐহাক।
ঙসি অহিংদি ঐহাক, তোঙান তোঙানবা খুৎইনা ইদুনা
থাদ্রক্লগে মাগী খোঙনাউদা চিঠী কয়া কযা
থাদবম্বগুম খলহনগে তোঙান তোঙানবা মীশক কযানা
পুন্নমক চপ মান্নহন্দুনা ৱাফম অমতংদদি চাউববা,
মদুদি বোমান খুদিংনা শোন্নবি হাযবসি মাগী মমিংতবু
অদুগা মদুদা উহনগে লোৎনা সিজবগী চাউববা আশাসি।
অদুদগীদি লেঙদনা ফমদুনা লৈজবসনু সিজবসি,
ঐখোযনা থক থক নোমগনি মহাকপু,
ঙমদ্রগনা মদু খাওবা তাই লেন্নবা তুংগী মতম কযা! *(থোকখি)*

## অহুমশুবা উৎপা

### ( মীযাম তিনফম, নোংয়াই )

ব্রজ তাবগী খোঞ্জেল, নোং খাক লাউই অমসুং মমিৎ ফাকই। তোঙান তোঙানবা মাইকৈদগী থাঙ অমমম থাঙখুমদগী শস্তোকুবগা পায়বদুনা কাস্কা, সিসেবো চঙলকই।

সিসেঃ খুকমর্জাব; কাস্কা খল্লুবা নৎত্রা নঙবু সিজবগী ময়ুমদা,
কবিগীনো স্বব থবেৎ থবেৎ হোল্লবসিনা নঙনা ?
কবিগীনো অদুক মুন্না ঐঙোন্দা চাথোক্কদবগুম যেংলিবনা ?

কাস্কাঃ পোক্ত্রা নঙবু অকিবা লেংলি-পাল্লি জগৎ পুম্বসিনা
হং যাওদ্রবগুম থক থক নিক্রুবর্বসিদা ?
যেংঙু সিসেবো, উবক্লে ঐহাক নোং-নুংশিৎ কয়া
অকি-অশাও-শক্তম্নববা নোংলৈ নুংশিৎনা
মশা-মবেংনা লোনশিল্লবা চাউববা উযুং পাম্বী কয়া
তংখাই তানা থুদেকপা, উকবে অদুসু ঐহাক
আশা চাউবা সমুদ্রনা শাংনা কোঙ্গোল ব্রি ব্রি কাবদুনা
ঋাংখৎলকপা ঈমায় থেংনগে খল্লদুনা
অকি-মশক ফংলবা নোংগী মপৈগা।
অদুবু ঙসি অহিং হৌজিক্কী মিকুপসি ফাওবদি
উখিদ্রি ঐহাক মৈবুল পবেং তাবকপা
কৈদৌনুংদা নোংলৈ-নুংশিৎ মবক্তা।
থেংনবস্না তাবে চাউববা লাঙ্গাউ অমা স্বর্গদা
নৎত্রগনা ঋাবৌমনখ্রদুনা লাইয়াম্না পৃথিবীসিবু
হায়জবস্বা ওইবা তাই ধুপ থাউমৈ কৎতুনা
থাদবিবো মৈবুল মৈবুল মাঙন-তাক্রুবা।

সিসেঃ উদ্রিববা নহাকপু মসিদগী হেন্না ঙকপা কবিমতা ?

কাস্কাঃ কবিসু লৈত্রবা মীনাই অমসু উবদদা খঙগনি নঙসু
থাউমৈ কুন্না চাকপগুম থাঙ্গৎতুনা মখুৎ ওইথংবদু
চৎলি মৈনা পুমঙাং ঙাং অদুমকপু
ফাওদ্রবগুম মখুত্তা মৈগী মৈশা কবিমতা
কবিসু তৌদে তুমিন লৈ ফাওদবগুম মৈশা।
অদুদা নত্তনা, থেংনবকই কৈ অমা কেপিটোলদা ঐহাক
মদুদগী হৌনা হাপচিল্লক্লিবনি থাঙসি ঐগী থাঙখুমদা-
মুন্না যেংলকই ঐঙোন্দা মমিৎনা মৈবুলগুম
চৎখি হেন্দোক্তুনা ঐবু শাউনিংবা মতৌ উৎলদুনা
তৌবমদে ঐঙোন্দদি থোইদোকপা কবিসু অদুমকপু।
লৈতোং অমখক্তসু পূন্না লৈবম্বা উখি
অকিবতনা মশক-মচু ওল্লবী নুপী চাম চাম
ৱাশক্তুনা হায়বকই উখি মখোয় পূন্নমক্লা
মৈনা পুমঙাং ঙাওলবা মশা পূম্বা যোন্নবা মী কযা
চৎখিবা হঙ্গৎ-হন্দা সবক-লম্বীদা।
অদুগা ঙবাংসু অহিং চাকথোকপা মকুনা
নুংথিল পোরোপমক্তদা তোংখি কৈথেলদা
থাক্লা লাউ খোংদুনা, থোক্লববদা পূল্লপনা
অঙক অঙকপা থৌদোকশিংসি, হাযদবনা ফবে মীনা
থোকপনি সুমদৌবা মবমদগী পূন্নমক মহৌশাগী মহৌশানি
মবর্মদি থাঞ্জে ঐদি পূন্নমকসি উৎলকপা খুদমনি
থোক্লবগদবা থৌদোক্কী লমদর্মসিদা।
সিসেঃ অচুম্বনি, ঙকপ্রবা হাযবদুনি মতম অসি,
অদুমকপু মীওইবনা তৌনবা হাযবদুনি অর্থ পোৎকী
মানা মানা পামজবা তুংইন্না, পোৎশিং অদুনা
শেংনা উৎলিবা অথগী তোঙানবা মাযকৈ অমদা।
লাক্কদ্রা সিজববু কেপিটোলদা হয়েংসি ?
কাস্কাঃ লাক্কনি মহাক, হায়খ্রবনি এন্টোনিযসতা হাযযু নঙ
লাকউ হাযদুনা মাসু হয়েং লাক্কদবনা।

সিসেঃ কাযনবসি অদুদি কাস্কা, অহিংসিদা অকিবা ফংলবা
চুমদে কোযথোক চৎথোকপা।

কাস্কাঃ কাযনর্বাস সিসেবো।

*(সিসেবো তহা তহা মযুমলোমদা চৎখি লম্বী অদোমদা কেসিযস চঙলকই)*

কেসিঃ কনানো লৈবিবদু ?

কাস্কাঃ বোমান অমনি।

কেসিঃ নখোন্দগী খঙলে, কাস্কানি।

কাস্কাঃ ফনা শিংলি নাদি। কেসিযস কবি মতৌনো ঙসিগী অহিংসিবু ?

কেসিঃ পুকচেল শেংবা মীদদি যাম্মা নুংঙাইজবা অহিংনিনা।

কাস্কাঃ লাইযাম্মা স্বর্গদা শাউর্বসিবু মতৌ অসিগুম্মা
কনা কনানা উখ্রবগে মমাংদা অমুক্তসু ?

কেসিঃ খঙই মদু মখোযদুর্নদি
অবানবা পাপতনা থল্লে খঙলবা পৃথিবী অসি
ঐ ইশাদি চৎলুবে কোযনা লম্বী লম্বী খুদিংদা,
থেংনদুনা ঙসিগী খুদোংথিববা অহিংগী মতৌ অসি
মতৌ অসুম্না থবাক ফিবোল ইথা থাদোক্তুনা
উবির্বসিনি নঙনা কাস্কা, থেংনহল্লুববনি ঐগী থবাকসি
নোংমৈ-শিংজং মবক্তা; অদুগা মিৎ থক্লা লংলবা
নোংনা মমিৎ ফাক্তুনা ইবং ইবং লংলক্তুনা
স্বর্গগী মথবাক শেগাযববগুম তৌবক্লবদা,
লেপ্তুনা লৈকই ইশামক
লম্বী অদুদা, মৈঙাল অদুমক্তদা।

কাস্কাঃ কবিগীনো অদুবু নঙনা কির্কদ্রিববু লাইগী বাবক মযামসি ?
থৌনা শক্তি লৈববা লাইযাম্মা ইঙ্গিৎনা উত্তুনা
ঙকহন্নবা ঐখোযবু কিহন্নবা পুম্নমকপু উহল্লবদা অসিগুম্না
অকিবা মশক ফংলবা খুদম্ন কয়া কয়া
হৌনবনি অকি পোকপা তাইবং মীওইবা ঐখোযনা।

কেসিঃ নঙসি পঙখ্রেদকো কাস্কা,
বোমান অমগী মশাদা লৈফম থোকপা থৌনাদু

বাৎলে নঙগী নশাদা, নৎত্রগা লৈবরবসু থৌনাদু
শিজিন্নজবা ঙমদ্রে নঙ। নশাদু তাইফেৎ তাইবে
নমিৎ-ননাদু চপ যৃংখ্রে অকিবন্না নশাদু লাকহৎখদ্রুনা
ইঙক ঙকপনা থনখ্রদুনা উঙমদ্রে নহাক
স্বগগী খাংঙমদ্রবা ঙাইঙমদ্রবা থৌদোকশিংম্রি,
অদুবু খন্দুনা যেংলবদি নহাক্না অশেংবা মবমদু কাবগানো
ঊবিবসি মৈবুল মৈবুল; কবিগী তাবক্লি ভুত-প্রেত মযাম
মখল-মখা শা-উচেকশিংনা মথেল মথেল পাযবিবসি
অহল নহা, অঙাং নুপী পূন্নমক্লা,
খঙবা ঙমলিবসি ভুংদা কবি ওইবগদবা।
কবি মবম লৈদুনা পোৎ খুদিংমক অসিনা
মশা মশাগী মহৌশাগী লোযনবা মগুণ থাদোক্লুনা
লৌবিবসি ওন্নহৈনবা মতিক-মগুণ অদু ওইববদি
খঙলগনি নঙসু শিন্নবক্লবনি হাযবসি লাইযান্না
হাযবিবা পোৎশিংসিনা অনৌবা মতিক-মগুণশিং অসি
ওইহন্নবা মখোযসিনা অকিবগী খুৎলাই
চৈবাক ওইনা খঙজনবা মহৌশাগা মান্নদ্রবা
অঙকপা ফিভম অমা লাক্কদৌবে হাযবগী।
হৌর্জিক্তি কাস্কা, হাযবগে নঙোন্দা ঐহাক
অকিবগী মশক ওইববা ঙসিগী ব্রজ তাববা মমিৎ ফাক্লবা
চেৎখাযববা মোংফন্না ঙংবা কেপিটোলদা নোংশানা ঙংবঙম
অহিং অসিগা মান্নববা মমিংদু নুপা অমখককী,
নুপা অসিদি হেন্না কনবা নত্তে নঙোন্দগীসু ঐঙোন্দগীসু
মশা মতোমতগী শক্তি য়েংনা হাযকববদি,
অদুবু চাউখৎখবে মহাকসি অকিবা মশক ফংনা
কিনখবে মহাকপু মহৌশাগা মান্নদ্রবা
ঙসি অহিংসিগী মতৌ নৎত্রগা থৌদোকশিংগুন্না।

কাস্কাঃ নঙনা হায়বিবা মীসিদি সিজববু নৎত্রনে হা কেসিযস ’

কেসিঃ ওইনিংবদু ওইসনু কন্যানো অমা,

হৌজিকসু লৌব বোমানাশংগী মশাদা
শক্তিদু তোংশাদু মখোযগী মপা-মপুশিংদা লৈখিবগুম;
অদুবু অৱাবনিদা মতম্মাস হৌজিক্কী।
লৈখিদ্রে শিখ্রে ইপা-ইপুশিংদুগী পুক্নিংদুদি।
ঙাক-শেন্দুনা লৈবৰনি ঐখোয় ইমা ইমাগী থৌনাতনা,
ঙক্লা থ্রাংলিবা পোৎপু, খাঙলিবা অৱা-অনাসিনা
ঐখোয়সি নুপীনি হায়বসি তাকচৰৰনি।

কাস্কাঃ মীনা হাযনবিবা হযেংদি শোয়দনমক সিনেটৰশিংনা
থিনদোক্কগনি হায় সিজৰৰ নিংথৌ খবম,
অদুদগীদি মহাক্না ঈশিং কংফাল অনিমক্তা
ইটালীদং যাওদনা ওইবগনি পূম্নমক্কী নিংথৌবেল।

কোসঃ অদু ওইরবদি থাঙ অসিগী
খঙুই ঐহাক ইশাদা কদাযদা লৈতেংফম ওইগনি হাযবা,
কোসযসনা মীনায যোৎহিংদগী থাদোক্কনি কেসিযসপু,
মদুত্তদা হে লাইযামশা ওইহল্লি নখোযনা
অশোনবৰু খ্বাইদগী কনবা,
মদুত্তদা হে লাইযামশা মায়থী পিঙন্মী নখোযবু মীওৎপাশিংনা
নুংগী পল্লোল, ইম্পাৎকী ফকলাং খাবনা।
নুপশিৎ-নুংশা চংদ্রবা শুকংনুংদতা, যোৎকী যোৎহিং ফলাংতনা
পুন্দুনা থম্বা ঙম্বা নত্তে আত্মাগী শক্তিবুদি;
অদুবু পুন্সি অসিনা চোকথবক্কবদা খাঙবসি
পৃথিবীগী অফা-অপুন মযাম্নসিদগী
বাৎপা লৈতে পাম্বৈ পূম্নমকসিদগী নানথোক্কবগী।
খঙলবদি মসিবু ঐনা পৃথিবী পুম্বনসু খঙজবৰদি
খাঙদুনা লৈবিবা ওৎ-নৈবা অসি ঐনা
থাদোকপা ঙমগনি ঐহাক ইশানা অপাম্বা মতমদা।

*(নোং থাকই)*

কাস্কাঃ ঙমগনি মদুদি ঐস,
মত্তৌ অদুগুম্না মীনায ওইনা লৈরিবা মী খুদিংমক

মশা মশাগী মথুক্তা যাওজবিবনি শক্তিদ্
ককথৎ তনা লোইশিনজনবা মাগী মাগী মীনায ফম।

কেসিঃ অদু ওইবনদি কবিগী মীওৎপা ওইগদৌবিবা সিজবনা ,
কবিসু খওজদবা মীনি মগাক্তি ' খওই ঐগাক
কৈশাল ওইবম্মোই সিজব হাযর্বসি
উবমদ্রবদি মহাক্কা বোমানশিংবু যাউগুন্না,
ওইবম্মোই মহাক কবিগুম্বদা নোংশা
ওইবমদ্রবদি বোমানশিংনা তশোন মানশোনবা শজি অমোম।
খল্লবশিংদুনা চাউববা মৈবুল থাগৎকে তহা তহানা
হৌগৎনৈ মৈদু অশোনবা চকনা
কযামুক মমল যাওদ্রবগে বোমসিবু
কবম্বা চক চনাই, মমল যাওদ্রবা নাপী শিংবী ওইখ্রবগে।
তোনখ্রবা সিজব কৌবা পোৎ অমবু
নঙাল মশেক পীনবা কবিসু লৈত্রবা মৈচম ওইনহল্লিবসিবু '
ও ' অবাবানদা অদুবু ' কদাইদনো নঙনা ঐবু পুবকইবসিবু '
পূন্নমকসি ঐহাক গাযকবমাল্লে
নশানা যানিংনা মীনায ওইজবগে খল্লবা মী অমদা,
অদু ওইবনদ ঐহাক খওই ফংফম থোকপদু ঐগী মতিকচাবা।
অদুবু ঐসু পাযবি খুৎলই
খুদোংথিবা হাযবসি থোইনা থওইকদ্রে ঐদি।

কাম্বাঃ নঙনা ভাংলিবসি কাম্বাদনি, অদুগুম্বা মীশক্তনি
মযা ইখি খিগৎতুনা বাবেম থৌবেম মীবা ভাওগন্দবা।
পাযযুসে ঐগী খুৎসি পুন্না লেপমিন্নসি।
কোকহন্নবা হোৎনবদা অন্না অনা পূন্নসি।
মবম অসিগীদমক্তা খোঙ থাংলকলিবা মীদুগী
তংইন্দুনা চৎকনি ঐগী খোঙ অসিসু তেক ঙম্বমখোদ।

কেসিঃ ইবানি মান্নবে অমসু অমসু।
কাম্বা, খওলববা হান্ননা ঐহাক থৌদ্দনা যেংলুববনি
খাইদগী পুকচেল চাউবা বোমানগী মবক্তগী কনাগুম্বা অমখক্ন

চৎমিন্নাসি হায়না ঐগা লোয়ননা পাঙথোকমিন্ননবা
থবক অমখক ইকাইখুম্ননিঙাইদি ওইবা
খুদোংথিবতনা পিকথনবা মদুগী লম্বিদুদি।
তৌজিকমক মতম অসিমক্তদা খঙই ঐহাক শোযদনা
ঙাইদুনা লৈনবমললগনি হায়বাস ঐবু মখোয়না
পোন্নাপগী মূর্তি মখোঙদা, মবন্নাদ অকি শক্তন্নবনা অহিংসিদা
চৎথাক্লখিদ্রে মপান-ইপান থোক্লখিদ্রে কনাসু;
মপানথোংদা ডাঁববা নুংশিৎ নুংশাগী শক্তম অসিসু
ঐখোয়না পাঙথোকশি খাল্লবা থনকাসিগুম্না
ইহং নাইতং শানা, মৈ ইন' খাইদগী তমাথনা ত্রিব।

কাস্কাঃ ঙাইহাক্লো ওমিন্না লেপখো,
কনানো অমা লাক্লে তহা তহানা।

কোঁসিং (সিন্নানি) মাগী শাজৎসিদগী খওবা ভর্মা ঐহাক
মহাকসু মবপ অমনি। *(সিন্না চঙলকই)*
কদাইদনো সিন্না অদুক তহা তহানা ?

সিন্নাঃ নঙবু থিবক্লিবনি; কনানো অদুমদি ? মেটেলস সিঙ্গববা ?

কোঁসিং নত্তে, মহাক কাস্কানি,
মকুপনি মহাকসু ঐখোয়গী থনকুগী।
থবক্তুগী, ঐবু ঙাইনহৌদ্রিববা সিন্না ?

সিন্নাঃ নুংঙাইবেদা ওবদা। কযাদা অকিবা ফংখ্রবা অহিংনাসে।
ঐখোয় অহুম মবিনা উাঁখি অঙকপা থৌদোক কয়া।

কোঁসিং ঐবু ঙাইনহৌদ্রিববা হায়যুনে সিন্না ?

সিন্নাঃ অং ঙাইনহৌবে নহাকপু।
ঙ, কোঁসিযস পুকচেল চাউবা ক্রুটসভুদগা
যাওহনবা ঙম্লবদি নঙনা ঐখোয়গী কাংব্লুসদা -।

কোঁসিং চিংনকনু নহাক মদুগীদমক্তা, পুকচেল শেংলবা সিন্না
সে পুদুনা চৎলু চে অসি;
থাদবম্মু মসি শোযদনা মেজিসত্রেটকী চৌক্রিদুদা ক্রুটসনা শোযদনা
থেংননবা
অদগা লংশিল্লম্মু অসিমনা মাগী থোঙনাউ অদুদা,

নপশিল্লম্মু র্মাসমগা চানা কন্না,
অহল ওইববা ক্রুটসকী মূর্তিদুগী নশাদা,
পূন্নমকসি লোইবগা লাকউ পোমপিগী মূর্তি মখোঙদা।
থেংনগনি মফমদুদা ঐখোয পূন্না নহাক্লা।
লৈহৌববা মফমদুদা ডেসিযস ক্রুটস, ট্রেবোনিযসস্

সিন্নাঃ লৈহৌবে লোইনা মেটেলস সিপ্পব নঙনা।
চংখিবনি মহাকসু থিরুগনি হাযনা নঙবু যুমদা।
চংলগে ঐহাক থুনমক পাঙথোক্লবগে থবকশিংদু
পুবদনা চেশিংসি নঙনা হাযবা তুংইন্না।

কেসিঃ মদু পাঙথোক্লমলগা লাকউ পোমপিগা থিযেটবদা *(সিন্না থোকখি)*
লাক্লো কাস্কা ইবানীনা নোংঙানদ্রিংঙসিদা
উনববসি ক্রুটসতু মযমদা, মহাক মশাগী
শক্কক অঙ্কমদি হান্না ওইববনি ঐখোযগা।
অদুনা মথংগী থেংনকবসিদাদ
মহাক মশা পন্নমক পিথোবক্লগনি ঐখোযদা ঙন্না।

কাস্কাঃ ও, লৈবি মাদি বাংথোইনা মীপুম খুদিংগী থম্মোইদা
ঐখোযদদি মবালগী মশক ওইবা পোৎতু
মাগী মশক উবদা গুণ লৈববা স্পর্শ মণিনা শোকপগুম
শোযদনা ওলহনাথগনি পুণ্য চেনবা মমল যাম্না থবক।

কেসিঃ মহাক, মহাক্কী মতিক মগুণ
ঐখোযনা মাবু যাম্না দবকান ওইবসিসু
খঙলে নহাক ফনা নিংথিনা চুন্না।
চংলসি ইবানী, নোংযাই মতুং ওইশিনখবে,
নুমিৎ থোকত্রিঙে মমাঙদা হৌদোক্লসি ইবানীনা
তুম্নদগী মহাকপু, খঙদোকলুসি অদুগা মপুক্রিং
লেপলে হাযবা মহাকপু। *(থোকখি)*

# অনিশুবা অঙ্ক

## অহানবা উৎপা

( রোমঃ ব্রুটসকী লৈকোল, ব্রুটস চঙলকই )

ব্রুটসঃ চৎখ্রে কদাইদা ! কৈদৌবরগে হো লুসিযস;
অহিংগাদা থোক্লিবা থবানমিচাককশিংসি য়েংলগা
ওময়েদ্রে ঐবু অহিংসি কযা থেংঙ্গুবগে হাযবা
লুসিযস তাবিববা ! অবা-অনা কবিমতা খঙদনা
তুমদুনা লৈবা হাযবদু পাম্মাদা ঐসু ।
কযা যাম্না থেংঙ্গুবগেনে লুসিযস হা !
হৌগৎলোনে, তাবিববা হাযবিরসি হো লুসিযস !

*(লুসিযস চঙলকই)*

লুসিঃ ননাইবু নিংশিংরিববা, অজা ?

ব্রুটসঃ থাল্লম্মু থাউমৈ অমতং ঐগী লাইরিক পাফমদা,
লুসিযস থাল্লবা মতমদা মৈদু পাউ পিবকউ ঐঙোন্দা ।

লুসিঃ ফনি, অজা । *(থোকখি)*

ব্রুটসঃ মসিদি মহাক শিবনা ওইবা তাই;
অদুগা ঐ ইশাগী ওইনদি
লৈতে মুবম কবিসু লন্নাইগী ওইবা মাবু য়েংথিরক্লবগী
শাউরবা তারবদি মহাকপু মীযামগী য়েংদুনা শাউবা তাই ।
থিনদ্রোক্লগনি মহাকপু নিংথৌগী খুবম
মদুনা কমদৌনা হোংহল্লকদগে মাগী মতৌশা,
মসিনিসে ৱাহংদি ।
তবং তবং থোক্লিবা নুমিৎকী মৈশাসিত্তননি
থেক্লা-খোয়না তন্দে-মান্দে লেঙলিবা
লিল মচা ওলহল্লিবসি ।

মহাকপু নিংথৌ হাপ্লবা ' উম মদুনা;
অদুদগীদি ঐ যাবে, মঙোন্দা মহু হাপচিনবনি,
মদুনা মহাক্না অপাম্বা মতমদা ওইহল্লকপা যাবা পুদোংথিবা।
অচৌবা ওইবা হায়বসিগী ফত্তবদি চাউখ্রগা
শক্তিদুদগী মীনুংশি হায়বসি তোখাইনা খায়দোকখিবসিনি।
অদুগা সিজবগী মবমদা শেংনা হায়বা তাববদি,
থেংনখিদ্রি ঐহাক করিগুম্বদসু মাগী অপাম-পামদনা
নমহৎখিবা অম্রক্তস অচম-অবানগী ব্রাখুলবু।
অদমকপু খ্বাই পৃম্বনা থেংনববা ব্রানি
নোঙবা হায়বসিনা নৌনা আশা চাউবকলিবা মীগী
আশাগী কৈবাকনি হায়বসি,
মদদা কাখৎপ্রবা মীদুনা
যেংদুনা নৈখি মমায়দু নোংথকলোমদা;
অদুগা অমুক্তংবু যৌপ্রবদি মতোলদ
মতুং ওনথোক্লুনা থওইবক্কে মসিবু,
অহাওবা নোংদোলথক্তা কোযেং যেংখৎখিদুনা
হন্না মখাদা যেংথবক চৈথবকই কৈবাক্লুবু
কাখৎখ্রিবা মদুগী মতেংতনা অব্রাংবদু
অদুনা সিজবসু অদম তৌবকপা যাই।
অদু ওইববদি, ওইবকপা যাবনিনা মহাকসু, থিংহৌবা তাই।
মহাক্কা মুক্কনবা মবমসি ব্রাৎপনা
খল্লসি অসুম হায়না:
মহাক্কী ফিবমসিদা হাপচিল্লববদি
সিগী ওমখৈ সিমসু হেন্দোক্লুনা চৎথোবকপা যাই
অদুনা খনবা চুমলে মহাকপু লিলগী মকুমগুম
মচা ওল্লোবক্রবদি মাসনা লিলগী হৌনবী তংইন্না
ওইবকপা তাই খুদোংথিনিংঙাই,
অদুনা থুগাইহৌবা চম্মী মহাকপু মকম ওইবিঙৈসিদা।

*(লুসিযস অমুক চওলকই)*

লুসিং   খাঙ্গৎচবমল্লে থাউমৈদু কাদা অঙ্গা।
থিজককদা নুং মচা অমতং থোঙনাউদা কোযনা
লৈবক্মী মসিগী চোসি সুমদৌনা চাজুম নম্নদুনা.
থেংনজবমদে মসি মফম'দুদা ঐনা তুম্না চংবা মতমদদি।

(মঙোন্দা চিঠীদু পী)

ব্রুটস:   তুমলুবো অমুক চৎলো নতাক, নোংঙান্দ্রি হৌজিক।
নৎত্রা হয়েংসি মার্চ থাগী অহানবা থাযায ?

লুসি:   থঙজদে ননাই ঐ।

ব্রুটস:   কেলেন্দনদা যেংলুবগা পাউ হন্দাক্লো অমুক ঐঙোন্দা।

লুসি:   যান। (থোকখি)

ব্রুটস।   ইবং লংনা তাবক্লিবা থবানমিচাকসি অতিযা মকোযদগী যাম্না মান থ্রা.
মঙালাসদা চিঠী পাবসু উবা যাই।

(চিঠীদু ফাক্লোক্লুনা পাই)

"ব্রুটস, নঙদি তুমলিঃ হৌগৎলো, নশাবু যেংজবো।
ওইবগদ্রা বোমদি আসনচিংবা।
হাযবো; যৈহৎলো, অৱাবসি কোকহল্লো।
ব্রুটস, নঙাদ তুমলি; হৌগৎলাগবা"।
ইনশিন-থৌজিনবগী চে কযা কযা
তত্তনা থাদবমবা থেংনকই ঐনা।
"ওইবগদ্রা বোমদি অসিনচিংবা";
মসিবু অসুন্না অর্থ তৌসিবাঃ
থাঙদুনা লৈবগদ্রা বোমদি নুপা অমখক্তগী অকিবা চৈথেংদা ?
কবদ্না বোম ওইবম্না ? ঐগী ইপা ইপুশিংনা
তাম্থোকখিবনি বোমগী সনক লমজাওদগী টাবকুইনদু
মহাক্না নিংথৌ ওইবে হাযববদা।
"হাযবো, যৈহৎলো; অৱাবসিদগী কল্লো"।
হাযবিববা মসিনা ঐবু
হা ঙাওথোবক্লবা; খুৎলাই পাযদুনা যৈথেক্লবা ?
হে বোম, ৱাশক্লিবসিনি ঐহাক নঙোন্দা

কবিগুম্না ফংবা ভাববদি কন্নবা অৱাবসিদগী
ফংগনি নহাক, নহাক্না পাম্মলিবা
পূন্নমক ক্রুটসকী মখুত্তগী। (লুসিয়স অমুক চঙলকই)

লুসিঃ অস্তা, মার্চ থাসি নুমিৎ তবামগুনি হৌখ্রে। (থোঙ থান্নকই)

ব্রুটসঃ যবে। থোঙাম্দা চৎলুচো; কনানো অমা লাকইসি।

(লুসিয়স থোকখি)

কেসিয়সনা ঐবু অহানবা মিজবগী মাথোক্তা মথৌ শঙলম্নদগী
ভূমদ্রে ঐহাক। অঁকবা কবিগুম্না থবক অমা
পাঙথোকত্রিঙগা মদগী অহানবা রাখল পোল্লকপগা
মবক্তদি অনিদগী মমি শাম্মি মাশেল-মরাং
অঁকবা মংগ্রেম হংগ্রেম্নবগুম্না।
মতম অসিদদি মীওইবগী থম্মোয অমদি মাঙখিংদবা
হকশাংগী মপাঙ্গোংগী শক্তি অনিসি
লৈমিন্নাখ পুল্লপ পুন্না; মীওইবগী অবস্থাসি মতমদুদদি
অমত্তনি পিল্লকবা লৈবাক মচা অমনা কবিগুম্না
খাঙবগুম লাম্লোক লানথিনবগা অবাবা কয়া।

(লুসিয়স অমুক চঙলকই)

লুসিঃ অস্তা; ভাইনি থোঙদা কোসযসনা উনজনিংমাল্লে মহাক অমুক্ত।

ব্রুটসঃ মতোম্মতবা মচকপু?

লুসিঃ মতোম্মতা নত্তে অস্তা, মী অতৈ খবসু যাওই।

ব্রুটসঃ কনা কনানো মশক শঙববা নহাক?

লুসিঃ শঙজদে, অস্তা; টুপানা কুপশাল্লি নাখোং যৌনা মমায তংখাই অমনা
খুনাজাল্লি যুবিৎ অচোনবদুনা, খওখিদনবা ঐনা মখোযগী মশকশিংদু।

ব্রুটসঃ চঙহল্লকউ মখোযবু।
(লুসিয়স থোকখি) মখোয লৌতুনবগী কাওর্বুনি। হে লৌতুনবা,
ইকাইখিবোই নহাক্তি খুদোংথানিংঙাই ওইববা
নুংশক্রু উৎপদা অহিংদা ফত্তবমখৈনা মনিংতম্নববা?
ও, অদু ওইবর্বাদি অযুক নুংথিলগী মতমদদি,
কদাইদা ফংলুগনি নহাক মম্নবা শুকং।
শকলোং লৈকনবা নাচগা তিংচা যাইতম্বগী শক্তমদ?

থিকনু কনাবুসু, হে লৌতুনবা নঙদি
লোৎতুনা থম্মু অশেংবা নশক্কু নঙগী
মোমোন নোকপা মিনোক্তা, নোল্লুক নোঞ্জবদাঃ
কবিগুম্বা চৎলক্লবদি নঙনা নশাগী মহৌশাগী নশক্কু উক্লা,
ইবেবস ফাওবা অদুক হাক্লা মম্না থোকলোই
নঙবু শকখঙহন্দনা থিংনবা।
*(লৌতুনবদা যাউবা মীশিংদু চঙলকই: কেসিযস, কাস্কা, ডেসিযস, সিন্না, মেটেলস সিম্বব অমসুং ট্রেবোনিযস)*

কেসিঃ ঐখোযনা খুগাইববা ঙাইহাক্তং পোথাবদাঃ
খুরুমজবি, ব্রুটস, ঐখোযসি অকাযনা ওইববা নঙান্দ্রা ?

ব্রুটসঃ ঐসু লৈবম্নলিবসিনি হৌজিক অহিংসি তুমদনা
মশক শঙবা যাগদ্রা ঐহাক মীশিংসি নঙগা লোযননাক্লনা ?

কেসিঃ যাগনি, লাক্লিবা মখোয খুদিংমক অসি অমত্তা চিংদনা,
নঙবু ইকাই-খুম্নজবা মী ঙাক্তনি,
মী খুদিংনা তৌবি আশা
পুকচেল চাউবা থোমান খুদিংমক্লা
লৌর্জববা বাখলসি নঙবু
খঙজববদিকো হাযনা নহাক নশানসু।
মহাকসিনা ট্রেবোনিযসনি।

ব্রুটসঃ মহাকপু কৌর্জাব ঐহাক।

কেসিঃ মহাক্লা ডেসিয়স ব্রুটসনি।

ব্রুটসঃ মহাকসু কৌর্জবি ঐহাক।

কেসিঃ সিনা কাস্কানি; সিনা মেটেলস সিম্বব।

ব্রুটসঃ মখোয পুম্নমক কৌজবি। কবম্না চিন্তাগী রাখলদা নুঙাইনা ফমুংদা
তুম্না থাদোক্তনা লাক্লবিবনো মযাম পুম্নমকসিনা অহিং অসিদা ?

কেসিঃ বা অমত্তা তুমিন্না হাযজবা যাগদ্রা ? *(ব্রুটসকা কেসিযসকা লোন্না বা ঙাঙনৈ)*

ডেসিঃ নোংপোকনিসে অসোমদা, নোংঙাল্লকপসি অসোমদা নৎত্রা ?

কাস্কাঃ নত্তে।

সিয়াঃ এ, ঙাইবিখো ইবুংঙোশিংব্ যেংবিয়ুসে,
আ অথাপ্পদা উবিবা বাউথাংনবা মচুগী লৈই মযামসি,
মবক মবক্তা উবিবা লৈচিলগী নোংঙাল্লকপগী পাউ পুবকপনি।

কাম্ফাঃ নখোয় অনিমক লাল্লে হাযবাস যাউ,
যেংঙুসে সোমদা থিল্লিবা মাযকৈসে ঐগী থাওসিনা
থোবক্কানি নুমিৎসি মাইকৈ অসোমদগী,
ফনা যান্না খাগী মাযকৈবোমদা চঙশিল্লববানি
যেংলুববদি হৌবকপদা ঙাইবিবা ঋতুসিগী
থা অনিবোমগী মতুংদাদ নুমিৎ অসি
থোবক্কগানি ইবং লংনা অন্নাংথংবা মাইকৈদগী,
অদুগা চপচাবা নোংপোকথংবা মাইকৈনা
কোপটোলগা লৈবেসে মপা চপ চাননা অসিদা।

ক্রটসঃ চিংথোবকউ মযাম পুন্নমক খুৎশিংদু অমমমতা ওইনা।

কোসিঃ অদুগা রাশক্রাসি ঐখোয পুন্নমক ঐখোযনা লেপনবিবাসিগাদ্দমক।

এটসঃ নত্তে, বাশক্লবা যাদে, উবা ঙমদ্রবদি ঐখোযনা কবিগুম্বা
মী কযাগী মাযথোঙ
অন্নাবশিংসি ঐখোযগী আত্মাগী
মতম অসিগী খুদোংথিবশিং অসি
বাফমশিং অসিবু শোল্লি লৌনববদি
কাযনবাস ঐখোযপুম্বা মতম চাবিইঙ্গসিদা,
তুন্নবনো খুদিংমক নশা নশাগী লেংঙমশাওমদ্রবা ফমুংদুদা,
পাল্লসনু মী ওৎপদুন্না হাইন-হুম্মা মনিং তৌনা,
লোইশিনবা ঙাইনদুনা মপান্দ মী খুদিং পাল নাইনা
অদুগা কবিগুম্বা মসিগী ঐদি থাজে শোযদনা ঙমগনি হাযনা
শক্তি লৈববদি মাতকচাবা পাওদবশিংবু মমিৎ শিংহন্নবা,
নুপীগী শোল্লবা পুক্রিংফাওবা ইম্পাৎকুম্না মথৌ শংহন্নবা,
অদু ওইববদি, লৈবাকমচাশা, কবি কায়গদগে ঐখোয
অফবা মবমদু নত্তনা অতৈ অমনা অমুক খৌদোংহল্লবগী
নাম্ব্রোক্লবা হোৎননিংবদুদগী ইশা ইশাবু অন্নাবদগী ।

অতৈ কবি লিপুন্না অমুক পুক্লিংঙ্গা পুকনুংদা থম্বা ঙম্বা বোমান
হাযখিবা ব্রা হোংনদবা বোমান
মযামসিবু অমুক হোংনখিগদবা ঙাওনখিবা ব্রাশিংদুবু ''
অতৈ কবি ব্রাশক অমুক লৈবা
অশেংবা পুকচেলগা, অশেংবা পুকচেলগা যানদুনা
পাঙথোক্লাস হাযনা লেপনববাসদা, যানদ্রবদি মাসগাদমক্তা
শিমিন্নাখিবা ভাই ঐখোয ''
ব্রাশকই লাইশেন্নবশিংনা অযম্বশিংনা, পুকচেল শেংদবশিংনা
কান্নদ্রবা শোনজু অবানবা পাম্বা অন্না-অনা নংলিবশিংনা
ফত্তবা চিবম অমা পাঙথোক্লবগী
মীশিংনা থাজনদ্রবা জীবশিংনা, অদুবু
তৌশিন্দুনা মশক থিহল্লোইসি ঐখোযদি
ঐখোযগী চিংলেম্নবা পুন্যগী থবকসিবু দ
নংত্রগা ননথবা ঙম্নবোইদবা ঐখোযগী পুক্লিংগী শক্তিসে
পন্নববোইসি মবমসিদা ঐখোযগী, থবকসিদা
কবিগুম্বা বাশকপগী ব্রাফম; বোমানশিংগী মশাদা
চেল্লিঙৈদা ঈবিক ঈবিক্লা অশেংবা বোমানগী ঈগী
থন্নবগদি ঐখোযগী মবম, থবকসি
কবিগুম্বা ব্রাশক্লবা তঙাইফদে হাযনা
মপা-মমা লান্নবগী মবাল লৈববনি
থুগাইবগীদমক পিকখ্রবা ব্রাফম
ব্রাশকুগী মঙোন্দগী থোবকপা।

কেসিঃ অদুগা সিসেবোদি কনদৌবিবা, থৌদুনা যেংসিবা মহাকপু
ঐখোয়গী তুং ইল্লক্লনি শোযদনা মহাক নিংঙি ঐদি।

কাস্কাঃ মহাকপু হুন্দোক্লমলোইসি ঐখোয।

সিন্নাঃ হুন্দোক্লম্বা ইচুম চুমদে।

মেটাঃ ও, যাওহনসি ঐখোয়গী ইবক্তা মহাকসু
মাগী ঙৌববা পোক হৌববা শকফমদুনা
কান্নগনি ঐখোয়না ফংবদা মযামগী মত

মানসু থাগৎনগনি ঐখোযগী থবকসি,
হাযনগনি পূন্নমক্লা মাগী ৱাখলনা পূনখিবনি
ঐখোয পুম্নগী শক্তি নহা ওইবগী মপুংফাদবা মতৌসি
উনববোই কবিসু পূম্নমক মাঙখিগনি মাগী লেমজবা মতৌদু উবদা।
ব্রটসঃ ও, পল্লক্লনু কান্নদে তাকথোকলোইসি মঙাল্দা ঐখোয,
মী অতৈনা তৌদোবকপা থবক্তা
তুং ইল্লু যাবোই মহাক্তি কৈদৌনুংদা।
কেসিঃ অদুদি যাউহল্লনুসি মহাক।
কাস্কাঃ মহাক্তি মাতক চাদে।
.ডসিঃ সিজব নত্তনা কনাগুম্বা মী অতৌদি খন্নবদা যাওববোইদ্রা ?
.কসিঃ ডেসিযস, ফবেদা তৌদোবকপা বাফমসি নত্তনা,
খল্লি ঐদি অচুম্বা ওইবোই হাযনা
সিজববু অসুক লুনা তৌজবিবা মার্ক এন্টোনি হাযবসি
াহংদুনা লৈহনবা সিজবগী তুংদা,
মহাক অসি যাম্না পোবম্ উগনবা হৈথোইবা ওইবক্নি,
অদুগা খঙলিবদুনি মযামসু, মাগী উপায মযামসি
কবিগুম্না শেমগৎতুনা শিজিন্নবক্লবদি মহাক্লা,
ঐখোয খ্বাই পুম্নবু অৱাবগী ঙমখেদা তাহনগনি।
মসিবু াথংতৌনবগীদমক্তা,
শিবসনু এন্টোনিসু সিজবগা পূন্না অমুক্তদা।
ব্রটসঃ ঐখোযগী থবকসি ঈ নাইনা থল্লবা
অকিবা থবক মানবা তাবে কাইযজ কেসিযস,
ককথৎলগা মকোক্তু অদুদগী অম্নকসু হন্না
মচেৎ মচেৎ যাম্পৎপা হাযবসি হকচাংদুগী কযাৎশিংদু
শাউকবগুম, শিবমক্তদা মতুংদসু কল্লকপেন্নবগুম,
এন্টোনিদি ওইজবনি চুম্নগী সিজবগী হকচাং কযাৎ অমতং,
ওইসি ঐখোয বাল কৎপা মী, পামদে ওইকবা

তমথিরবা শা-হাৎপা মীদি কাইয়জ।
লেপলিবনি ঐখোয়পুম্বা মায়োক্কুদা সিজরগী শক্তিগী,
মীদুগী শক্তিদা য়াওদে ঈদি।
ও, থেংনবদুদং ঙম্নবদি ঐখোয় সিজরগী শক্তিদুতবু,
মচেৎ মচেৎ শেগাইরুবা তৌদনা সিজরবুদি।
অদুবু অৱাবনি ! মসিগীদমক্তা ঈ তাবা তাই সিজরগী মশাদগী
অদুগা পুকচেল চাউরবা মরুপশা,
হাৎসি ঐখোয় মহাকপুদি থৌনা ফনা ইচংথৌনা
হাৎকনুসি মহাকপু অশাউ-কল্লক ৱাখলনদি;
শেমসি মাবু ঐখোয়না কৎননবা চাকলুককুম
লাইয়ামশিংদা কৎপদা মতিক-মপা চারবা,
য়াম্বৎলোইসি মাবুদি শিদুনা তারবা জীবগুম্না
পীজনবা ককপগুম হুইশিংগী।
হৈশিংবা মপুশিংনা ঈনশিল্লগা মনাইশিংবু
পাঙথোকলুনবা থবক্তু অশাউ-মায়োক্লরবা
চৈশিন্নবা মাহলহনবগুম মতুং অরককপদদি
খনসি ৱাখল অসিমক ঐখোয়সু ঐ ঐগী পুক্রিংদদি
অসুম্না তৌরবদি ওইহনগনি ঐখোয়গী থবকসি তৌদবা য়াদ্রবা
কল্লক-য়েংথিবগী মত্তাগুম উররোই অতৈনা,
মতৌ অদুম্না উনরবদি খন্নগনি মীনা ঐখোয়বু
ঈ তাহন্দুনা লাইয়েংবা মাইবগুম, লৌনরোই মীহাৎপগুম
অদুগা, থোইনা খল্লুগনু মার্ক এন্টোনিগীদমক্তদি,
মহাক্তি মঙক ককথৎখ্রবা সিজরগী মপামবোম্না
তৌবা ঙম্বা অদুদগী থোইনা হেন্না ঙমলোই করিসু তৌবা।

কেসিঃ অদুবু, চিংনবা পোকই ঐদি মাবুদি;
মরমদি মাগী লুনা নিংজখ্রবা সিজরবু নুংশিজবদুনা–

ব্রুটসঃ সে, কেসিয়স, করিসু খল্লুনুনে মাগীদমক্তাঃ
মহাক্কা নুংশিজরবসু সিজরবু, মানা তৌবা ঙমগদবসি
মতোম্মতা পংৱাদা ৱাজদুনা শিজগে মঙাই সিজরগীদমক্তা,

অদুগা মদুমকসু মহাক্তি ৺ন্না মীসু নত্তে,
মবমদি মহাক্ কুন্ম-ফিযোংদা লাঙজবা ওহ্নোক্লা পান্নডে
বা বা মযাম তিন্নবদা হবাও-ভযাম নোক-খেদুনা।

ট্রেবোঃ কিফম লৈতে মাবু থোইনা, মহাক শিহল্লবোইসি,
মহাক হিংদুনা লৈজনগা, খল্লবদা মথন্তা নোক্লিংজবক্কনি। (ঘড়ি শাংলকই)

ক্রুটসঃ তুমিন লৈখো ! পুং কয়া তাখবে মশিং থিযু।

কেসিঃ ঘড়ি অসিদা পুং অহুম তাবগী শিংখবে।

ট্রেবোঃ তৌজিক্তি কাযনবা মতম যৌবে।

কেসিঃ অদবু চিংনবি
ঙসিসি সিজব লাক্কদ্রা লাক্লোইদ্রা হাযবসি
মবমাদ হন্দক মবক মহাক অন্ধবিশ্বাস ওইশিল্লকলে,
মতম অমদা মহাক্লা
মঙদ্রং, মঙ হা খুদম-চাংদম্নশিংদা
যেংলন্বা মীৎযেংদগী ওহ্নোক্লা খেন্ননা
শংশং থোক্কলিবা থৌদোকশিং
অতিংসিগী মহৌশাগী মানদ্রবা অকিবশিং
অমসুং মাইবা-পাণ্ডতশিংনগা হাযজবগা
অনি অসি পুনাখদ্না লাক্কবা যাই মহাক ঙসি কেপিটোলদা।

কেসিঃ চিংনকগনু মদুগীদমক্তদি, মহাক লেপ্পল্লবসু লাক্লোই হাযনা,
ঐহাক ঙমগনি মাবু যানবা হাযনবা, মবমদি,
মহাক তাবা যান্না পান্নানি,
যুনিকোনবু পংথহনবা যাই উপালগী মত্তেংনা, শঙ্কমবুনা ম্রিংশোল উংলগা
শামুনা উত্তোং উহল্লগা নোংশাবুনা লাং থাক্লগা
অমদি মীওইববুনা চিবোন তৌবগা
ঐনা হাযকবদদি মহাক্তি চিবোন তৌবা মীব্ তুক্কচবা মীনি
মহাকসু হাযজে তুক্কচৈ,
মদুনা খাইদগী চিবোন তৌবিবাদি মাতবুনি
ঐ তৌগে; ঙমগনি ঐনা পীবা মাগী পামজবদু মশানা অদুগা
পুবক্কে মাবু ঐহাক কেপিটোলদা।

কেসিঃ নত্তে, ঐখোয় লোইনমক চত্তুনা মাবু লৌকসি।
ব্রুটসঃ পুং নিপান তাবা মতমদা; খাইদগী থেঙলবদা '?
সিন্নাঃ থেঙলবদা মদুম তৌসি শোয়নবনুসি মতমদুদদি।
মেটাঃ কাইযজ লিগাবিযসনা শাউবি সিজববু
থাগৎলুবগীদমক্তা মহাক্লা ব্বাংনা পোমপিবু,
মাগী মবমদা ইপন পন্নদবসি কবিগীনো ঐ ভাব তাদে।
ব্রুটসঃ হৌজিক্তি, চঙখো নহাক মেটেলস মাগী মযুমদা,
মানা ঐবুসু ফনা লুনা খনবনি,
ঐনা হাযসু হাযথ্রবনি মঙোন্দা;
মাবু লাকহল্লু খবা ঐগী নাক্তা, ঙাঙনগে ব্বা ঐগা।
কেসিঃ নোংঙানশিল্লকলে; লৈহৌবো ব্রুটস।
মকপশিং কায়নথ্রোঃ কাউনগনু পূম্নমক
নখোযনা হাযবর্ম্বসিংদু,
টংলু নশা নখাবু অশেংবা বোমান ওইনা।
ব্রুটসঃ ফবে মযাম্মক, হবাও হবাও নুংঙাইবা শকফম উৎনসিং
উহল্লোইসি ঐখোযগী থবকসি
ঐখোযগী শক্তমদা মমি তাহন্দুনা,
খাঙনসি পূম্নমকসি বোমানগী এক্টৰশিংনা তৌবগুম
চোকথবা নাইদ্রবা শক্তি
অখাং কনবা উইলগা লোযননা,
মযাম পূম্নমক খুকমজবি কাযনবসি।
*(ব্রুটস নত্তনা অতৈ পূম্নমক থোকাখ)*
নপামচা! লুসিযস! নুংঙাইনা তুমথ্রমাল্লে ? ফবেদা তুমজবসনু;
পোত্থাবো, নিদ্রাগী লূম্লবা খোইহি লিক্লা থক্কুনা!
নঙদি উদে কবিগুম্বা প্রেত মূর্তি, মংগ্রেম-হাগ্রেম্লবা,
মখোয অসি নাম্থোকপা ঙমদ্রবা ব্বাখলদগী
চঙলকই মীওইবগী ব্বাখলদা,
অদুনা তূমলিবনি নহাক অসুক নুংঙাইনা।
*(পোর্সিয়া চঙলকই)*
পোর্সিঃ ইনুংঙো, ব্রুটস।

ব্রুটসঃ কাব তৌবে পোর্সিয়া ? কাবগী হৌগৎলকলিবনো হৌজক ?
নঙগী শোল্লবা নশাগী ফিবম মতাদু
চুমদে অযুক্কী অইংবসিনা য়েহনবা।

পোর্সিঃ য়েহনবদি চমদে নঙগী নশাদসু।
নঙনা ইথৌ থওইদনা ব্রুটস, হৌগত্তুনা চৎখি কম্নুংদগীঃ
অদুগা ঙবাং নুমিদাংসু চাক চাবম্নদগী খংতৌ হৌগৎখি
হঙ্গৎ হন্দা কোইচৎ চৎখি,
নথবাক্তা কোনশিন্দুনা নপাম্নোম অানদুনা
মুকম মুকম শোল্লদুনা নুংশা মপি তোল্ল হোল্লদুনা,
কৈদৌববগে হায়না হংজবদসু ঐনা
মুন্না চাথোক্কদবখে যেংবননকই মীনুংশি যাওদ্রবা মিৎয়েংনা;
খবগা হেন্না হংজিল্লুবগনা নকোক্তু নতোম্মতা খ্রো খ্রো খোৎখ,
নেৎশিনখি নখোঙদু ঙাইঙমদবগুম্না ওহ্নোক্লা তহা তহানা
অদুবু মবমদু খঙজগে হায়না ঐনা হায়জনদনা
খুন্নাবকখিদে হংজবা পুন্না নহাক
চুন্না শাউনা নখুৎতু হাইবদুনা
ভাহ্নোকপীবকখি ঐবু চৎস্ত্রা হায়নাঃ ঐসু চৎথোকাখ;
কিজদুনা অমুক মথৌ শংহনবা
নঙগী ঙাইঙমদবা মতৌদু কা হেন্না, খঙ্গকই ঐদি
মদুসু মতম মতমগী মতুংইন্না মী খুদিংদা
হেক হেক লাকপা মচিং ওইবম্বা যাই হায়না।
মসিগী রাখলতনা নহাক চাব-থকপসু থওইদ্রে,
রা-লান ঙাওখিদ্রে অমত্তা, তুম্না-হিপ্পসু চঙদ্রে,
ওহ্নোক্লা কন্না পুনখ্রমাল্লে মসিগী রাখলনা
নঙগী থবাই-হকচাং অপৃম্বা, মসিনা ঐবু ওইহল্লে
শকখঙতন্দ্রবী ঐগী ব্রুটসপু
নুংশিবা থবাইগী মবুঙো, তাকপীযু ঐঙোন্দসু
মবমদু নঙনা অদুক রাবিবগী।

ব্রুটসঃ হকচাংসি কয়া নুংঙাইতে ঐহাক, অদুনান কৈদৌববগে।

পোর্সিঃ আশংবা মীনি ব্রুটর্সাতি, অদুনা কবিগুম্না
মশা ঙমলমদ্রবদি মহাক
শোযদনা উপাযশিংদু শিজিন্নবমগনি
মহাক মশাবু অনাবদুদগী ফগৎনবা।

ব্রুটসঃ কৈদৌববগে অদুবু ঐসু তৌবিদনা।
সে, নুংশিবী পোর্সিযা চৎলো তূমলুবো ফমুংদা।

পোর্সিঃ মশা ঙমদে হাযবা ব্রুটসপু ?
অদু ওইববদি চুম্লিববা অসিবু
ফিবোল যাউদনা কোইচৎ চত্তুনা লৈবসি
হকচাংদা যৈহন্দুনা অযুক্কী অইংবা নুংশিৎসিনা ?
কমদৌবা, ব্রুটস হকচাং ঙমদে হাযবা,
অদু ওইববদি কবির্গী নহাক
থাদোক্তুনা চৎথ্রি নুংঙাইবা ফমুংদু
থেংনকনবগীদমক্তা অহিংগী তমথিববা অইংবগা
হেঙ্গৎহন্নবা মদুনা হকচাংগী চিকখোৎপা, ইংলবা নুংশির্ৎসিনা
হেঙ্গৎহন্নবা হান্নগী অনাবদু অমুকসু ? নত্তে, ব্রুটস;
লৈবে নঙগী পুকনিংদা অৱাবা কবিগুম্না ৱাখল অমা
বাখল অদুদি ঐনা।
নঙগী নুপী ওইকনগী ফিবম্না, মফম্না,
খঙফম থোকই ঐসু অদুনা খুক-খুদক লৈতানা ঐনা
হাযজবি নঙোন্দা, নিংশিংবিদুনা অমুক্তং
মতম অমদা থাগৎনবম্না ঐগী ইশক-ইতৌদু,
নঙনা পীবিখিবা নুংশি ৱাশকশিং নিংশিংবিদুনা
ইবানিবু অমত্তা ওইনা পুনশিনহল্লিবা ৱাশক, কাউবিদনা
হাযবিযু ঐঙোন্দা, ঐ হাযবদি নশাদা, নঙগী নশা তংখাইসিদা,
উবে নঙ ওম্বোক্লা ৱানা ৱাখলগী পোৎলুম পুবদা,
অদুগা কনা কনানো লাক্লম্নদুনা নঙবু উনবা ঙসি অহিং,
লৈবম্মী মফম অসিদা নুপা তরুক তবেৎ,
মমাযশিংদু ইপুম খুমজিল্লদুনা অমম্না মবকসিদা ফাওবা।

সিদনিসে, ফৈগল অসিদা ককথংচবান ইশামক্রা মচেৎ অমা,
খাঙজবা ঙমখি ঐহাক অখাং কনবগা লোযননা মদুবু,
কবিগী ঙমলোই হাযদোক্তবাদ ইপুবোইবগী অবোনবৰুদি ।
ক্রুটসঃ ও, হে ঈশ্বব
ওইহনবিযু ঐবু মতিক চাবা মী ওইজবা অসিগুম্বী
পৃকচেল চাউবা নৃপীগী মপুবোইবা ! *(থোঙ থাল্লকই)*
তাউ, তাউ অসে ! কনানো অমা থোঙ থাল্লক্কে,
পোর্সিযা ঙাইহাক্তা চৎথোকখাসে,
মথং মথং অসুম অসুম খঙলগনি নংগা থম্মোযনা
অবোনবা মযামসি ঐগী থম্মোযগা ।
হাযদোক্লন ঐঙোন্দা
লৈবিবা পুম্না নাঙান্দা, উবিবা পুম্নসি ইদনা লৈববা ঐগা মযাদ
থাদোক্লমলোসে ঐবু ঙাইহাক্তা থুনা । *(পোর্সিযা থোকখি)*
লুসিযস, কনানো থোঙদা থাল্লকালবাস ?
*(লুসিযস, লিগাবিযসকা চঙমিন্নবকই)*
লুসিঃ অমুক্তং উনজিনংবা কনাগুম্বা অনাবা মী অমা ওইবমাল্লে ।
ক্রুটসঃ কাইযস লিগাবিযসবা, মেটেলসনা হাযবদ্দু । নুপামচা, খবা হন্দাকউ ।
কাইযস লিগাবিযস ! কমদৌবা ?
লিগাঃ শোল্লবা চিনাসদগী খুকমজিন হাযবসি লৌনিযু ।
ক্রুটসঃ ও, কযাদা তাঞ্জা চাদ্রবা
নুংঙাইত্রবা মতমদা লাক্লবনো নঙ
থৌনা ফবা কাইযস
নশাদুসু নকোক্তসু কমফোটিনা ইযেৎ যেৎশিল্লিনা !
নঙবু নশাগা ঙমদ লাক্ত তৌববা !
লিগাঃ থোইনা হকচাং ঙমদবা তৌদে ঐহাক,
কবিগুম্বা ক্রুটসনা পাঙথোকসি হাযনা লৈববদি থবক
ইজ্জৎ অমদি মতিক চাবা ইকাই খুম্নবা ফংবা যাবা ।
ক্রুটসঃ অদুগুম্বা থবক্তি অমখক লৈবি ঐনা পাম্বা, লিগাবিযস,
নঙগী ননাদুবু মদু তাবা ঙম্লবা থৌনা লৈবিকো !

লিগাঃ বোমানশিংনা খনম্নাবনা লাই পূন্নমক যেংদুনা,
লংেেকশ্রবনিংসে ঐহাক ঐগী অনাবসি। বোমগী আম্বা।
থৌনা ফবা মচানি নঙদি প্রোকপনি থৌনাফবা মপা মপুনা।
নঙনা হাপপাবে অনৌবা আশা থৌনা
শিকববা ঐগী পুক্লং অসিদা মিত্রং শান্নবা মানা তৌবগুম।
গুর্যবিম্ব ঐখোন্দা হৌজিক্কি চেল্লো হায়বদা,
থেংনকপে ঐহাক ওইথোক্লবোইদবা পোং কপা কয়াগা;
হেবা, হেনবু হেন্দোক্কে মখোযদুদগা। কবিনো তৌগদবনু।
ক্রুটসঃ অনাবা মীবু মশা ফগৎহনগদবা থবক মচা অমত্তনি।
লিগাঃ নংত্রনে ঐখোয় মশা ফবিনা কনাগুম্বা অমবু নাহনগদনা।
ক্রুটসঃ মদুনি ঐখোয়না তৌগদবসু।
কনাদা কবি তৌগদবা হায়বদ নুংশিবনা কায়জ্ঞ,
হায়গে ঐহাক নংঙান্দা চৎনা চৎনা অসুম।
লিগাঃ মাঙদা থাবিলো নহাক,
অনৌবা আশানা থল্লবা পাক্লংগা লোয়নানা, ইনগে ঐহাক তৃংদা
কবিনো তৌগদবা হায়বদুদি খঙদ্রি ঐদি, অদুবু
ক্রুটসনবু লমাঙংলি হাযবাসতনাস অদম মঙক্লল।

(নোং খাকই)

ক্রুটসঃ অদু ওইনবদি, ইল্লকলো ঐগী ইত্তুং। (থোকাখ)

# অনিশুবা উৎপা

## সিজরগী য়ুম

(নোং থাকই, মামং ফাকই। সিজর ওম্বদা লিৎপা ফুরাবং অচোনবা লিত্তুনা চঙলকই)

সিজরঃ স্বর্গ, মর্ত্ত অনানমকসি ইতুবা লৈখিদ্রে হৃসি আহংসিদি,
ত্তম্না ত্তম্না কলপার্নিযানা লাউবকাখি অত্তম্লক,
"কনা কনা লৈবগে। সিজর হাৎলে হাৎলে।"
কনা লৈ মনুংদা ''

*(মনাই অমা চংলকই)*

মনাইঃ অজ্ঞা, সনা যাথং '

সিজরঃ বাজ পুরোহিত্তা বলি তৌ হাযকচো, তৌজকমক
পুবকউ পাউদু অমুক ঐগা নাক্তা যাইফ-মঙ্গলগা।

মনাইঃ সনা যাথং মনাই পাঙথোকচকুগনি। *(থোকখি, কলপুর্নিয়া চঙলকই)*

কলঃ কৈদৌবিবিবনো সিজর তৌবিবিবসিনু '
লেঙথোকপিকখিগে হাযত্রা মপান্দা ?
ঙসিদি শঙ্গাইদগা মপান্দা লেঙথোকপিবা যাদে কাবগম্বদসু।

সিজরঃ চংথোক্কনি সিজর শোযদনাঃ ঐবু কিহল্লবা পোৎশং প্রাস
ইতুংদা লৈদুনা কিহনবা ঙাক্তনি; মখোয় অসিনা
উববদি সিজরগী মাযথোঙ মাযযোক্লনা,
মাঙখিগনি হেক্তা শুদক্তা।

কলঃ সিজর, কবিগুম্বদসু কৈদৌনুংদা থৌশাগন্দবীনি ঐসু,
লাইগী ফত্তখুদম উবদা,
অদুবু ঙসিদি ঐহাক অকিবা পোকই।
কবিগুম্না অমদি মনুংদা লোত্তুনা লৈবি, খঙঙমদনা
মপান্দা ঐখোযনা উবিবা, তাবিবা অসিদা নত্তবা,

খোঙশংবাশিংনা লাঁইনি মখোযনা উৎবা
খ্বাইদগী অঙকপা আকবা দৃশ্য কয়া।
লম্নী ময়াইমক্তদা খোংশা অমোম অমনা
হায়নি মথা পোকখোকলম্মী;
মোঙ্ক্‌ফম শিংনা ময়া কাথোক্লনা
শাওনা লাওনা হকাম চাল্ল, অশিবা পুখংলকই মথক্তা;
অনি মশক ওইবরা কল্লবা লাম্নী কয়া কয়ানা
লানখোংলাখি লৈচিনা নোংকাই মবক্তা,
পুবা পুবা, কাংবু কংব, অশেংবা লানগী লাল্লোংদা,
মদুদগী ওবকাখি ই মাবক মবিক কোঁপট্রোলগী মথক্ত,
লোংদোনা অতিয়া মথকসিদা পমথনা থনাশি
লানগী খুন্নু-খংলাইগী শ্রেং শ্রাং লাউবা মখোলনা,
খোঙখি শংগোলশিংনা হৌনা হৌনা,
শিকম-নকন্না মী কয়ানা তেংথাখি,
ভূত প্রেত কয়ানা লাক্লা লাক্লা লাউখ,
কোইথং চংখি লাইবক্না লম্নাগী অকোযবদা।
ও, সিজর! খোঁক্লিবা পুন্নমক অসি
মতৌশানা থোকপা হৌনদবা ঙাক্তনি,
অদুনা কিবা পোকই ঐদি মখোয়সিগী খল্লুবদা।

সিজর: পাঙ্গল্লবা লাইয়াম্না যাত্তুনা লোইশ্রবা
কনাগুম্না অমগী পুন্সিগী পোলাই অদুবু
কনানা নাম্বোকপা ঙমলুগনি?
অদুবু, চৎকনি সিজরদ, মবমদি থোক্লিবা খুদমশং অসি
পৃথিবী পুম্বগী ওইনসু থোকপনি; সিজরদা থোকপগুম্না।

কল: চাকনিবাশিংনা শিবদদি উদে কাবিগুম্বা ধুমকেতু অমত্তা
নিংথৌমচাশিংনা শিবদদি মৈগুম চাকই মতোম্মতা আত্তযাসিসু।

সিজর: পাঙুদবা মীদুদি কয়াবক হুন্না শিজবনি।
মশাদু অওইবগী শিংদিইঙদসু।

থৌনা ফবা মীশিংদি যেংনদে মহাউ তংদুনা
অশিবা হাযবদুবু অমুক্তগী হেন্না পুক্সি গ।
তাবকপা অঙকপা ময়ামগী মনুংদা ঐনা
মীওইবনা কিফম থোকই হাযবসিনা
খাইদগী ওক্না থোকই ঐঙোন্দদি,
খণ্ডলবসিদসু শিবা হাযবসি অর্থ্যক্ত মশোযদ্রবনি,
লাকপা মতাববা শোযদনা মাগী মতমদু যৌববদা।

(মীনাই চণ্ডলকই)

কবি হার্যাবি বলি কৎলুবশিংদুনা "

মনাইঃ ননাইশিংনা ওসিদি লেংথোকহন্নিংদে শঙ্গাইগী রাংমদা।
শাযদোক্নুনা যেংলুবদা বলি কৎগা শা অমগী
যাউবমদে হায পুকনুংদা শাদুগী থম্মোই।

সিজবঃ মর্দ্দি লাইযার্মাশিংনা পাঙদনা ইকাইবদগী ত্রৌজবনি,
সিজবসু ওইবর্গানি থম্মোই যাওদ্রনা শা
কিদুনা ময়ুমদা কুন্দুনা লৈববদি মহাক ৎসিব্।
নত্তে, চৎকনি সিজব,
খুদোংথিবা কৌবদুনা মশানা নিংথিনা খওজবনি
সিজবনা খুদোংথিবা কৌবা মঙোন্দগী হেন্না খুদোংথ হাযবসি,
ঐখোয অনিসি নোংমতদা পোকমিন্নবকপা নোংশা অনিনি,
অদুগা ঐনা অহলনি হেন্নসু শাথিবা, তমথিবা,
অদুনা সিজব শোযদনা চৎকনি।

কলঃ অরাবান ইবুংঙো,
থাজবগী মৈবক্তা চাকথেক্নুনা মাঙক্সে
নঙগী বুদ্ধি লৌশিং পুন্না।
লেঙথোকপীনু ওসিদি সনা শঙ্গাইনুংদগী, হাযবিযু কৈদৌগে
ননাইনা কিজবদগী শঙ্গাইদগী লেঙথোকপীদবনি
ইবুংঙোনা কিদুনা লেঙথোক্তবা নত্তে।
থার্থিসি মার্ক এন্টোনিদু সিনেট হাউসতা;

মথাক্কা হাযজকনি ইবুংঙো হকচাং ইবে ঙসিদি,
খুকখুদক লৈতাজ ননাইনা হাযজবা অসিমতদি
ঙমজগে ননাই ওইবীনা।

সিজরঃ হাযকবগনু মার্ক এন্টোনিনা হকচাং ঙমদ্রে ঐহাক,
অদুগা নঙনা পামজবা মতুংইন্না, লৈবগে ঙসিদি ঐ শঙ্গাইদ'।

(ডেসিয়স চঙলকই)

সে, ডেসিয়স ক্রুটর্সসি লাক্কে, মথাক্কা মবাইনা হাযজকবনি।

ডেসি সিজর খুকমজবি, মতিক চাববা সিজর,
লাকর্চবিবনি ঐহাক লোযনদুনা থৌগল তৌজগে হাযনা সিনেট কাওবা।

সিজরঃ ওাঙ্গা চানা যৌবক্কে ফবেদা নঙ
পুখিনবা ঐগী থাগৎ বাহৈ সিনেটকী মাকোকশিংদা,
অদুগা হাযবস্মু মখোযদা লাক্কবোই ঙস ঐহাক,
লাকপা ঙম্নবোই হাযবদি অরানবা ওইগনি, লাকপা কবা হাযরগনা
অমুকস হেন্না ওইদবা ওইরনিং ঐ লাকবোই ঙসদি,
হাযবস্মু খাই পুনমনলে, ডেসিয়স।

কল। হকচাং ইবে হাযযু।

সিজরঃ সিজরনবু ওইদবা রা হাযদুনা পাউ থাখদ্রা
তিংলববা ঐনু ইপাস্নেমর্সি লমদম কযা জয তৌদুনা গোকহৌবা সিনেটকী
মাকোকশিংদুদা অওইবা চাংবা কিবগী?
ডেসিয়স, চৎলো, হাযকচো মবামদা সিজর লাক্কবোই হাযনা।

ডেসিঃ খ্বাইদগী পাঙ্গনবা হে সিজর, খঙজগে ঐসু মবম খবদি।
নোক্কবিদনবা, কবেম্নবিদনবা ঐনা হাযকবদা পাউদু অসুন্না।

সিজরঃ মবর্মদি ঐগী অনীংবনিঃ ঐ লাক্কবোই হার্যবিবসিনি;
মসিওনসু সিনেটপু পেলহনবদি মতিক চাবে।
অদুবু নঙ নশাগী অপাম্বদু থুংহন্নবা
ঐনা নঙবু গুংশির্বাননা, হাযগেসে মবমদু নাংঙান্দা,
কলপুর্নিযা নবেম্মসিনা ঐবু খামলি ঙসি চৎথাকপীদনবা
মমঙদা উবম্মী হাযবি ঐগী মুর্তি অমদগী
মচিল চাম চাম পানবা ঈফৎকী মতৌগুন্না,
ঈনা বা রা চেম্বকপাঃ অদুগা কবাম চাউবা বোমান কযানা

সিজরঃ কযাদা অপঙবা তাববনো তৌর্জাক্ত নঙনা কিনম্বশিংদ্, কলপুর্নিযা।
ঐসু মদুদা য়াকর্বসিদা ইকাইজবে ইতোম্মতা।
কদাই, পীবো ঐগী ফিজোল, চৎপা তাবে ঐহাক।

*(পব্লিযস, ক্রুটস, লিগাবিস, মেটেলস, কাস্কা, ট্রেবোনিযস অমসুং সিন্না চঙলকই)*

যেংঙুসে অসে লাক্লিবসি পাব্লিযসনা ঐবু কৌবা।

পব্লিঃ খুকমজবি, সিজর।

সিজরঃ চঙলকউ, পব্লিযস।
কবিনো, ক্রুটস নঙসু অসুক ঙন্না লাক্লবা ?
খুকমজাবি কাস্কা কাইযজ লিগানিযস,
সিজর্বদি নঙগী অদুক যাম্না কনবা যেক্রুবা নত্তে,
নঙবু নশা ইশোন শোনহল্লিব' অকমগী লাইনাগুম্না।
পু কয' তাঞ্রবগে '

ক্রুটসঃ সিজর, পুং নিপাল তাখরে।

সিজরঃ নখোয নুম্নমকপ্ বানা যৌনবকপগী
অমদি অবানাস লৌবিবগাদমক্তা থাগৎলি ঐহাক্লা।

*(এন্টোনি চঙলকই)*

যেংঙুসে, অহিংচুপ্পা কোইহাও হাওকনবনা এন্টোনি ফাওবা
যৌনক্লেসে, খুকমজবি, এন্টোনি।

এন্টোঃ খুকমজাব ঐসু খাইদগী পুকচেল চাউবনা সিজরদা।

সিজরঃ মনুংদা লোইশিল্লো হাযখ্রো,
অসুম হাযনা ঙাইনহনর্বাস ঐগী অবানবান।
সিন্না, মেটেলস, কাবনো ট্রেবোনিযস '
নঙগা পুংমুক্তুং রানী তৌগদনা লৈ ঐগা;
ঙসি ঐগা উনবা কাউগনু,
ঐগী ইনাক্তগী লাপথোক্লা লৈখিনু, ঐনা কাউথোক্লনবকো।

ট্রেবোঃ লৈজগনি, সিজর। (তুমিন্না)
অসুক যাম্না নঙগী ননাক নক্লা লৈগনি ঐ,
নঙবু লুনা খঙবা, মকপ মপাংশিংনা
ঐস নবা থাপ্না লৈবম্লবদি ফবমগদবানা খলহন্নাবা।

সিজরঃ নুংশিববা মকুপশা, মনুংদা চঙ্‌ুসি,
থকমিন্নাখিসি য়ু খবদং ঐখোয,
অদুদগী ঐখোয় ময়াম চান্নবা মকংকুম্না
চংথ্রাস চুমদ্রিং হেক্তা পন্না।

ক্রুটসঃ (ভূমিন্না) মাযথোং খুদংমক ৈপ মান্নবা নত্তে, ও, সিজর,
বাইদা ' ক্রুটসকী থম্মোয়াসি মদুগী খল্লুবদা। *(থোকখি)*

# অহুমশুবা উৎপা

## ( কেপিটোল মনাক্কী লম্বী অমা )

(অইবা চে অমা পাব পানদুনা আবর্টিমিডোবস চঙলকই)

আবঃ “সিজব, ব্রুটসপু চেক্শিল্লু কুপনা শেত্নৌ কেসিযসপুঃ
কাস্কাগী মনাক নকল্নু, সিন্নাবু যেংশিল্ল,
থাজকন্নু ট্রেবোনিযসপ,
মুন্না মশাক খঙহুু মেটেলস সিন্নবন্,
ডেসিযস ব্রুটসনা নম্বু নুংশিদর্বানিঃ
কাইযজ লিগাবিযসতা নহাক লাল্লবানি।
মা পুন্নমক অসি মপাক্লুং অমতা ওইনা
সিজবগী মাযোক্তা লোইনা লেপ্তুনা লৈখ্রবনি
কবিগুম্বা নশাসি অমব হাযবদু ওইদ্রবদি চেকশিঙ্গৌঃ
থাজবা কা হেনমল্লবদি লৌনম নমথাক্লা খুদোংচাবা লৌবনি
পাঙ্গল্লবা লাইযাম্না নঙবু ভাকপি শেনবিসনু ' নঙবু নুংশিজববা.
আবর্টিমিডোবস লেপ্তুনা নৈবগে ঐহাক মফমসিদা
সিজবনা লাম্থোক্লুনা চৎখিদ্রি ফাওবা,
অদুগা পীগে চেসি মঙোন্দা ৱাকৎপা মী অমা ওইনা
কর্পালি ঐগী থস্মোর্যসি পূণ্য হাযবসি হিংজবা ঙমদবসিদা
শোকযৌবা ঙমদনা কল্লক-মিহৌবগী হৃদুনা।
কবিগুম্বা পাববদি নঙনা মসিবু, ও সিজব হিংবসু যাই নহাক
পাদ্রবদ, নঙগী বিধি নোংদম্বসু
পূন্না লৌত্নুাখ্রে নঙগী মাযোক্তা নমথাক লৌনম হৈবশিংগা ' (খোকাখ)

# মরিগুবা উৎপা

## ক্রটসকী য়ুম মমাঙদা, লম্বীগী অতোপ্পা নাকন

(পোর্সিয়া অমসুং লুসিয়াস চঙলকই)

পোর্সিঃ নুপামচা, চেল্লো নহাক সিনেট হাউসতা
ঙক্নুনা লৈবনু ঙাইদুনা ঐঙোন্দা পাউখুম পীনবা, চেল্লু,
কাব ঙাইদ্‌না লৌবিবগো নঙবু ?
লুসিঃ হেচগদবা পান্ডু খঙজগে হায়দুনা, ইবেম্মা।
পোর্সিঃ মফম অদুদা য়ৌব
অদুগা হল্লকউ অমুক মফম অসিদা
মর্সানা ঐনা পাম্বসি নঙনা তৌকবা
হায়দ্রবিইড্রা ঐনা নাঙোন্দা তৌকগদবদু কবিনো মফমদদা।
(মতেম্মতা) হে লেঙদ্রবা পুকচেল,
লেংদনা চেংনা লৈবীযু ঐগী তেংবাংদুনা,
থাদবক্নুনা থাঞ্জনহনবিবো চাউববা চীংদুম অমনা
অনিগী মবকাসদা ঐগী থম্মোয় অমদি ঐগী লৈযে।
লৈজে ঐগী নুপাগী থম্মোয়, থৌনাদি অদুবু নুপীগা থৌনাতা
কয়াদা অরাবগী মশকনো নুপীগী থম্মোযদা
লোক্লুনা থম্না হায়বসি অবোন অথুপ রা কয়া।
নঙ হৌজিক ফাউবা লৌবিববা অসিদা ?
লুসিঃ ইবেম্মা, কবিনো ঐনা তৌজকগদবনু ?
কোপটোল তান্না চুম্না চেল্লুবতা, অতৌদি কবিসু লৈত্রবা ?
অদুগা অমুক হঞ্জবকপা মফমসিদা অতৌদ কবি ?
পোর্সিঃ অং, নুপামচা পাউ পুবকউ ঐগী নাক্তা
নবু ঙাদু কমদৌহৌনি হায়বগী,
লেংখিবনি মহাক মশা ইঙম ঙমদনাঃ

অদুগা মুন্না যেংলকউ. সিজবনা কমদৌবা
কনা কনানা হন্না হন্না
মঙোন্দা বাকৎহৌবা হাযবদুসু ।
তাউনহে, নুপামচা ! কাবগী খোঞ্জেলনো অসিনু ?
লুসি: তাজন্দে ঐদি কবিমতা ইবেম্মা ।
পোর্সি: তাউ নানা থাঙ্গৎ তুনা মুন্না;
তাই ঐদি রা রা লাউনা লাওনবা খোল্লাউ
যৈন-শুনবা, হাৎন-খিন্নবগী চবাংনবগুম্না
পুবকই মখোলদুসু নুংশিৎনা কেপিটোলগী মাইকৈদগী ।
লুসি: সুটসেযাব অমা লাকলি ইবেম্মা,
তাজন্দে ঐদি থোইদোকপা মখোল ।
*(তুংগী থৌদোক মাওজৌননা হাযবা হুম্না সুটসেযাব চঙলকই)*
পোর্সি: সোমদা চঙলকখো, কদাইদা চৎলুই নঙদি ?
সুট: যমদা চৎলির্বান, ইমা ।
পোর্সি: পুং কযা তাখ্রবগে ?
সুট: পুং মাপললোম তাবমুগনি, ইমা ।
পোর্সি: হৌজিকপু কোপটোলদা লেঙপ্রববা সিজবব্রু ?
সুট: লেঙখিদ্রি ইমা হৌজিক ফাওবা, চৎলির্দনি, ঐসু লেপলননা.
উবা ফংহৌনবা মহাকপু কেপিটোল তান্না চৎখিবদা ।
পোর্সি: নৈববা নঙগীসু সিজবদা কবিগুম্না ৱাকৎকদবা ?
সুট: নৈ ঐগীসু ইমা, কবিগুম্না চানবিববদি সিজবনা ।
তাবিববদি সিজবনা থৌজানবীদুনা ঐনা
হঙ্গৎচগনি মঙোন্দা মাগী কান্নবা যেংজনবা ঐনা ।
পোর্সি: খঙববা নঙব্রু কবিগুম্না
অমাং অতা থোক্লককদবা মঙোন্দা ?
সুট: থোক্লোই অনতসু ঐনা খঙজবিবসিদি,
ঐনা চিংনজবা অযাম্বদি
থোক্লবসু যাই বাধনা তমদুনা ।
কাযনবসি ইমা । স্বাইসি লক্মী ইখ্ খুই,

সিজবগী মতুং ইল্লকপা মীযাম
সিনেটকী মীকোকশিং, মেজিষ্ট্রেটশিং, রাকৎপা মীযাম্না
নেংথাযবিবমগনি অশোনবা মীদি শিবা যানাঃ
মংতুনা থিৰ্কখিগে লেপ্পনবা মফম অমতং মী হাংবা,
মফমদুদগী থৌনা ফববা সিজবনা লেঙখিবদা
বা অমতং হঙ্গৎচহৌবা যাবা। *(থোকাখ)*

পোর্সিং: মঙলগে ঐহাক ইমুংদা। অবাবনিদকো,
(মতাম্মতা) কযাদা শোনখ্রবা নুপীগী থম্মোই হাযবসি!
ও ব্রুটস, লাইযাম্না তেংবাংবিবা ওইসনু
নাভগা নথৌদু পাঙথোকপদা
শোযদ্রে, নুপামচাসিনা তাবম্না তাবে ঐনা ভাঙলিবসিঃ
সিজবনা যাবিবক্লোইদবা ব্রুটসকী বা অমখক লৈরবানি
ও! ঐ রাম্নবক্কদৌবে। চেল্লু, লুসিযস তাকলুচো নবুভাদা
হাযক মংলুচো ঐহাক হবাও হবাও লৈহৌবি।
অমক হল্লকউ ঐগী নাক্তা, তমলো অমুক ঐঙোন্দা
কবি হাযবকপা মহাকনা নাঙোন্দা।

*(তোঙান তোঙানবা মাযকৈদা থোক্লখি)*

# অহুমশুবা অঙ্ক

## অহানবা উৎপা

(রোম কেপিটোলগী মমাও সিনেট ফমলি। মী মগাম তিল্লি; আর্তিমিদোরস অমসুং সুথসেয়াব অদুসু থাওরে। যন্ত্র থোংলকই। সিজর, ব্রুটস, কেসিয়স লিগারিয়স, পোপিলিয়স, পব্লিয়স অমসুং অতৈ মযাম চংলকই)

সিজর: (সুথসেয়াবদা) মার্চ থাগী থায়াং হায়বদু য়৷বক্লে।

সুথ: অহেই, সিজর; অদুবু তৌদি হৌথিদ্রিদনা।

আর্তি: ওকায়ব, সিজর! চোঁসদা ইর্জিববসি পারবিয়ু।

ডেসি: ট্রেবোনিয়সনা শীর্জাব চোঁসনত্তা নোল্লুক্লা, মিংয়েং তাবীনবা অহাংবা মতম অমদা।

আর্তি: ও, সিজর, মিংয়েং তাবীয়ু ঐগীসিনা হান্না; ঐগী চে অসিদি মবি লৈনবনি সিজরগা হেন্নাঃ মিংযেং তাবীয়ু থৌনা ফববা সিজর।

সিজর: ঐগা মবি লৈনবা য়াফমদুদা খ্বাইদগী ইকোন কোন্না খল্লগনি।

আর্তি: থাম্থবা তৌববনু অমুক সিজর; মিংযেং তাবিয়ু খুদক্তা।

সিজর: কারনোনতে, ঙাওববা মসিগী নুপাসিবু?

পব্লি: হে নুপা, হন্দোকউ খরা।

কেসি: কারনো নওবু লম্বী মযাইমক্তদা চে পায়দুনা য়াকৎহনবাসি কেপিটোলদা লাকউসে।

*(সিজর সিনেট হাউসতা চংশিল্লে অতৈনা মতুং ইন্না)*

পোপি: ঙসি পাঙথোকদৌরিবা নখোয়গী থবক্তু মতৈ যানবা ওইসনু হায়না আশা তৌর ঐহাক।

কেসি: কারি থবকপু, পোপিলিয়স?

পোপি: কায়নবাসে। (*সিজরগী মনাক্তা চংখি*)

ব্রুটসঃ কাবনো হাযবম্বদু পোপিলিযস লেনানা ''

কেসিঃ ঙসি পাঙথোক্কদৌবিবা ঐখোযগী থবকসি
মপুং ফানা মহৈ যানবা আশা তৌবি হায।
ঐখোযগী থবকসি খঙনবমাল্লে খল্লি ঐদি।

ব্রুটসঃ যেংঙু, যেংঙু, সিজবগী মনাক্তা চংশিনখ্রিবাস মহাক।
মুন্না শেন্নৌ, যেংঙুকো।

কেসিঃ কাস্কা, থুনা পাঙথোকলো, চিংনবা পোকলে
কম্থাক্কুনা, ঙাকথোক্কুনা লৈখিদ্রা হাযনা।
ব্রুটস কবি তৌনি '' মসিবু কবিগুমবা খঙখ্রবাদ হায়না,
কেসিযস নৎত্রগা সিজবদি হল্লবোই ঙসি যুমদা,
ঐদি ইতোম্মতা থাঙনা থিন্দুনা শিজগনি।

ব্রুটসঃ কোসযস, তপথখো, ঙাইখো,
পোপিলিযস লেনানা ঐখোযগী বাস হাযবা নত্তমাল্লে;
যেংঙুদা মহাক নোর্কালবসি,
অদুগা সিজবসু কবিসু তৌদ্রিবাস।

কেসিঃ মাগী মতম খঙবনি ট্রেবোনিযসাতি, যেংঙুদো ব্রুটস,
পুখোক্কুনা চৎখ্রিবসি মার্ক এন্টোনিবু লম্বা তাঙা মহাক্তা।
(এন্টোনিগা ট্রেবোনিযসকা থাকখি)

ডেসিঃ কদাইদা লৈখ্রে মেটেলস সিম্বর্বাদি ' চৎহনগ্রো মাবু,
থুনমক পীশিলহল্লুবো সিজবদা মাগী চেন্দু।

ব্রুটসঃ মহাক শেম শাবা লোইখ্রে,
মনাক্তা চঙশিল্লু মাবু থবা তেংবাংবিয়ু।

সিন্নাঃ কাস্কা, নঙানকো অহানবা খুৎথা থাগদৌবদু।

সিজবঃ মযাম পুম্নমক শেম শাবা লোইববা '
কবি কবি লৈবিবগে চিৎথ নাম্বতৌবা
সিজব অমসুং মাগী সিনেটনা অৱাবা কোকহনবা ঙম্বা '

মেটেঃ খ্বাইদগী চাউববা, খ্বাইদগী শক্তি লৈববা সিজব,
ভুজবি মেটেলস সিম্বনা নঙগী ফমফম মখোঙদা
যাম্না নোঙ্গ নোল্লুক্লা — (খুক খুদক কুল্লি)

সিজবঃ ঐ মদু যানিংদে সিম্বব।

নোঞ্জবা অমদি যাম্না তোনখ্রবা হাযজ-চৎচবশিংসিনা নওগী
মীচমগী থম্মোযবুদি পেৎহনবসু য়াই,
হায়া হৌবদগী লেপ্পদুনা লোইখ্রবা রাফমবুসু মসিনা
কাবিসু লৈতবা ঙাইহাক লৈতনা
হোংদোক হোংজিন যাবা ওইনা থোকহল্লম্বসু যাই।
থাজকনু নথ্নাই তানা সিজবগী শিংলিদা চেল্লি হাযনা
অদুগুম্না ইবায লাযনা শাগৎহনবা ঈ
অশোংবা মগুণদু মাগী খুগাইদুনা মাঙহনবা যাবগুম,
ইনায লাযনা অপংবশিংগী থম্মোযবু পেৎহনবগুম,
হাযবাদ ফজবা বাইনা, নোঙ-হাযজ হঙ্গৎচবনা
অমাদ হইগুম্না শুৎ শুৎ লেকপনা মীগী মখোঙদা।
আইনগা মতং ইম্না লোই থাখ্রবনি নওগী নয়াম্বদুঃ
নওনা মাগাদমক্তা নোঞ্জদুনা, খুকমদুনা খোঙদা কোল্লবদি
ঐনা কাওথোক্লনি নওবু ঐগী লম্বীদগী অঙাওবা হূইগুম্না
খঙবা কৈ, অবানবা তৌদে সিজবদি হাযবসি,
নৎত্রগা নবম চাদনা পেনবিবসু ঙমদে মহাক্তি।

মোটঃ কনাগুম্না অমতা লৈখিদ্রববা মযামসিগী মবক্তা
হেন্না নুংশিনা, থোৎনা নৌনা
চাহিনবা গুম্না চাউববা সিজবগী মনাদা
ঐগী খোঙ্চল আসি নওনা, ককথৎহন্নবা ঐগী
লোই থাবখ্রবা ইযাম্বদুগী হুকুম অদুতা

ব্রটসঃ নখুৎ পাযদুনা হাযর্জবি ঐনা সিজব,
অদুবু চিবোন-খাবোন তৌজবদি নত্তে;
হাযর্জাব ককথৎপিবো হাযনা পল্লিযস সিম্ববু
লোই থাবিবগী হুকুমদু
থুনমক মহাক অমুক হঙ্গবকপা যানবা।

সিজবঃ কমদৌবা ব্রুটস !

কেসিঃ ঙাকপিয়ু সিজব, সিজব ঙাকপিযু,
নখোঙ শোক্লা কেসিযসনা তুর্জাব,
পাব্লিযস সিম্নবদা ফংহনবিযু প্রজা অমা ওইবগী অধিকাব ।

সিজবঃ নখোযগুম্বা ওইবম্লবদি ঐসু পুক্লিংসি নৌবম্বা যাবনি,
নোঞ্জবা, হায়জবা হৈবম্লবদি ঐসু,
নোঞ্জবা হাযজবনা ঐসু পেল্লমগনি,
অদুবু লেঙদবনি ঐদি অবাং-অতিযাগী থবানামিচাকসিগুম,
মফম লেঙদবা, হোংবা লৈতবগুম
অতিযা মকোয়দা লৌবিবা অতৈ কযা
মশিং থিঙমদবা থৱানমিচাকশিংনা,
মৈগুম্না চাকই মখোয পুন্নমক, লংনা ঙাল্লি পুন্নমক,
অদুবু পুন্নমক্কী মবকসিদা লেঙদবা অমতংদি লৈ
পৃথিবী অসিদসু মসিমঙাই, মীগী মবক্তসু মসিগা অমতানা,
মীওইবা হাযবসি শাবনি লু তোংনা, অফ ফত্ত খনবা ছুপ্পানা,
অদুবু অদুক যামখ্রবা মীযাম মবক্তগী
অমখক্তংদি লেঙহনবা হোংহনবা ঙমদনা লৈবাদ
অতৈদি ঐহাক খঙদে, মহাক অদুদি ঐনি,
মদুগী খুদমসু ঐহাক খবদং উর্ব্বনংই মতাংসিদসু,
ঐ অসি লেঙলবোইদবনি, সিম্নবদি লোই থাবদা মুত্তবব্বনি,
লেঙদনসু লৈবি ঐহাক মহাকপু লোই থাবগী বাফমসিদাদ ।

সিন্নাঃ ও, সিজব –

সিজবঃ চৎথোকুখ্রো, যেংন্নিংদে !
ওলিমপস চীংজাউ ফুক্কে খল্লিববা নঙবু ?

ডেসিঃ থৌনা ফববা সিজব,

সিজবঃ অবেম্বা কান্নদবদা খোঙ পাযবিবনিদো ব্রুটস নঙ ?

কাস্কাঃ খুৎসিনা প্যাঙথোক্লসন চিন্না ঙাঙগদবা বাদ ঐগীদি !

*(কাস্কানা অহানবদা অদুদগী অতৈশিং অদুনা মথং মথং সিজবদা থাঙনা থিল্লি, ইবোয লোইবদা ব্রুটসনা থিল্লি)*

সিজৰঃ নঙসুবা ব্রুটস ! অদু ওইবৰদি সিজৰগী অবোইৰনি ! (শিবা)

সিন্নাঃ নিংতমলে ! নিংতম্বা ফংলে ! মীওংপা হায়বদু শিবে ! চেল্লো, চংলো, কোইবাউ লাউকবো লম্বী লম্বীদা চত্তুনা ।

ক্যেসিঃ খবনা চংলো মীযাম তিনফমদুদা লাউথোকলুনবাঃ
"ফংলে নিংতম্বা, প্রজা অমা ওইবগী চপচাবা অধিকাৰ" !

ব্রুটসঃ লৈবাক প্রজা পূম্নমক অমদি সিনেটকী মীকোর্কশিং,
কিবিনু; চেনখিনু; লেপ্পুনা লৈখো,
আশা চাউবা হাযবদুগী
ফংফম থোকপা লমন্দু ফংজগ্রে ।

কাস্কাঃ মীযাম তিনফমদা চংলসি, ব্রুটস ।

ডেসিঃ অদুগা ক্যেসিযসসু য়াওনা ।

ব্রুটসঃ পব্লিযসতি কদাইদা চংগ্রে ?

সিন্নাঃ ইসিদা লৈবে, চমন্নদুনা ত্তৌফম খঙদনা ইবাং অসিদা ।

মেটেঃ মযাম চোইথোক্লনা পূন্না লেপ্পু,
কনাগুম্বা সিজৰগী মকপ-মপাংনা কবিগুম্বা তাঞ্জা যেংদুনা—

ব্রুটসঃ লেপ্পুনা লৈযু হাযগনু । পব্লিয়স; হবাও হবাও লৈযু
নঙগী নশাদা কবিসু ত্তৌগদবা লৈতে মাওনবা,
ৰোমান অতৈদসুনি; হাযদোকউ মীযামদা পব্লিযস ।

ক্যেসিঃ থাদোক্লুনা চংস্রো ঐখোযবু পব্লিযস;
কবিগুম্বা মীযাম অসিনা ফুজিল্লক্লুনা ঐখোয তম্না,
ফত্ত নুং ত্তৌবকপসু যাই অহল ওইবনা নঙোন্দা ।

ব্রুটসঃ চংলো, চংস্রো, কনাগুম্বা অতোপ্পা মী অমতা
ফংহনবা যাদে ত্তৌর্কাবিবা থবকসিগী ফত্ত নুং
নত্তনা ঐখোয থবকসিবু পাঙথোকলুবিবা ।

*(ট্রেবোনিয়স অমুক চঙলকই)*

ক্যেসিঃ এন্টোনিদি কদাইদা লৈস্রে ?

ট্রেবোঃ চেনখ্রে মতাক মযুমদা ইঙক ঙক্লদুনা,
নুপা, নুপী, অঙাং-নুবী পূম্নমক চঙক্লদুনা লোইনা

কপ্প-লাউনদুনা কোইচেন চেন্নখ্রে
প্রলয়গী মতম যৌবক্লবদৌনা।

ক্রুটসঃ হে বিধি, ফংগনি অশা তৌবি
ঐখোযসু নঙগী অৱা-নুংঙাই,
শিবদি মশোযদ্রে হাযবসিদি খঙই ঐখোয়সু;
অদুবু কৈদৌঙেনো অমদি শাঙলবা মাঙগী মতমাসিনি
চেকশিন্না লৈফম থোকপদি মীওইবনা।

কাস্কাঃ পুন্সিগী চহি কুনবু লেনবা ঙমখ্রবনিনা
কবিগী ঙমলোই লেনখিবদি চহি অসুক যাম্না
অশিববু কিনা কিনা লেনবদি।

ক্রুটসঃ চুম্মী খল্লসি মদুসু, অদু ওইববদি
শিবা হাযবসি তোংজবনি
ঐখোযসু সিজবগী মকপনি, কর্কাশনবিবিবা ঐখোযনা,
মহাক্না লেপ্লিবা মতমদু শিববু কিনা ঙাইদুনা।
লুকথবো, নোঙ্থবো বোমানশা, হান্নসি ঐখোয খুৎশংসি
সিজবগী ঈ অসিদা, খুদাং খুদাং যৌনা,
তৈহল্লসি ঈসিনা ঐখোযগী পাযবিবা থাঙশিং মাস,
চৎলসি অদুগা ঐখোয কৈথেল ফাউবা,
হাইব হাইবদুনা কোকথক্তা ঈ তৈববা খুৎলাইশিংসি,
লাউকবসি ঐখোয পুন্নমক "শান্তি ফংলে, নিংতম্না ফংলে"

কেসিঃ নোঙ্থবকলো অদুদি হামলবো। ঙসিদগী তৌনা মতুংদা
যুগ কযা কযা চুপনা শান্নবগবা হন্না হন্না
শক্লবগবা অমুক্তা তাখিদ্রিবা সুব কযাদা মীওইবনা
শেল্লক্লিবা, পোক্লক্লিবা লৈবাক কযাদা
দৃশ্য অসি ঐখোযগী বাং চাউববা।

ক্রুটসঃ ঙসি পোমপিগী মখোঙদা তুবদুনা,
উফুলদগী হেন্না মমল যাউদনা উববা
সিজবগী মীশি অসি মশিং লাকঙমদনা
হন্না হন্না শান্নবক্কনি তুংদা লিলা ওইনা।

কেসিঃ ইংনা, লেম্না চিক্লা, হায়নগনি
তুংগী মীবোলনা কৌনগনি ঐখোযগী কাংবুসিবু
মবৈবাকপু নিংতম্না পীবম্না মীশকশিংনি হায়না তত্তনা।

সেসিঃ ঐখোয চৎলগদ্রা ?

কোসঃ অং, মীপুম খুদিং চৎলো,
পুংহনসি ক্রুটসনা মাঙদা; লৈতেংসি ঐখোযনা তুংইন্দুনা
খাইদগী থৌনা লৈবা, অফবা রোমানগী থম্মোযগা।

*(মীনায অমা চঙলকই)*

ক্রুটসঃ ভুইখো ! কনানো লাকলিবসি ? এন্টোনিগী মকপনি।

মীনাযঃ তাকপীবকই ক্রুটস, ঐবু যোকপীবা মপু মার্ক এন্টোনিনা
চুজদুনা খুকখুদক লৈতানা, লৈমায পক্লা নোঞ্জদুনা
"ক্রুটসতি পুকচেল চাউবনি, অশিংবনি,
থৌনা ফবনি, পুকচেল শেংবনি,
সিজরনা পাঙ্গল কনবনি, থৌনা লৈবনি,
নাং থৌনি, নুংশি খঙবনি,
হায়ক চৎলে নুংশি ক্রুটসপু ঐহাক,
মাবু ইকাই খুমনৈ ঐহাক,
কিকই ঐনা সিজরবু, ইকাই খুম্নকই, নুংশিকই মহাকপ।
করিগুম্বা ক্রুটসনা য়ানাবদুনা যাবিবরদি
লাউজবকপা অদুক অশোক-অপন যাওদনা মার্ক এন্টোনিদু
অদুগা শক্নবা যাবিবরদি অশিবা ওইনা লৈরদা
মতিক চপ চাবরনি সিজরসি হায়বদু, অদু ওইরবদি
মার্ক এন্টোনিনা শিরবা সিজরবু হিংবদনা লৈবিবা ক্রুটসমুক
অমুক নুংশিজবরোই; অদুগী মগুম্বা ইঞ্জবা পাম্মনে
পুকচেল চাউববা ক্রুটসকী মতুং, মাগী মবাইনক
মাগী থবক খুদিংমক্তা, খাঙলদুনা অনাবা খুদোংথিবশিংগা
ওইহল্লক্লিবা অনৌবা ইবাং মযাম্মসিনা
অনিংবা, হোংবা নাইদবা পুকচেলগা লোয়ননা"।
তাকপীবকই অসুম্না ঐবু যোকপীবা এন্টোনিনা।

ব্রুটসঃ নবুংঙোদুদি অশিংবা থৌনা ফবা বোমান অমনি,
খল্লুদে ঐদি কৈদৌঙেদা অমুক্তসু ফত্তনা মাবু ।
হাযক মঙোন্দা, লাকপা পান্নবদি মহাক মফম অসিদা,
চিংনবা পূম্না কোক্কনি মহাক্কী, রাশক্তুনা হার্যাবিবর্সিনি
হর্নাখবসু যানি মহাক খুদোংথিবা অমতা থোক্তনা ।

মীনাযঃ ঐহাক মহাকপু থুনমক পুজবক্লগে । *(থোকখি)*

ব্রুটসঃ মহাক ঐখোয়গী মকপ অমা ওইনি হাযবসি ঐ খঙই ।

কেসিঃ ঐখোযগী মকপ ওইবসু য়াই খল্লি মহাকসি
অদুবু ঐগী পুকনিংদা লৈ চিংনবা অমদি
মসিনা ঐবু যাম্না কিবা পোকহল্লি;
অদুগা ঐগী চিংনবসিসু থোক্কল্লি শোযদনা ।

ব্রুটসঃ অদুবু এন্টোনিদি যৌবক্রেসে আদা । *(এন্টোনি চঙলকই)*
চঙবিবকউ, মার্ক এন্টোনি ।

এন্টোঃ ও, থৌনা ফববা সিজর ।
তাদুনা লৈববা নঙদি অসুক তোম্না '
নঙনা জয় তৌখিবা পুম্নমক, মিংচৎ, বিজয়, নৈহৎখিবা
লৈপ্রববা তাশিন্দুনা লৈমাই মচেৎ অসিদা '
খঙজদে ঐদি ভদ্রলোকশিং
কবিনো পাম্বীবিবর্সি নখোযনা
অতৈ কনা কনা অমুক ঈ তাহনগদৌবিবা
কনা কনা অমনা ঈখেং হাথহনগদৌবিবা,
য়াঙববদি কবিগুম্না ঐ ইশামকসি শিগদবদুগী মবক্তা
হেন্না ফবা মতিক চাবা লৈত্রে
সিজবনা শিবিবা পুংফর্মসিদগী হেন্না, নৎত্রগা
লৈববোই খুৎলাই অমা তংখাই ফাওবা মতিক ওকপা
পৃথিবীসিগী খ্বাইদগী পুকচেল চাউবা
মীশক অমা হাৎলুবদগী মমল যাম্নবা
নখোযগী থাঙশাং অদুগী মযাদা শিজবনা ।

হায়র্জাব ময়ামদা, কবিগুম্বা নুঙাইতবা লৈবর্বদি ঐবু,
হৌজিকমক নখোয়গী ঈ তৈববা নখুৎতুদগী
ঈ তপ তপ তাবিঙেসিদা, মনিল ৱা ৱা কবিঙেসিমক্তদা
পাওথোকাপবো নখোযগী অপাম্বদু ।
চহি লিশিং অমা হিংদুনা লৈববসু ঐহাক,
ফংলবোই শিবগী অসুক পামজবা, তাঞ্জা
মফম থাসদা সিজবগী অশিবা হকচাং মনাক অসিমন্তদা,
নখোয়গী, থিনবীদুনা থাওনা শিজবসিদগী
যুগসিগী অপম্নবা লুচিংবা, ৱাখল-লমজিং ওইবিবা সিজবগী নাকসিদা
হয়া পামজবা মফম অমুক লৈজদ্রে,
হেয়া ফবা উপায অমা ঐগী ।
ব্রুটস ও এন্টোনি, নিবগনু নহাক শিজবগে হাযনা ঐখোযদগী
তৌজিক নঙনা উবিবা ঐখোযগী ঈ তৈবা খুৎ, থবক মতাসিনা,
উইল্লবসু নঙগী মিত্তা নুংশি হৈতবা, ঈ পামনা মী ওইন,
উনি নঙনা মপান্থোংগা থবক্তুদ ঐখোযনা পাণ্ডথোক্লবা
ঈবব্বান নঙদি ঐখোযগী ইখুং অসিদা,
তীকবিবাস মখোযনা ঈ নাই তাবা থবকনি হায়দুনা,
উদ্রি নহাক ঐখোযগা পুকনিংবুদি, থম্মোযাসাদ
নুংশিবগী ৱাখলনা ইথন থাল্লবনি,
নুংশিব পোকালবানি ঐখোয
বোমগী, খাইগী ওইবা অবানবাস উবদা
মৈনা মৈবু চাকথেকহনবগুম, মীনুংশি ৱাখলনা মীনুংশি মাঙহনবর্তনি
তৌকবানি অদুম্মা থবক অসি সিজবদসু । নঙগীদমক্তদি,
ময়া পংলবানি ঐখোযগী থাওশিংসি, মার্ক এন্টোনি,
পাম্বোম তিংথোক্তুনা কৌবি নঙবু
পুকথা-ননথা থাদনা
ইচিল-ইনাও ওইবগী থম্মোযনা ওক্লি নঙবু হন্না
নুংশিবা, অফবা ৱাখলদা ইকাই খুম্নবগা লোযননা ।

কোসঃ নঙগী বাসু অনৌবা ফমথোল খন্নবকপদা
অদুম কয়া মথোক্কনি অতে মীগী মরাগুম ।

ব্রুটসঃ ঙাইখো নেমথখিবা ফাওবদি মীযাম অসি,
কিবনা মথোং মবম খঙনদ্রবা, অদুদগীদি
হায়রগে নঙোন্দা ঐখোয মবমদু কবিগীনো হাযবা,
সিজববু থাঙনা থিল্লুবগী
মাবু নুংশিজবা ঐনা
কবিগীনো অসুম্না তৌকবিবা হাযবদু ।

এন্টোঃ নখোযগী শিংলবা বুদ্ধিদুদি চিংনকদে ঐহাক ।
তিংথোবকউ মীপুম খুদিংমক ঐঙোন্দা ঈ হৈবা খুৎশিংদু
অতাংবদা সে মার্কস ব্রুটস শোক্লসি নঙগী খুৎতু ঐগীগা,
মথংদা শোক্লাস কাইয়ত্ত কেসিযস নঙগী নখুৎক,
নখ না ডেসিযস ব্রুটস নঙগীগা, অমুক্লা মেটেলসকীগা
নাংগসু সে সিন্না অদুগ থৌনা ফবব কাস্কা নঙগানা কদাই,
অবোইনা ওইববসু নঙনা, নুংশিবদদি খাইদগী এাদলা
কদাই পুকফবা ট্রেবোনিযস নঙগা শোক্লাস খুৎ
ভদ্রলোক পুন্নমক, অৱাবনিদা, কবিনো ঐনা হায়ন্দবসিনু '
তৌজিক ঐগী মিংসি লৈববনা
নানখুগল্লবা লৈমায অমদা
নখোযনা ঐনু লৌনবা তাই
যৎত্রবা অর্নিসিগী মবক্তা অমনি,
পাঙদর্বনি নৎত্রগা চিবোন হৈবা মীনি ।
সিজববু ঐহাক নুংশি হাযবসিদি, ও, মসিদি অচুম্বান,
অদুবু ঐখোযদা যেংদুনা লৈবন্নবদি নঙগী আয়ানা তৌজিক,
নহাক্লা শিবদগী হেন্না
রাহল্লমলোইদ্রা নঙোন্দা
উবদা নঙগী এন্টোনিনা শাম্ভাইনদুনা
খুৎ শোক্লবদুনা নঙগী ঈ-তৈববা যেক্লবাশিংগী খুৎশা পাযবদুনা,
ত্তে খাইদগী পুকচেল চাউবা ' মাঙসিমক্তন্দা নঙগী শিববা হকচাংগী '

পাঞ্জবল্লবদি ঐগীসু মিৎ অদুক য়াম্না
নঙোন্দা শোকলিবা অশোকপা থাঙখুনসিগুম
পি শিন্থজববদি লেপত্তনা
নঙগী অশোকপসিদগী ঈ হাথবকপগুম,
মদুনা হেন্না চুমগদৌবনি মতিক চাগদবনি ঐগী,
ফম্মিন্নবদগী নঙগী যেক্লবশিংগা মকপ ওইনা।
ভাকপিগনি ঐবু জুলিয়স ! ফাদুনা থমগ্রেদকো
মফমসিদা নঙবু হে থৌনা ফববা শজি,
তুদুনা লৈরেদো নহাক্তি মফমসিদা
অদুগা লেপ্পুনা লৈবি অসিদা
নঙবু ভাল্লবস্না শাদানবশিংদু,
নঙগী ঈ তৈবা খুদমশিংদু উৎলদুনা,
মশা পুন্না পুমঙাং ঙাঙ নঙগী ঈতনা।
হে মালেম ওইবস্বনি নঙনা শজিসিগী শাম্নজফম উমং,
অদুগা মহাক্লা হে পৃথিবী, নঙগী থল্লায ওইজবস্বনি।
শাদানবা নিংথৌমচা কয়াগী তেন্না কাপথুবিববা শজিগুম
হাদুনা লৌব নহাক মফম অসিদা !
কোসঃ মার্ক এন্টোনি।
এন্টোঃ খাকপিগনি ঐবু, কাইযজ কেসিয়স,
হায়গনা মসিদি সিজবগী যেক্লবশিংনসু;
মকপ অমগী মচিন্দগীদি মযাই ওইবপ্পা থাগৎ-বাহৈনি !
কোসঃ সিজববু অসুন্না থাগৎপগীদমক্তা শাউবা নত্তে নঙবু ঐনা,
অদবু নহাক কবি তৌগে খল্লি ঐখোযগা ?
যাববা নঙবু ঐখোযগী মকুপশিংগী মশিংদা থাবা;
নৎত্রগা ঐখোযদা তোঙান্না লৈখোবা
নঙবু থোইনা থাজকদনা ?
এন্টোঃ মদগীদমক্তা খুৎ শোক্লকবনি ঐহাক নখোযগা, অদুবু
ভশেংনা উকবদগী সিজবগী অশিবা মশাসি
লমফৈ অমদা চৎলুববনি। মকপশিং ঐ নখোযদা যাওববনি

নুংশি নখোয় পুম্বব থাজবসি থমদুনা
কবিগী, কদাইদা সিজবসি খুদোংথিনিংঙাই ওইবিবনো হাযবদুগী
পীগনি হাযবদুদা নখোযনা মবম পুম্নমক।
ব্রুটসঃ মদুবু নৎত্রবদি উবিবসি তমথিখ্রবা দৃশ্যনি,
মবমদু ঐখোয়না মাবু হাৎলিবসিগী
ওস্থোক্লা ফগ্রবা ব্রাখলদগীনি
এন্টোনি নহাক সিজবগী মচানুপামক ওইবল্লবসু
শোযদনা যানিংবা পোকলমগনি।
এন্টোঃ মদুতনি ঐনা পামজবসু
অদুগা অসিমতংগা ঐহাক পামজৈ
কৈথেলদা সিজবগী অশিবা মশাস পুবগা
পুলপিততগী মুকুপ অমগী মতিকচাবদু উৎতুনা
মাবু ফুম্বগী মতাংদা ব্রা খবদং ঐবু ঙাঙহনবিবা।
ব্রুটসঃ যাগনি মদুদি, মার্ক এন্টোনি।
কৈসিঃ ব্রুটস, ব্রা অমতা সোমদা লোয়া।
(লোন্না ব্রুটসতা) নঙনা তৌবিবাস কবিনো ভাব তাদ্রমাল্লে,
মাবু ফুম্বগী মতাংদা যাকনু এন্টোনিবু ব্রা ঙাঙহনবা,
খঙদ্রা নহাক প্রজা মযাম অসি কযাম্নক
মহাক্লা হাযগদৌবিবদুনা মপুক্লিং পেৎহনখিনি হায়বা?
ব্রুটসঃ অমুক্তা ঙাইখো;
ঐনা পুলপিততা চত্তুনা ইশামক্লা অহানবদা
হাযগনি মবমদু ঐখোযগী সিজবনা শিবগী,
এন্টোনিনা ব্রা ঙাঙগদৌবিবসু
ঙাঙহল্লিবনি ঐখোযনা যাবদগী, ঐখোযগী হুকমনা;
সিজবসু মপুং যানা অশেংবা তৌনবা, চৎনবা
আইননা যাবা পুম্নমক্তু ফংবদা ঐখোয পোল্লি।
মদুনা ঐখোযদা অবানবা ওইবদগীদি
হেন্নদুম ওইহনগনি খুদোং চাবা, কান্নবা।
কৈসিঃ কবি থোক্লক্কদগে ঐদি খঙদে, ঐদি কযা পামদে মদু।

ব্রুটসঃ মার্ক এন্টোনি; সে পুদুনা চৎলো নঙ সিজবগী মশাসি।
অবানবা শীর্বদি যাবোই ঐখোযবু নঙনা ঙাঙবদা
হায়বা যাগনি অফবা মখৈ নুঙ সিজবগী নুঙনা ঙমজবীদা
অদুগা লাউথোকউ মযামদা
ঐখোযনা যাবদগী রা ঙাঙলিবনি;
নৎত্রবদি যাউহল্লোই নহাক কবিমতা মাবু ফুম্বগী থবকসিদা,
ঐনা ঙাঙলুগদৌবিবা পুর্লাপত অদুমক্তদা নঙসু ঙাঙগদবনি
লোইববা তুংদা ঐনা রা ঙাঙবা।
এন্টোঃ ফবে অদুনা;
অতৈ থোইনা পামদ্রে ঐ অমুক।
ব্রুটসং শেমশাবো অশিবা হকচাংদু অদুদি.
ইল্লকলো ঐখোযগী তুং *(এন্টোনি নত্তনা অতৈ পুম্বা থোকখি)*।
এন্টোঃ ও. থাকপাম্বকো ঐবু.
ঈ হার্থাবিবা হকচাং মমৎ
ঐসি কিদুনা মীহাৎপাশংসিগা চান্নথ্রবনি হাযনা
মতমগী অকা কুম খোঙথাংগী ইথক্তা হিংদুনা লৈবম্না
খাইদগা পুকচেল চাউবা মীশক অমগী
লেমহৌবা মখাক ওইরেদো নঙদি।
অবাবা ফংসনু খুৎশংদু তাহনখিবা
অসিগুম্না মমল যান্নবা ঈবু।
নঙগী অশাকপা মখুর্লশিংদগী ঐনা হৌজিক
হাযাববাসান তুংদা থোকলগদবশিংদ্
মখোযাসনা মবোল থোক্ত্রবা লৈযেংগুম্না
তমখোবক ঙাঙলবা মবৈশিংদু,
তাল্লকান ঐঙান্দগী খোঞ্জেল, ঐগী লৈগী খোঙ্গোক
শাপ তৌবক্কান মীওইবগী হকচাং কাযাৎ খুদিংদা
ইমুং মনুং খৎন-চৈনবা, লৈবাক মবাং তৌবনা
ফাজল পুনশিল্লগান ইটালীগী শকক পুম্বা,

ঈ তানবা মাগু-তাকহনবসি অসুক হৈনবগনি
অকি-শক্তম্নববা পোৎশিংনা
তোবোৎ-খদানবক্লগনি
মমাশিংনা পিল্লিবা মচাশিংবু
লাল্লক্তা শিখিবা মমিৎনা উবদা
চুম্না নোক্ত মনোক্লবগনি; মীনুংশি হাযবা পূন্নমক্তু
তমথিবা থবক্কী চৎনবীনা চবম মেৎলগনি;
অদুগা সিজবগী আত্মানা কোইচৎ চৎলদুনা লমন খুম
লোযনবগা এটিগা হৌগৎলক ফোং ফোং শানা পাতালদগী,
অফা-অপুন মবকসিদা
নিংথৌবেলগী খোঞ্জেলদা লাউবক্কনি,
"হাৎলো, তূপলো," থাদোবক্কনি লানগী হূইযামদু
ফৎত্রবা অবানবা থবকসিগী মনমনা হাবগনি মালেমথকসি
অশিবা হকচাংনা তেংথানবগনি ফুমবিনবা।

*(ওক্টেভিযসকী মনাই অমা চঙলকই)*

নঙবু ওক্টেভিযস সিজবগী মনাই মাল্লি, নৎত্রগা নঙবু ?

মীনাযঃ মাল্লি ঐহাক, মার্ক এন্টোনি।

এন্টোঃ সিজবনা মাবু রোমদা লাকউ হাযনা চিঠী ইখিবনি।

মীনাযঃ চিঠী অদু ফংলদুনা মহাক লাক্লবনি;
তাকপীবকই ঐঙোন্দা চীম্বুং ওইনা নিংশিংজবম্মু।
ও সিজবনিনা ! *(হকচাংদু উদুনা)*

এন্টোঃ চাউই নথম্মোয, হন্দোক্লগা কপথো থ্রাইহাক্তং।
কপনিংবা হাযবসিদি হেক্তা থুমহৎপনি;
ঐগী মিৎ অসি ফাওবা
উকবদা পিগী চদুম চদুমদু নঙগী নমিত্তুগী
শিম্বুবা হৌবক্লে পি। নঙগী নবুংঙোদু লাক্লববা ?

মীনাযঃ থ্রসি অহিং মহাক রোমগী লিগ অবেৎকী মনুংদা যৌবক্লনা পোথাবিবল্লগনি।

এন্টোঃ হনখ্রো থুনা অদুদি, তম্মু মঙোন্দা থোকখিবা পূর্ণাসঃ
রোম পুম্বা অনা-তেংথানবি, খুদোংথিববা রোমনি,

ওক্টেভিয়সনা থুংলবদা খুদোংথিবা লৈবোইদবা
বোম ওইদ্রি হৌজিকমক্কীদি,
চৎখ্রো অসিদগী, তস্মু অসুম্না মঙোন্দা। ঙাইহাক্তা ঙাইখো;
হন্থিনু নহাক কৈথেলদা পুবা ফাওবা ঐনা
অশিবা হকচাং অসি, মফম অদুদা হোৎনগনি·ঐনা
চীনগী শক্তি শিজিন্নদুনা, প্রজা মীয়াম পুন্বদা
ফৎত্রবা মীশিং অসিগী তমথিবা থবকসি পঙহনগনি ঐনা;
মদুগী মতুং ইন্না তস্মু নৌরিবা ওক্টেভিযসতা
থোক্লিবা থৌদোক, ফিবম পুন্বা।
কদাই নথুংতু পীবকউ।

*(সিজবগী অশিবা মশাদু পুদনা থোকপি)*

## অনিশুবা উৎপা

**( ব্রুটস অমসুং কেসিয়স চঙলকই, মীয়াম অমা ইমরকই )**

প্রজা ময়ামঃ ঐখোযগী চিংনবসি কোক্লগনি;
পুক্লিংগী চিংনবসি কোকহল্লসি।

ব্রুটসঃ অদুদি ইল্লকউ ঐগী তুং,
তাউ ঐনা হাযবিরবসি, মকপশা।
কেসিযস, চৎলো নহাক লম্নী অতোপ্পদুদা,
মীযামসিস্ অনি খোক্লা যেন্নবো।
তানিংবা কাংবুদুনা ঐগী বা লৈহৌ মফম অসিদা;
ইন্নিংবা কাংবুনা কেসিযসর্কী, চৎলো মাগা তুংইন্দুনা,
মীযাম পূন্নমক্তা শন্দোক্লা তাক্লগনি, খণ্ডহল্লগনি
মবমদু সিজবনা শিবগী।

১বা প্রজাঃ ঐদি ব্রুটসনা ঙাংবা তাহৌগনি।

২বা প্রজাঃ ঐদি তাগনি কেসিযসনা ঙাঙবা;
মবম মযাম খন্নদুনা যেংসি,
ঐখোযনা তাবশিং অদু তোঙান তোঙান্না মখোযনা হায়বা।

*(কেসিযসনা প্রজা খরা পুদুনা থোকখি; ব্রুটসনা পুলপিততা চৎখি)*

৩বা প্রজাঃ পুকচেল চাউববা ব্রুটস অসি
বা ঙাঙফমদা কাখৎলক্লদৌবে, তুমিন লৈবো!

ব্রুটসঃ ঐনা ঙাঙবা লোইবা ফাওবা তুমিন লৈযু।
রোমগী প্রজাশিং, লৈবাকমচাশিং, অমসুং মরূপ-মপাংশিং পূন্নমক!
তাউ ঐনা হায়বিবসি ঐগী মরমগীদমক অদুগা ঐনা
ঙাঙলিবা অসি তাবা ফংনবা তুমিন তুমিন লৈযু, ঐগী
ইজৎ যেংদুনা ঐনা হায়রিবসি থাজৌ, অদুগা নখোযনা
চুম্মী চুমদে খন্নদুনা যেংঙু,

ঐনা হায়বিবসি নখোযগী অচুম অবানা রাখল শিংজিন্নদুনা, মিকপ থোকহল্লো নখোয়গী তৃমদুনা লৈকবা রাখল অদু নশা নশানা অচুম চুমদা হেন্না শগুনা বিচারপতি ওইজনবা। প্রজা মযাম তাঁল্লবা অসিগী মবক্তা যাওববদি সিজবগী চান্নজবা মকপ কনাগুম্বা অমা ঐনা মঙোন্দা হায়রিব ব্রুটসনা সিজববু নুংশিবনা মানা সিজববু নুংশিবদগী তাবা নত্তে। অদুদি মকপ অদুনা কাবগী ব্রুটসনা সিজবগী মাযোক্তা লৌদনা তৌকখিববা থবকসিগী মবম খঙনিংলবাদ মসিনি ঐগী পাউখুমদি (সিজববু এনা নুংশিবা নাত্তুনা তৌকবা নত্তে, ঐনা রোমবু নুংশিবনা হেন্দুনা তৌরবনি। (নখোয় পুম্নমক সিজব হিংদুনা লৈহল্লগা মীনায ওইনা শিবনা সিজব শিহনখ্রগা নিংতম্বা মী ওইনা হিংদুনা লৈবনা হেন্না পামব্রা ? সিজবনা ঐবু নুংশিনা তৌবানিনা ঐহাক মাগীদমক্তা কপাল, মহাক মবাইবক ফবা মী ওইশিবনা ঐ মদুদা নুংভাইবা পোকই। মহাক মথৌনা লৈবা মী ওইখিবানিনা, মাবু ঐহাক ইকাইখুম্নৈ, অদুবু মহাক আশা চাউবা মী অমা ওইখিবনিনা ঐনা মাবু হাৎখিবনি। মানা নুংশিবিবস্নগীদমক্তা পি শিন্থবি, মবাইবক ফখিবগীদমক্তা নংথই, মথৌনা লৈবা মী ওইখিবগীদমক ইকাই খুম্নবি, অদুগা আশা চাউখিবগীদমক মহাক শিহিবনি। মীনাই ওইনা পাংসিরগ হোম্না নংনা লোয়্নংবা কনাগুম্বা মী মযামাসগা মবত্ত যাওবিববা ? কনাগুম্বা যাওববদি, হাযবকউ, মঙোন্দদি ঐহাক লাল্লবনি। রোমান ওইনিংদবা চাউখত্তবা কনাগুম্বা মীশক মযামাসগী মবক্তা যাওবিববা ? যাওববদি, হায়বকউ, মঙোন্দদি ঐহাক লাল্লবনি। মবৈবাক নুংশিদবা তোল্লবা কনাগুমবা মীশক মযামাসগা মবক্তা যাওবিববা ? যাওববদি হাযবকউ, মঙোন্দদি ঐহাক লাল্লবনি। ঐহাক পাউখুম ভাইদুনা লেপলিবা আসনি।

মযামঃ কনানা যাওদে, ব্রুটস, কনামত্তা যাওদে।

ব্রুটসঃ অদু ওইববদি ঐহাক কনা অমতদা লান্দ্রে। ঐনা সিজবদা কাকু হেন্না তৌকদে নখোযনা ব্রুটসতা তৌবা যাবদুদগী হেন্না। মহাক শিবগী বাযম অসি কেপিটোলদা রেকোর্ড তৌববনি মাগা নিংংৎ

কবিসু ময়েং তাবা লৈতে, মহাক্না ফংবদা মতিক চাবা মফমশি' অদুদদি; নৎত্রগা, মহাক্কী মদুনা মবম ওইদুনা শিগ্রিবা মবালশিং অদুসু হেঙ্গৎনা উৎপা নত্তে।

*(সিজরগী অশিবা হকচাং পুদুনা এন্টোনি অমসুং মী অতৈ খবা চঙলকই)*

মাগী অশিবা হকচাংদু পুবকলেসে সিদা, মার্ক এন্টোনিনা কপনা কপনা, মহাক অসি সিজর শিবদা যাওদ্রবসু, মহাক শিখিবসিগী কান্নবা নখোয় মযাম লৈবিবশিংসিগী মবক্তগী কনামতসু ফংলোইদবা লৈতবা অসুম হাযনা এন্টোনিসু ঐখোযগী কম্মনরেলথ অসিদা মফম অমা ফংগনি। মাস হাযবগ' ঐ লোইবগে, ঐনা বোমগীদমক্তা ঐগী খ্বাইদগী হেন্না নুংশিজবা নুপাদু হাৎলুবরনিনা, নুপা অদুবু হাৎলুবিবা থাঙশাং অদুমক হৌজিকসু ঐগী ইবৈবাক্না কবিগুম্না ঐহাক অসি শিখিবা দবকাব ওইবে হাযববদি থুিন্দুনা শিননবা থর্মাল।

মযামঃ কুইনা হিংদুনা লৈখো, ব্রুটস, শিখিবা যাদে শিখিবা যাদে।

১বা প্রজাঃ জয জয লাউদুনা মহাকপু মযুম ফাউবা থিনাস।

২বা প্রজাঃ মপা-মপুগী মনাক্তা মাগীসু মূর্তি অমা শাদুনা থর্মাস।

৩বা প্রজাঃ মহাকপু সিজর অমা ওইহল্লসি।

৪বা প্রজাঃ সিজরদগী খবা হেন্না মহাকপু/ব্রুটসপু মযাম্না নিংথৌ হাপ্পুনা লুহুপ কৎলসি,

১বা প্রজাঃ থিল্লসি ঐখোযনা মযাম মহাকপু মযুম তান্না হবাও তযাম্না জয লাউদুনা।

ব্রুটসঃ লৈবাক মচাশা—

২বা প্রজাঃ ঙাইখো, লাঙখিনু ! ব্রুটস বা ঙাঙলিযে।

১বা প্রজাঃ ঙাইখোও, ঙাইখোও।

ব্রুটসঃ নুংশিববা লৈবাক মচাশিং, চৎখিগে ঐহাক ইতোম্মতা,
ঐগী যেংদুনা লৈহৌ নখোয মযাম
মফর্মাসদা এন্টোনিগা লোযননা,
ইকাইখুম্নবা উৎলু সিজরগী অশিবা হকচাংদুদা,
ইকাইখুম্নবা উৎলু তাদুনা এন্টোনিনা

সিজবগী মতিক মগুণ থাদুনা ঙাঙবদা।
এন্টোনি ঐখোয়না য়াবদগী ব্রা খবা ঙাঙগনি।
ঐনা নখোয় পূম্নমক্তা হাযবি; মী অমা ফাউবা চৎখিদনবা,
ঐ ইত্তোমতা নত্তনা, এন্টোনিনা ব্রা ঙাঙবা লোইবা ফাউবা।

১বা প্রজাঃ ঙাইখিসি হে! এন্টোনিনা ব্রা ঙাঙবা তাখিসি।

৩বা প্রজাঃ মহাক অব্রাংবা ব্রা ঙাঙফমসিদা কাখৎহল্লো; মহাক্না ঙাঙবদু তাবসি।
পুকচেল চাউববা এন্টোনি, কাখৎলো, কাখৎলো।

এন্টোঃ ক্রুটসকীদমক যেংলদুনা, ঐহাক উৎচবিবনি ইশকসি মযামদা।
*(পুলপিততা কাখৎখি)*

১বা প্রজাঃ কনিনো মহাক্না হাযখিবদু ক্রুটসকী মবমদা?

৩বা প্রজাঃ মানা হায়বি, ক্রুটসকীদমক্তা, মহাক মশাসি ময়ামদা উতঞ্জবিবনি হাযয়ে।

৪বা প্রজাঃ ক্রুটসকী মবমদা মহাক মফম অসিদা ফত্তবা ব্রা ঙাঙদবনা খ্বাইদগী ফর্বনি।

১বা প্রজাঃ সিজর্বসি মীওৎপা অমা ওইবম্মীদনা।

৩বা প্রজাঃ মদুবুদি শোযদ্রর্বনিনে, বোমসি মাগী মখুত্তগী নাম্ভোকপা ফংজবসি ঐখোযগী লাইবক ওম্ভোক্লা ফগ্রবনিকো।

২বা প্রজাঃ ভুমিন লৈবো! এন্টোনিনা কবি হাযজবা ঙস্নগে মযাম তাবসিসে!

এন্টোঃ পুকচেল চাউববা বোমানশিং —

প্রজা মযামঃ ভুমিন লৈবো, ভুমিন লৈবো, মানা হার্যবিসি তাবসি।

এন্টোঃ মকপ-মপাংশিং, বোমানশিং, ইবৈবাক-মচাশিং পূম্নমক
নখোযগী নাকোংদু ব্রাযজগে ঐনা হার্যবির্বসি লাবিনবা
লাকচর্বনি ঐহাক সিজবব ফম্নবা,
নত্তে লাকচবা মাবু থাগৎকে হাযনা
মী অমা শিখিবগা মাগী শক পোলাংদুগা
মাঙমিন্নাখ মাগী অফবা মগুণশিংদুদি,
লৈতৌই মাগী ফত্তবা মযামদু মশা শিগ্রবদসু
সিজবদসু মাসমক থোকসনু। পুকচেল চাউববা ক্রুটসনা
হাযবমবদুনি মযামদা সিজবদি আশা চাউখি হায়না,

কাবিগুম্বা মদু ওইবন্নবদি, মর্দুদি চাউথ্রবা মবালনি,
তমথিনা সিজবসু মসিগী পাউখুম ফংথ্রিবসিনি।
হৌজিক, মফম অসিদা ক্রুটস অমসুং অতৈ ময়াম্না য়াবিদুনা-
ক্রুটস হায়বদুদি যাম্না ইকাই খুম্নফম ওইবা মীনি,
মহাক্কুম্না মখোয় অতৈদুসু ইকাই খুম্নফম ওইবা মী ওাক্তনি-
লাকচবিবনি ঐহাক ব্রা খবদং ঙাঙজনবা
সিজববু ফুম্বগী মতাংসিদা।
মহাক অসি ঐগী মরুপনি, থাজবা যাবা
ঐঙোন্দদি অচুম্বা চৎখিবা,
অদুবু ক্রুটসনদি হায়বি সিজবসি আশা চাউবা মী ওইখি;
অদুগা ক্রুটসতি ইকাই খুম্নফম ওইবা মীনি।
লান্দা মী কযা কযা ফাদুনা প্রবর্কখি মহাক্না বোমগীদমক্তা
মখোয অদু থাদোকপীবগী শেলথুমনা
থনখি বোমগী খ্বাইগী পুকৈসি,
অসিগুম্বা পুকচেল চেনখিবা সিজবাদবু
আশা চাউবা মী মানববা ?
লাইব-অনংবশিংনা কাপ্পবদা
কপখি সিজবসু মখোযগীদমক্তা,
আশা চাউবা হায়বসিদি মসিদগী
হেন্না ঊইবা পোৎনা শাফম থোকপনি,
অদুবু ক্রুটসনদি মহাক আশা চাউখি হায়বি,
অদুগা ক্রুটসতি ইকাই খুম্নফম ওইবা মীনি।
নখোয পুম্নমক উখিবনি লুপবকেলগী নুমিৎতুদা
কৎখি ঐনা মঙোন্দা নিংথৌগী লুহুপ অমথক অহুম্নক হন্না
লৌ হায়বা যাখিদে মহাক্না মদু অহুমলকমক,
মসিবু আশা চাউবা হায়বদুবা ?
অদুবু ক্রুটসনদি মহাক আশা চাউখি হায়বি
শোযদনা মহাক্তি ইকাই খুম্নফম ওইবা মীনি।
ক্রুটসনা হায়বম্বদু লাল্লি হায়না

প্রমান পানবা ভাঙজবা নত্তে ঐহাক,
হাযজবর্তান ঐহাক্তি ঐনা খঙজবা অদুদা
নখোয় পুন্নমক্লা মতম অমদদি নুংশিখি মহাকপু
মবম ইবৈ লৈত্নদি নত্তে
কবি মবন্না অদু ওইববদি থিংলি নখোয় পুন্নমকপু
তেংথাহনবদগী অৱাবা ফোঙদোকপদগী
মানা শিখিবসিদা ?
ও অচুম-অবানগী ৱাখল ! লোত্তুনা লৈব্রবোই
নহাক্তি শাহিং ঙাহিং চাবা শা-কৈগী মবক্তা
ম'ঙনদ্রে মীওইবসি মশা মশাগী অচুম-অবান ৱাখল।
খাংবিয়ু অৱাবসি ঐগা লোয়ননা, ঐগী থম্মোয়
অসি, অসিদা লৈবিবা কৃদা যাওবিবা
সিজবগী অশিবা মশাসিগী মবক্তা চঙশ্রে
লেপ্লা তাবি ঐহাক, হল্লক্লি ফাওবদি
থম্মোয অসি ঐগী, অশিবা হকচাংসিদা চঙখ্রবা।
১বা প্রজাঃ মহাক্লা হযাবিবসিদা চুম্বা কযা যাওবি খল্লি ঐদি।
২বা প্রজাঃ ৱাফমসি শল্লবদি নঙনা চুন্না
সিজবদা যান্না শাথিনা অবানবা খবা তৌখ্রে।
৩বা প্রজাঃ মাগীবু মচা মশু লৈহৌববা ?
মাগা মণ্ড্রা হেন্না ফত্তবা মীশক অমা
লাক্কদ্রা হাযনা ঐদি কিবি।
৪বা প্রজাঃ মানা হাযশিবদু নঙবু নিংশিংহৌববা ?
লুস্তপ. নিংথৌগী কৎপদা লৌ যাদে হাযবদু;
অদুনা মহাক অাশা চাউবা মী নত্তে হাযবসিদি শোযদ্রবনি।
১বা প্রজাঃ মসিনা মচুন্নবদি, কনাগুম্বা খবদি
মদুগী লমন শিংনবা তাইদনা।
২বা প্রজাঃ মবাইবক থিববা মীনি মহাক্তি।
মৈতালগুম ইঙাঙ ঙাঙলেনেসে মমিৎসি কপ্লতনা।
৩বা প্রজাঃ বোমদা এন্টোনিদগী হেন্না পুকচেল চাউব্মু
মী অমতা লৈতে।

৪বা প্রজাঃ ঙাইখো, য়েংঙু অসে; হৌবক্কে মহাক ব্রা ঙাওবা অমুকসু।

এন্টোঃ অদুবু ঙবাংতনি সিজবগী মব্রাহে অমতনা
পল ওইনা লেপখিবা পৃথিবীসিগী মাযোক্তা;
হৌজিক্তি মহাক তুদুনা লৈবে অসিদা,
অতোনবা ওইনিংদ্রে কনামতা ব্যবহাব উৎতুনা মঙোন্দা'।
ও; ইবুঙোশিং; কবিগুম্বা ঐগী ব্রাসিনা
ওলহল্লবদি পুকনিং নখোয মযামগী,
ওইহল্লবদি নখোয়গী ব্রাখল, পুক্লিংদু
লাল হৌহন্নিংবা, শাউহন্নিংবা,
ইবান লঙজববনি ঐহাক ক্রুটসতা অমদি কেঁাসিযসতা
মখোয় অদুদি নখোযনা খঙলবদুনি
ইকাই খুম্নফম ওইবা মী ঙাক্তনি,
তৌজবোই অবানবা মখোযদা পামজৈ ঐহাক্তি
তৌকবনা অবানবা শিখ্রবা মীদা, ইশাদা অমদি
নখোযদা, লাল্লববুদি মখোযগুম্না ইকাই খুম্নফম ওইবা মীশন্দা।
অদুবু পায়বি ঐনা চে অমখক, চাজুম নম্বা সিজবগী,
ফংলুবনি ঐনা মসি মাগী কাদগী, মাগী উইলনি;
মীচম প্রজাখক্তনা তাবা কৈ উইলগী মবোর্লাস
মসিসু মযাম্না ঙাকপিযু ঐহাক পাথোকচনিংদ্রে
চত্তুনা চুপলুগনি সিজবগী শিববা হকচাংগী অশোকপাশংদা
লুপনকর্গনি মখোযগী কমালশিং
ঈদুদা মাগী শেংলবা নিনগনি শম মতৎ অমতং
ফংহৌনবা থমজগে হাযনা নিংশিংনবা ওইনা,
শিবমদাইদা উইলদা পন্দুনা ইনবমগনি মসিবু
মচা-মশুদা লৌজহৌনবা, থমহৌনবা শম মতৎ অদু
ফংজহৌনবা পীবীবম্বা পোৎকুম।

৪বা প্রজাঃ উইলগী মবোলদু তাসি ঐখোয়, পাথোবক্কো মার্ক এন্টোনি।

ময়ামঃ উইলদু, উইলদু। মবোল তাসি সিজবগী উইলদুগী।

এন্টোঃ ঙাইখো; পুকচেল তপ্পবা মরুপশিং,
পাথোক্লরোইদা ঐ মসি
সিজরনা কমদৌনা নুংশিবিরম্বগে হায়বসি
মতিক চাদে, চুমদে খঙলুবা নখোয়
উকং নত্তে নখোয় নুং নত্তে নখোয় মীওইবনি,
অদুনা মীওইবনিনা তারুবদা পারকপা সিজরগী উইলদু,
মৈ থোকপমখৈ শাউহল্লক্কনি নখোয়বু মসিনা,
ঙাওহল্লক্কনি মসিনা নখোয়বু,
সিজরগী নখোয় উত্তরাধিকারীনি হায়বসি খঙদবা ফৈ নখোয়;
মরমদি, খঙলুববদি নখোয়না
ও করি থোরক্কবা মদুদগী !

৪বা প্রজাঃ উইলদু পাথোরক্লো, ঐখোয় তানিংই মদু এন্টোনি সিজরগী উইলদু
ঐখোয় তানবা নহাক্লা পাথোরকপা তাই উইলদু সিজরগী।

এন্টোঃ তহা তহাবিখিনু। ঙাইহাক্তা ঙাইবিখো ময়াম পুন্নমক
উইলগী ব্রাসি পল্লুবদু ঐহাক ঙমখৈ হেন্দোকখ্রমাল্লে,
চিংনবা পোকলে ঐহাক,
ইকাই খুম্নফম ওইরবা মীশিংদুদা লাল্লবরা হায়না
হাৎখিবা মীশিংদুনা মখোয়গী থাঙনা সিজরবু থিন্দুনা,
ঐ পোকলে অকিবা।

৪বা প্রজাঃ মখোয়দি লোইনা বিশ্বাসঘাটকমক্তনি; কদাইদগী
ইকাই খুম্নফম ওইবা মী হায়রে !

ময়ামঃ উইলদু ! উইলদুদা !

২বা প্রজাঃ মখোয়দি ফত্তবা মী ঙাক্তনি, মীহাৎপা ঙাক্তনি, উইলদুদা হেক্তা
পাথোকপীরো। উইলদুদা।

এন্টোঃ নখোয় ময়াম চঙদুনা অদু ওইরবদি
পাহনবা তারবরা ঐবু উইলসি ?
অদু ওইরবদি ফরে, ইকোয় কোয় লেপলো
অশিবা হকচাংসিগী অকোয়বদা সিজরগী,

উহনগে নখোযদা মহাক্কু উইর্লসি পীবমলিবা
ঐবু কুমথবকউবা ? মযাম পূন্নমক য়াবিবব্রা ?

মযামঃ কুমথবকলো।

২বা প্রজাঃ কুমথবকলো।

৩বা প্রজাঃ যাই, যাই। *(এন্টোনি কুমথবকই)*

৪বা প্রজাঃ কোয়না, ইকোয কোযনা মযাম লেপসি।

১বা প্রজাঃ অশিবা হকচাংদুগী মনাক নকউনু, খবা চৎথোকউ।

২বা প্রজাঃ এন্টোনিগী মফম খাকউ;
পুকচেল শেংব্রবা এন্টোনিগী।

এন্টোঃ এ, ঐঙোন্দা ইর্নশিল্লককনু; খবা থাপনা লেপ্পু।

মযামঃ হন্দোকউ; মফম খবা খাকউ; তুংদা চৎলু।

এন্টোঃ শিনথনবা লৈববা নখোযগী পি
শেমশাবো হৌর্জিক্তি শিঙ্গহন্নবা।
নখোয পূন্নমক ফিজোল অসি লোইনা মশক খঙলির্বান
নিংশিংই ঐহাক সিজবনা মসিনু ইহান হান্না থোনাখিবদু,
নুমিৎ অদু কালেনগী নুমিদাংবাই অর্মান; মাগী দম্বুব মনুংদা
মাযথাবা পীখিবা নুমিৎ অদুদা মহাক্না নবভাইবু,
যেংঙ সিদনি থুম্না থিনখিবদু কেসিযসকী থাঙদুনা
যেংঙু কল্লক চাউবা কাস্কানা কযাদা শাথিনা থিল্লমগ্রবা
অসির্দান মানা লুনা নুংশিজবা ব্রুটসনা থিনখিবদুনা
মাগী পাপচেল্লবা থাঙদু শংতোবকপদা মফমসিদগী
সিজবগী মশাদগী ঈ বা বা হার্থাখিবনি
খোঙদা চেপ্তোবর্কাখি শঙনবা থিনবদা থাঙনা
ব্রুটসসু অসুক নুংশিহৈতনা য়াওববা যাওদববা
মবর্নদি, মযামসু খঙনবিবদুনি,
ব্রুটস হাযর্বসিদি, সিজবগী দূতনি,
খর্নবিযু, হে লাইয়ামশা,
সিজবনা মাবু কয়াদা লুনা নুংশিজবমগ্রবা!
মসিদি খ্বাইদগী থৌজাল হৈতবগী থবকনি;

পুকচেল চাউরবা সিজবনা উকবদা থাঙনা থিল্লকপদু ক্রটসনা,
তৌবিমল খঙদবগী মতৌদু উকবদা, মায়থীবা পীবদুনা মদুনা
মথৌনাদগী হেন্না বিশ্বাসঘাটক্কী পাম্বোমনা
নিংবা কায়াখি মহাক তশেংনা,
কাইখি মাগী চাউববা মথম্মোইদু;
কুপশিন্দুনা মমাযদু মাগী ফিজাউ অদুনা,
মখোঙ অদুদা পোমপিগী মূর্তিগী
ঈনা লৌখোঙ চেল্লদুনা, তুখিবনি পাঙ্গনবা সিজব।
ও, ওম্বোকপা মতৃ অমনি লৈবাক মচাশা!
ঐসু, নঙসু, ঐখোয় পুম্নমক লোইনা তুববনি,
অদুগা তমথিববা নমথাক-লৌনমনা মপান ফগৎলাক্ল।
ও, নখোয় তৌর্জিক্ক কপলি; খঙই ঐহাক,
নখোয়গী থম্মোইদা ফাওই হায়বসি মীনুংশিগী ব্রাখল,
মদুদি থৌজালগী ঈবিকনি; পিনি।
থৌজাল হৈববা থম্মোইশিং কপলিববা নখোয়
উবতদা মফি-মবোল সিজবগী শেগায়ববা"
যেংঙুসে, নখোয় পুম্নমক, মহাক্কী মশানিসে অসি,
যানথত্তুনা তাদুনা লৈবিবসি
থাঙগী থাঙখুলনা বিশ্বাসঘাটকশিংদুগী।

১বা প্রজাঃ ও, যেংঙৈদ্রেদা!

২বা প্রজাঃ ও, পুকচেল চাউবা সিজব!

৩বা প্রজাঃ ও, অবাবনা থল্লবা নুমিৎনি!

৪বা প্রজাঃ ও, বিশ্বাসঘাটকশিং! লৌনম্বশিং!

১বা প্রজাঃ ও, য়াম্না য়েংহৈখিদ্রবা পোৎনিদা!

২বা প্রজাঃ ঐখোয় লমন খুমগনি।

মযামঃ লমন খুমগনি! চৎলো, থিবো, মৈ থাবো, মৈ! হাৎলো!
তুপলো লৌনম্বা মীওই লৈহল্লনু।

এন্টোঃ ভাইখো, লৈবাকমচাশা!

১বা প্রজাঃ ভাইখো, লাওখিনু! পুকচেল চাউবা এন্টোনিনা হায়বিবসি তাখো।

২বা প্রজাঃ মহাক্না হাযবা অসি, মাগী মতুং ইন্নসি, মাগা লোইননা শির্কসি।
এস্টোঃ পুকফবা মকপশিং, নুংশিববা মকপশিং
ঐনা ইনশিনবগুম থোকহনগনু,
নখোয পূম্নমকপু অসিগুম্বা খঙহৌদবা লানগী ইচাওদা
থবক অসি পাঙথোকল্লুবিবা মখোযদুদি
ইকাই খুম্নফম ওইবা মী ওাক্তনি.
মশা মশাগী কবমবা অৱাবা লৈদুনা মখোয়না
থবক অসি তৌর্কবিবনো ঐহাক খঙদে,
মখোয়দি অশিংবা ওাক্তনি ইকাই খুম্নফম ওইবা।
মবম পীদুনা নখোযদা।
চিংনর্নুংঙাই লৈত্তে, পাউখুম পীবক্তনি।
ঐহাক লাকচবা নত্তে, মকপ-মপাংশিং পূম্নমক,
নখোযগী থম্মোযদু হূনবা
ঐদি ক্রুটসকুম্না ৱা ওাঙবা তৈজবা মী নত্তে;
নখোয পূম্নমক্না খর্ঙবিবিবদুনি
ঐদি ইচম চম্বা চুমচৎ চৎপা মীনি,
ঐগী মকপ্লুদি নুংশিজবা;
ঐবু মযাম মাঙদা ৱা ওাঙনবা
অযাবা পীবিবা মখোয়সু নিংথিনা খঙবনি মসি।
ঐগীদি লৈজদে, ৱাহৈসু নৎত্রগা মতিকসু চাজদে,
কনম্না থবক্না, কবি হাযবগা নৎত্রগা
কবম্না লোলগী শক্তিনা
মী অতৈগী ঈ শাগৎহনগনি হাযবদু,
ঐদি চুন্নত্রা অচুম্বদুত্রা হাযজবনি,
নখোয নশা নশানা খঙলবা ৱাশিংদু হাযজবত্তনি ঐদি;
উৎচবনি, উহনজবতনি নুংশিববা সিজবগী মশাদা লৈবিবা
লোন থোক্রবা মবাইবক থীববা মচীনশিংসি,
অদুগা মখোযনা ওাঙহনজবতনি ঐগী ইছৎ শিল।
ঐনা ক্রুটস ওইবম্নবা অদুগা ক্রুটসনা এস্টোনি ওইবম্নবদি

লৈবমগী অদুগুম্বা এন্টোনি অমা, মহাক অদুনা
নখোয় পুন্নমক্কী পুক্নিংবু মবাং হৌহনবা ঙম্বা
সিজরগী অশোকপা খুদিংদা লৈয়েং অমমম পালহন
বোমগী নঙ খুদিংমক লেগুহন, লান হৌহল্লমগনি।

ময়ামঃ ঐখোয় পুন্নমক লান হৌবগনি।

১বা প্রজাঃ ঐখোয় মযাম ক্রুটসকী মযুম মৈ থাকবসি।

৩বা প্রজাঃ চৎলাস অদুদি। লাকলো, লৌতুনবা যাওবম্বা মীশিংদু থিকবসি।

এন্টোঃ ঙাইহাক্তদি ঐনা হায়বিবসি তখো, লৈবাকমচাশা, ঐনা হায়বিবসি।

মযামঃ তুমিন লৈয়ু ! এন্টোনিনা হায়বিবসি তাউ। পুকচেল চাউপ্রবা এন্টোনিনি।

এন্টোঃ মকপ মপাং পুন্নমক নখোয়
কবিনে তৌকগদবা হায়বদু খঙদনা কোইচৎ চৎনবে,
কদাইদনো কাবগানো সিজরবু নখোয়না নুংশিগদৌবিবা ?
ও, নখোয় শঙত্রে, ঐনা হায়বা তাবে অদু ওইববদি,
কাউখ্রে নখোয় ঐনা হায়বা উইলগী ৱাদুদি।

মযামঃ চুম্মী, চুম্মী। উইলদু ! ঐখোয় পনথখিসি উইলগী মবোলদু তাখিসি।

এন্টোঃ সিনিসে উইলদু সিজরগী চাজুম নমবা।
বোমগী প্রজা খুদিংমক্তা পীবীবম্মী মহাক্না,
মীপম খুদিংমক্তা ড্রেকমা হস্কৃতবামগা।

২বা প্রজাঃ ৱাইদগী পুকচেল চাউবা সিজর ! মহাক্না শিখিবাসগী ঐখোয় লমন শুমগনি।

৩বা প্রজাঃ ও নিংথৌবেল হে সিজর !

এন্টোঃ ঐনা হায়বিবসি অমুক্তা তাখো।

মযামঃ তুমিন লৈবো, তুমিন লৈবো !

এন্টোঃ অসিগী মথক্তা, পীবীবম্মী মহাক্না নখোয় পুন্নমক্তা
মাগী কোযথোকফম, উকম লাংবা পোৎথাফম
অমসুং নৌনা শেমগৎলম্বা হৈকোলসু,
সোমথংবা নাকন্দা লৈবিবশিং টাইববগী;
পুন্নমকসি মহাক্না পীবীবম্লবনি নখোযদা,
নখোযগী নচা-নশুশিংদা মতম পুম্নমক্কী ওইনা,

মযামগী নুংঙাইনবা মফম ওইনা, কোইচৎ চত্তুনা
পুক্লিং-হকচাং তেকখৎহন্নবা
অসিগুম্বা সিজব অমা লৈবম্মী।
কৈদৌঙৈ লাক্কনি অমুক আসগুম্বা মীশক অমা '

১বা প্রজাঃ লাক্কবোই অমুক, লাক্কবোই। লাক্লো লাকও ' মৈ থাগনি মাগা মশাসি ঐখোযনা অশেংবা মফমদা, অদুগা মদুগী মৈদুমক্তনা থাকুগনি লৌনম্বাশিংদগী মযুমশিংদু। অশিবা হকচাংদু পুবকলো।

২বা প্রজাঃ মৈ পুবকউ।

৩বা প্রজাঃ ফাল অফংবমখৈ থুদেকখ্রো।

৪বা প্রজাঃ থুদেকলো, লংখাইবো থোঙনাউ, থোঙ অফংবমখৈ হেক্তা।

*(মযাম অদু অশিবা হকচাংদু পুদুনা চৎখি)*

এন্টোঃ হৌজিক্তি তৌবসনু মানা থোকপা।
ফত্তবা হাযবা নহাক্সি
মখোঙ পান্দুনা চৎথোবক্লবান,
চৎনিংবা মাইকৈদা চৎখ্রসনু হৌজিক্তি।
*(মীনায অমা চঙলকই)* কৈদোবে, কবিনো লগা '

মীনাযঃ অজ্ঞা, ওক্টেভিযসতু নহাক্না বোম যৌবক্ল।

এন্টোঃ মহাক কদাইদা লৈবি '

মীনাযঃ মহাক্কা লিপিডসকা সিজবগী যুমদা লৈবি।

এন্টোঃ মফমদুদা ঐ হেকতা উনবা চৎলগে মখোযবু
মহাক কাবগুম্বা অনীংবা অমা লৈদুনা লাকপান।
লাইবক হাযবসিদি হবাও ভযান্নি
তাঞ্জাসিদদি ঐখোযদা অপান্নবখৈ হেক পাবম্সু যাই।

মীনাযঃ ঐনা তাজখি, মানা হাযবা ক্রটসকা কেসিযসকদু
বোমগী হোজং হোজংদা
অঙাওবা মীদৌনা কোইতান তান্নচৌই হাযবা।

এন্টোঃ ওইবম্বা যাই, মীযাম্না মখোয অনিবু তান্নখ্রবান,
ঐনা কযা হাযজিন্দুনা মথাই শোক্লবা।
চৎলসি, উনহল্লু ঐবু ওক্টোভযসকা। *(থোকখি)*

# অহুমশুবা উৎপা

**( লম্বী, সিন্না হাগবা কবি অদু চঙলকই। মতুংদা মীয়াম ইন্নবকই )**

সিন্নাঃ ঙসি অতিং মঙদা ঐহাক
সিজবগা পূন্না উৎসব খুল্লম্মী
কাব কাবনো নুংঙাইতবা যাসু উবমই,
ঙাসদি গুম্মদগী মপাল থোকনিংলুদবনি,
অদুবু কবিনো অমনা ঐবু চিংদুনা পুথোবকলি।

*(প্রজা মযাম চঙলকই)*

১বা প্রজাঃ নমিং কবি কৌই ?
২বা প্রজাঃ হৌজিক্কা কদাইদা চৎলিবনো ?
৩বা প্রজাঃ কদাইদা লৈ নযুন্না ?
৪বা প্রজাঃ নযুম নকৈ পাল্লবা নৎত্রগা পাগং ওইবিববা ?
২বা প্রজাঃ হংলিবা খুদিংমকসি চপ চপ চানা খুম্মু।
১বা প্রজাঃ শন্না খুম্মু।
৪বা প্রজাঃ শিংনা খুম্মুকো।
৩বা প্রজাঃ চুন্নসু খুমজৌ। মদুনা নঙগা অফবা ওইনি।
সিন্নাঃ ইমিং কবি কৌই ? কদাই চৎলিবনো ? কদাইদা লৈ ? যুমকৈ পাল্লবা নৎত্রগা পাগংলা ? অদুদগী অমুকসু; হংলিবা খুদিংমকসি মা খুদিংমক্তা চপ চপ চানা, শমসু শন্না, তৈশিংনসু, চুন্নসু অমুক পাইখুম পীবা, তৈশিংনা খুমজবি, ঐহাক পাথংনি।
২বা প্রজাঃ হাগবাদ নুপী গিববা মীশিং অসি লোইনা অপংবা ঙাক্তনি হাযবা, মদু হাযবগী কিন অমা চাবা তাবে নঙ। হাযযু, চুন্না।
সিন্নাঃ চন্না হাযববদা, ঐ সিজবগী ফুন্না যাউকগে চৎচবনি।
১বা প্রজাঃ মকপ অমা ওইনা চৎপবা নৎত্রগা যেক্কবা অমা ওইনবা ?
সিন্নাঃ মকপ অমা ওইনানি।

২বাঃ মদুগী ৱাদুদি চুপ্মে, চানবে।

১বা প্রজাঃ কদাইদা লৈ হাযবা শন্না হায়যু।

সিন্নাঃ শন্না ঐ কোঁপটোলদা লৈজে।

১বা প্রজাঃ নমিংদি কবি কৌবা শেংনা তাকউ।

সিন্নাঃ অশেংবনি; ঐগী ইমিং সিন্না কৌজে।

১বা প্রজাঃ মশাসি মচেৎ মচেৎ শেগায়বো লৌতুনবা যাওবা মীশক অমনি।

সিন্নাঃ ঐদি সিন্না হাযবা কবিদুনি, ঐ সিন্না হাযবা কবিদুনি।

৪বা প্রজাঃ ফত্তবা শৈবেং ইবগী হাৎতোকলো মাবু, ফত্তবা শৈবেং ইবগী হাৎতোকলে মাবু।

সিন্নাঃ ঐ লৌতুনবা যাওবা সিন্না হায়বদু নৎচদে।

৪বা প্রজাঃ অদু-অদা খঙদে, মমিং সিন্না কৌই মসি; মমিংসদা মশাদগী লাক্কুনা লংথোকখ্রো, অদুগা চৎহনখো মাবু।

৩বা প্রজাঃ মচেৎ মচেৎ শেগায়বো মসি, মচেৎ মচেৎ শেগায়বো লাকও, মৈ পুবকলো ! মৈ পুবক্লো, ব্রুটসকীদা চৎসি, কেসিযসকীদা চৎসি; পুম্নমক মৈ থাগদবনি, খব অমনা ডেসিযসকী মযুমদা চৎলো, খবনা কাস্কাগীদা, খব অমনা লিগারিযসকীদা, চৎলো, চৎনবো। *(থোকখি)*

# মরিশুবা অঙ্ক

## অহানবা উৎপা

### রোমগী য়ুম অমা

(টেবল অমদা ইকোয় কোয়না এন্টোনি, ওক্টেভিয়স, লিপিডস ফম্লম্মী)

এন্টোঃ অদুদি মথম অসি শিবা তাবে,
মখোয়গী মমিংসু খোৎচিন্দুনা থম্মো।

ওক্টেঃ নঙগী নযাম্বদুস্ শিবা তাবে, যাববা নঙবু লিপিডস ?

লিপঃ এ যাবে।

ওক্টেঃ মাগী মমিংদু খোৎচিল্লহৌবো, এন্টোনি।

লিপিঃ মবম পীশিন্দুনা নঙগী মচনগী মচানুপা পব্লিযসভু
হিংহনবদি যাবোই, মার্ক এন্টোনি।

এন্টোঃ মহাক হিংহল্লবোই, যেংঙুসে, মমিংসি মাগী খোৎচিল্লবনি,
অদুগা, লিপিডস চৎলু নহাক সিজবগী মযুমদা, পুবকউ
অসিদা মাগী উইলদু, খন্নসি ঐখোয় পূন্না
কমদৌনা সিজবগী উইলদা যাওবিবর্শিংদু খবা ককথাসিগে খন্নসি।

লিপঃ মফম আসদা নঙবু অমুক উনগদ্রা ?

ওক্টেঃ সিদা নৎত্রবসু কেপিটোলদা উনসি। *(লিপিডস থোকখি)*

এন্টোঃ মহাক থাইনা কান্নদবা মাথা যাওদবা মীনি, ঈ-পাউ চৎথোক-
চৎশিন তৌনননা তেন্না কান্নবা, পৃথিবী অসি শকক অহুম খোক্লা
যেন্নবগা, শকক অমা মহাকপু ফংহনবা হায়বসি মতিক চাববা ?

ওক্টেঃ নঙ অদুম হায়না খনববা মহাকপু
অদুগা লৌকবিবা মাগী মতসু অমুক
ঐখোয়না খন্নবসিদা কনা কনা শিহনগদগে হায়বগী
অমুবা মযেক্লা যেক্কুনা খোৎচিল্লিবা মিং মবর্কাসিদা।

এন্টোঃ ওক্টেভিয়স, জগৎ অসি নঙোন্দগী
ঐনা হেন্না শাংনা উবক্লবনি,
হাপচিনবিববসু ঐখোয়না মতিক-ময়াই মযামসি নুপাসিদা,
ঐখোযবু মীনা থিনা থিনা ডাঙনগদবদুদগী খবদং কোক্লবা
মঙোন্দদি পোৎলুম অসি গথানা সনা পুবগুম থোক্কনি,
থবক অসিদা মহাক হুমাং কাংনা
রানা মে মে খোংদুনা খাঙবগুম
কোইচিং চিংবিবদা নৎত্রগা কোইহোই হোইবিবদা
ঐখোযনা লম্বী তাকপীদুনা,
অদুদগীদি ঐখোয়না পুহন্নিংবা মফমদু যৌববদা লনথুমসি
মদু থাংথবিবগা, থাদোকখিসি, ইহাং হাংনা চৎচখিবা গধাদুগুম
মনা ফৎ ফৎ হাইদুনা শজিক চাজকনবা অহাংবা লমহাংদা।
ওক্টেঃ নঙনা অপাম্বদু ভৌবা যানি;
অদুবু মহাক যাম্না খঙলবা, থৌনা লৈবা সিফাইদ অমনি।
এন্টোঃ ঐগী শগোল অসিসুনি ওক্টেভিযস; মদুগীদমক্তা
ঐনা মাবু শজিক হুম্নবা মী হাপ্পী,
ঐনা লান তম্বীবা জীবনি মসি,
লৈবা লেপ্পা, চুমদ্রিং চেনবা পুম্নমক
মাগী মশাগী লেং-ওৎপা পুম্বসি
ঐগী শক্তিনা থৃদুম চনবনি।
মকম খবদদি লিপিডসসিসু অসিগুম্বনি;
মহাক অসি তম্বীবা যাই, তাকপীবা তাই, চৎহনবা তাই,
মথৌনা ইযাও যাওদবা মীনি; চাদুনা হিংবান,
লংথোক্লবা অবেমখাক, মীগী মতৌদা তমদুনা,
খুৎনাংচাববশিংদুনা মাগী ওইবনি
হাযবক্কনু মাগী মবমদা অতৈ থোইনা
খন্নবদগী হেন্না চুম্না খুৎলাই অমনি হাযনা।
অদুগা ওক্টেভিযস, তাও, অচৌ অচৌবা থবকশিংসি,
ব্রুটসকা কেসিযসকনা পোমগৎলি লাম্বী,

ঐ:খোয় থুনা খন্নতৌবা চুম্মী,
অদুনা ঐখোয় পূম্না থবক চৎথর্বসি,
ঐখোয়বু লুনা চান্না তৌবা মকপু খন্দুনা,
উপায় পুম্না শিজিন্নদুনা,
থুনমক ঐখোয় পুম্না য়াতান্নবা ফম্মিন্নকর্বসি,
কন:দৌনা অথুপ্পা অকবা য়া কযাবু
লাইনা পাঙথোকপা, যাগদগে হায়না
মায়োক্নবিবা খুদোংথিবশিংসিগী
শোযদনা পাউখুম পীনবা।
৩.ঈঃ মদু তৌকর্বসি, মতম তাঙ্গাসি চপ হেক চাবে,
খুদোংথবা পীবক্রে ঐ:খোয়বু যেক্নবা কয়ানা:
অদগা চিন্নাহোংদদি মোমোন নোকশিন্নবিবশিংসিগী মনক্তসু
চিংনৈ ঐদি যাওবিববা হায়না নমথাক তৌবা কয়া কয়া।
(ঘোর্কাহ)

## অনিশুবা উৎপা

( সাবডিসকী মনাক্তা লৈবা লানগী কেম্প অমা, ব্রুটসকী দম্বুব খল্লিবা অদুগী মমাঙ । লানগী পুংখোল তাই । ব্রুটস, লুসিলিয়স অমসুং সিফাই খবা চণ্ডলকই, মবক্তা টাইটিনিয়স অমসুং পিন্দাবস থেংনৈ )

ব্রুটসঃ ঙাইখো, কনানো ।

লুসিলিঃ খুম্মু ! লেপখো ।

ব্রুটসঃ লুসিলিয়স ! মনাক স্থাইদা কেসিয়স লৈব্রা ?

লুসিলিঃ মহাক নকনা লৈ, পিন্দাবস অাস লাকর্চাব
মবুঙোগী সলাম পুদুনা ।
*(পিন্দাবসনা ব্রুটসতা চিঠী অমা পী)*

ব্রুটসঃ মহাক নিংথিনা খুকমলাক্ত । নঙগী নবুঙোদাদ পিন্দাবস,
মশানা হোংলকপনবা নৎত্রগা মাগী ওফিসারশিংনা ইনশিনবনবা
মানা তৌবা থবক খবনা ঐঙোন্দা
তৌবমদ্রবদি খল্লবগী মতিকচাবা মবম ওইতল্লে
অদবু মহাক খুৎনা-খোঙনা লাম্বা ফংবা মমদা লৈবগদি
কোর্কনি ঐগী চিংনবিবা অাস ।

পিন্দাঃ ঐহাক থোইনা চিংনজদে,
মশাগী ইচ্ছৎ, ব্যবহাব খঙবা মীনিনা
ইবুঙোদু লাকপীযু যাগনি হায়বাসদা ।

ব্রুটসঃ মহাকপুদি চিংনকদে । বা অমতংনা লুসিলিয়স,
নঙন্ টবদা মহাক্লা কমদৌনা ওক্লম্মী ।

লুসিলিঃ যাম্না নিংথিনা লুনা ব্যবহাবগা লোয়নলা
অদবু মতৌশাগুম্বদি যাম্না তোঙোৎ খদানবগী মওং উত্ত্রে,
মকপ মপাং ওইবগী লৌথুপ লৌকোই লৈতবগী মওং
মমাংঙৈদা মানা তৌবগুম্বদি ।

ব্রুটসঃ চা়ংগ্রবা মকপ অমবু
যাম্না নুংঙাইতনা হাইগ্নে নঙগীসিদি।
জুসিলিয়স, নুংশিবা হায়বসিনা
নাবি শাবি তৌদুনা শিথবক্লবদা
শিজিন্নবকপানি পান্দগী নপশিল্লকপা তৌনবী চৎনবী কয়া
অচম্বা চুমদ্রিংগী থাজবদদি লৈতে মিত্রং-যাদু।
অদুবু পুক্লিং মাংবা মীদুদি
খুর্জি পার্যবিবমখৈ লেঙদবা শগোলগুম্না,
থৌনা ফবা উৎ মশাগী পাঙ্গল শক্তি উহনবনি,
অদুবু ঈহৈ নাইহং তৈবরা অবাবা খাওলকপদদি
মশাংদু ইত্তক তুকথবনি, লৌনম তৈবা শগোলগুম্না
লুপতুনা মাঙখি চাংয়েংনবকপদা।
মাগী সিফাইশিংস লোয়নবকপরা ?

লুসিলঃ মখোয় অসি নুংদাং সার্বডিস্তা থুংগনি হায়রৌবনি,
অযাম্বদি সাধারণ ওইনা শগোল লামীদি
কেসিয়সকা লোয়নদুনা লাকলে।

ব্রুটসঃ তাবরা! মতাক খুংঙবেসে। *(ত্রোক ত্রাক শগোলনা চৎপগী মখোল)*
মাবু তবাম্না ওকলু। *(কেসিয়সকা মাগী লামীশিংগা চঙলকই)*

কেসিঃ লেপখো!

ব্রুটসঃ লেপখো! হায়বকখো ব্রাদু।

১বা সিফাইঃ লেপখো!

২বা সিফাইঃ লেপখো!

৩বা সিফাইঃ লেপখো!

কেসিঃ পুকচেল চাউববা ইনাও নহাক ঐঙোন্দা লাল্লে।

ব্রুটসঃ তাকপিযু ঐঙোন্দা হে লাইযামশা!
ঐগী যেক্লবা মীদা লানখিববা ঐবু ?
কবিগুম্বা মখোযদা লানখিদ্রবদি, ঈচিল-ইনাও অমদদি
কাবগী লাল্লুগনি ঐহাক ?

কেসিঃ ব্রুটস, নঙগী অসিগুম্বা অতপ্পা নতৌসিনা
লোত্তুনা থম্মী নঙগী অবানবশিং অদু;
অদুগা নঙনা মদু তৌবকপা মতমর্দাদ

ব্রুটসঃ কেসিযস, লাংতক্লগনু,
নঙগী নুংঙাইতবা অদু ইংনা ভাব তানা হাযদোকউ,
নশক খঙই ঐনা নঙবু নিংথিনা।
নঙগী ঐগী লাম্মী অনিসিগী মমাঙদা,
ইবানিগী নুংশিনবসি নত্তনা
অতৈ উহনফম থোক্তবশিং অদাদ
লাউহৎনবোইসি ঐখোয অনি,
মখোয মযার্মসি চৎথোকখো হাযযু;
অদুগা ঐগী দম্বুব মনুংদা, শেংনা তিংনা হাযদোকউ
নঙগী নুংঙাইতবশিং অদু,
তাগে ঐহাক মতম অদুদা কেসিযস।

কেসিঃ পিন্দাবস; কমান্দবশিংদা হাযখো মখোয মখোযগী সিফাই মগাম্দু
খবা থাপনা পুথোকখো হাযনা মফম অসিদগী।

ব্রুটসঃ লুসিলিযস নঙসু হাযকচো; অদুগা
ঐখোয অনিনা বা ঙাঙনবা লোইদ্রিফাওবা
মী-পোং অমতা চঙহল্লকপা যাদে ঐগী দম্বুব মগাদা।
লুসিযসকা টাইটিনিযসকা মখোয অনি থোঙ শংহল্লু
ঐগী দম্বুব মনাক্তা লেপ্পুনা। *(থোকখি)*

# অহুমশুবা উৎপা

(ব্রুটসকী লানশং, ব্রুটস অমসুং কেসিয়স চঙলকই)

কেসিঃ ঐগী ওইন্দা নহাক লাল্লে হায়বসিদি মসিনা ফাকলবনি
মফম অসিগী সার্বডিয়াগী মীশিংদগী
শেল থুম খবা লৌকবগীদমক নঙনা লুসিয়স পেল্লাবু,
দগু পাবিদুনা ইকাইবা পীবিবসি;
অদুগা মাগীদমক্তা এনা মাবু মশক খঙবনিনা,
ইথিনা চৈশিংদু ছাকপিনবা নঙনা কবিসু থওইনা থম্লাবদে।
ব্রুটসঃ অসিগুম্না মকমদা চিঠী ইবকলিবসিমক
নহাক নশাবু নশানা নবাল শাক্তবনি।
কেসিঃ অসিগুম্না মতম তৌজিকমক ওইবিবসিদা
কবিসু লৈতবা পিকথ্রবা মবাল থুদিংগী
মাগী মোৎ লৌবা চুমদে।
ব্রুটসঃ ঐ হায়গে কেসিয়স,
শেল চানিংবগী অপাম্না লৈবিবা নশামকসি
চাউববা নবাল লৈববান;
যোম্লোকলিবসিমক মাস্তক্রুদুনা নশাগী নতিক-নগুন্দু
মথোং খঙদবা মতিক চাদবা মীদা সনা লুপা খবগীদমক্তা।
কেসিঃ ঐসি শেলচাবা মীনি হায়বা '
অসিগুম্না বা ফাওলিবসি নহাক
ব্রুটস নশামকনি হায়বসি নশানা খঙজবিবনি,
নৎলমদ্রবদি, লাইযাম্না শাক্ষি, বাতৈ অসিখক্তনা
ওইবমগদবনি নঙগী অবোইবা।
ব্রুটসঃ অসিগুম্না শেনজাবগী থবকসি

কেসিযসকী মিংনা ইকাইখুম্লবি,
মবম অদুনা দণ্ডি হাযবদুনা মকোক লোৎলি ।

কেসিঃ দণ্ডি হাযবা ।

ক্রুটসঃ নিংশিংঙ থাযাযদ মার্চ থাগা
থৌনা ফববা জুলিযস ঈ তাখিবা নৎত্রা অচুম্বগীদমক ?
মঙোন্দা থাঙনা থিনখিবা
মাগী মশা শোকখিবা কবম্বা
মীফম্ত যাওখিবগে অচুম্বগীদমক নত্তনা ?
ঐখোযগী ইবক্তা যাওববা হৌজিকপু
হাৎলুবিবা পৃথিবী অসিগী খ্বাইদগী মকোকথোংবা নুপাদুবু
মতেং পাংনিংবা ডাকু-ডাকাতশিংবু মোৎহল্লসিবা,
ঐখোযগী খুৎ অসি লৌবদুনা শেঞ্জা থুমজা,
যোম্বোকলসিবা ঐখোযগী ইজ্জৎকী পাকচাউববা লমদমদু,
কবিসু লৈতবা খুবামনুংসদা পাইশিনবা য়াবা অদুগীদমক্তা
মদুগী মহুত্তা ঐদি, হূই অমা ওইবগা
আদা থোকলিবা থাসি যেংদুনা গৌ গৌ খোংদুনা লৈবনা
হেন্না পাম্মী অসিগুম্বা রোমান অমা ওইবদগাদি ।

কেসিঃ ক্রুটস, শাউহনগনু ঐবু থিন থিন্দুনা,
ঐ মসি খাঙলোই, নহাক নশাবু কাউবে
ঐবু শক্তি মাঙহন্দুনা, ঐ সিফাইনি, ঐসি
নঙোন্দগী হেন্না থবক্তা কৃইববনি
থৌওং-ফিবম লেপ্পদা নঙোন্দগী হেন্না হুম্মনি ।

ক্রুটসঃ চৎখ্রো চৎলো, নহাক কেসিযস নত্রে ।

কেসিঃ ঐহাক কেসিযস ওইবি ।

ক্রুটসঃ নহাক কেসিযস নত্রে হাযবিরসিনি ।

কেসিঃ শাউহল্লনু অমুক হন্না, ঐ ইশাবু কাউথোকহল্লক্কনি
চেকশিল্লু নশাবু কঞ্জনবা লক্লগনু ঐবু অবং অবংনা ।

ক্রুটসঃ চৎখ্রো চৎলো: মীবেম !

কেসিঃ অওইববা ?

ব্রুটসঃ তাউ, ঐনা হায়বিবসি, হায়বিগে ঐহাক।
চিংনফম থোকপ্রা ঐহাক নঙগী
অপংবা নশিংখাদুগীদমক্তা,
কিবিগদ্রা ঐ অঙাওবা মী অমনা মুন্না যেংলকপদা ?
কেসিঃ ও, হে লাইযামশা ! খাঙদুনা লৌখিদ্রা ঐবু পুন্নমকসি অসুম ?
ব্রুটসঃ অসিতা নত্তে ! অতৈসু লৌবি, কাযবসনু নঙগী
চাউথোকপতনা থল্লবা নথম্মোযদু;
চৎলো উৎলুচো নঙগী মীনায়শিংদুদা নঙসে
কয়া শাউগনবগে হায়বদু,
থক থক নিক্লা কিহল্লুচো নঙগী অতৈবা মীনায়শিংদুদা।
ঐ হনাখগদ্রা ? ঐ নঙবু যেংদুনা লৈগদ্রা ?
খনব্রা ঐহাক লেপলদনা, খুকখুদক কল্লদুনা
নঙগী শাউগল্লবা মচিংদু যেংদুনা লৈনি ?
লাইযাম যেংদুনা হায়বিবসিনি, যোৎচগদবনি নহাক
নশানা নশাগী অশাউবগী হূযাম অদু
মদুনা নঙবু অনি থোক্লা শেগাযববসু; ঙসিদগীদি,
নঙবু শাক্তিংগানা চুন্না ঐগী হবাও তযামগাদমক্তা
অং, ঐগী নোক্কবগীদমক নঙনা হেন্না
শাউগৎতনা হু হেল্ল চেল্লগা।
কেসিঃ মদু ফাওবা যৌগ্রবা ?
ব্রুটসঃ নঙনা হায়ববু নঙনা হেন্না ফবা সিফাইনি হায়বা ঐখোন্দগী,
ওইজৌ, ওইজৌ; নঙনা অবেব্বদা চাউথোকচবদু অচুম্বা ওগান,
মদুদা ঐসু পেনাবগে; ঐগীদি নুংঙাইজগান ঐহাক
তমজবনা খঙজবনা পুকচেল চাউবা মীশিংদগী।
কেসিঃ হিবম খুদিংমক্তা নহাক ঐবু লান্না খল্লে,
ঐখোন্দা লাল্লবনি ব্রুটস,
ঐনা হায়বদি নখোন্দগী অহল ওইববা সিফাইনি হায়বনি,
হেন্না নখোন্দগী হৈশিংই খঙহৈ হায়বা নত্তে।
হায়খিববা ঐবু হেন্না খঙহৈবা মীনি হায়না ?

ব্রুটসঃ করিগুম্বা হায়ত্রবসু নঙনা মদু, ঐ করিসু নাচুংবিদে।

কেসিঃ সিজরনা হিংলিঙৈদা অসুম্না মহাক্না ঐবু,
থৱাই শোকহনবগী থৌনা লৈখিদে।

ব্রুটসঃ তুমিন লৈরো, তুমিন লৈরো,
নঙদি মাবু শাউহন্নবা থৌনা লৈতে।

কেসিঃ ঐবু মদুগী থৌনা লৈতে হায়বা।

ব্রুটসঃ লৈতে অং।

কেসিঃ ঐবু মহাক শাউহন্নবা থৌনা লৈতবা।

ব্রুটসঃ শিবা কিদুনা নহাক নথৌনা লৈখিদে।

কেসিঃ ঐনা নঙবু নুংশিবসিদা হেঞ্জিল্লকনু কা পংহেন
তুংদা নুংঙাইরক্লোইদবা থবক ঐহাক তৌবকপা য়াই।

ব্রুটসঃ তৌপ্রবনি নঙ থবক্তু
মদুগীদমক্তা নুংঙাইতবা পোকপা য়াবা
কেসিয়স, নঙনা কিহনবদুদা করিসু পুকনিং থুকত্রবনিনে,
ঐগীদি অশেংবা পুকচেলনা খুৎলাই ওইনা ঙাক
ঐনা থৌওইরুদ্রবা লেংঙম-শাঙমদ্রবা নুংশিৎকুম
ঐগী অকোয়বদা লৈরি।
সনা থরদং পাম্মী হায়না থারুই ঐনা নঙোন্দা
মদু পীরকখিদে নঙনা, ঐদি ফত্তবা লৌশিং তৌদুনা
খোমগৎপসু ঙমদে শেল-থুম, লাইনা সাক্কীনি,
ঐগী থম্মোয়সি শাদোকপনা শেল-ময়েক ওই
ঐগী ঈসিনা ড্রেকমাগুম তাহনবনা হেন্না পাম্মী,
শুমদুনা মুনবিবদগীদি রাজরদা লৌউবশিংদগী রান্না অঙরবা
থরদং ফংজবদু পুকচেল চমদবা উপায় শিজিন্নদুনা।
ঐগী সিফাইশিংগী পীননবা হায়দুনা ঐনা নঙোন্দা
পীরক্কুবা থাখি সন্না থরা, মদু পীরকখিদে নঙনা,
কেসিয়সনব অদম তৌবা হৌনববা ?
কাইয়জ কেসিয়সতসু ঐহাক অদুম তৌগদ্রা ?
মারকুস ব্রুটসনা শেল-থুম করাম্লক্কবদি অসুক

মকুপ মপাংশিংদা খওহন উহন্দনা
থম্নবদি লোত্তুনা মমল লৈত্রবা মকোযশিংসি
হে লাইযামশা, শেম-শাদুনা লৈয়ু
নখোয় নখাযগা বজ্র পাযদুনা,
মচেৎ মচেৎ থোক্লা ককথৎনবা মহাকপ !

কেসিঃ ঐদি নঙান্দা শেল পীখিদবা তৌখিদে।

ব্রুটসঃ পাবকখিদে নহাক।

কেসিঃ পাখিদনা তৌখিদে এহাক,
এগী পাউ হন্দোকপা চৎখিবা মী অদু অপঙবনি,
ব্রুটসনা কাযহল্লে এগী থম্মোযাস,
মকুপ অমনা মকুপ অমগী অশোযবদু ঙাকপীগদবনি,
অদুবু ব্রুটসাতি এগী অশোযবদু তেন্নদুম শোবনা উহল্লে।

ব্রুটসঃ নঙনা মদু ঐদোন্দা তৌবক্রিকফাওবদি ঐসু তৌবমদে।

কেসিঃ নঙনা ঐবু নুংশিদে।

ব্রুটসঃ ঐদি নঙগী অশোযবশিংদু পামদে।

কেসিঃ মকুপকী মিৎনাদি অসিগুম্বা মবাল্লশিংসি উবন থোক্তে।

ব্রুটসঃ ন নাবা পাম্বা মীগী মীৎতদি
উবমনবা যাই অশোযবশিং অসি
ওলিম্পসকী চিং চাউনা ওনথোকপস চাংজাউই মা।

কেসি লাকলো, এন্টোন, লাকলো হে নহা অক্টেভিয়স,
নমন খুম্নবো পেম্মা কেসিযস মতোম্মওদা,
হৎবদা যাবক্রে কেসিযসাতি জগৎ অসিদা,
তুক্লা কাওথোকপিববদা মহাক্লা নুংশিজবা
মীশক অমনা শীংনবিবক্লবদা যাগা মনাওমক্তা:
মনাগী অফা অপন্নাববসদা,
মহাক্লা শোযখিবা পুম্নমক কুপনা যেংশিল্লদুনা
ইশিল্লদুনা লাইবিক অমদা, পানবদুনা
চিন্দা বা ব্রা পুনবদুনা চৈনবিগদবগী হন্না হয়।
ও, ঐহাক থম্মোয অসি কাযবমখৈ কপনিংলে

শিষ্টদুনা মিত্রগী পি চদুম চদুম ।
লৈবেসে ঐগী থাঙসি
সে খাসদনা ঐগী হাঙলবা থবাক,
মনুং অসিদনা লৈ
পুন্সিকা শনিদগী হেন্না মমল যাম্বা,
সনাদগীসু হেন্না তাংলবা ঐগী থম্মোয
নহাক অশেংবা বোমান অমা ওইববদি লৌথোক্লো।
নঙোন্দা সনা পীযু যাখিদবা ঐনা
পীবগে নঙোন্দা থম্মোযসি ঐগী,
থিল্লু থাংগসিনা থিনশিবগুম নঙনা সিজবদা,
মবমদি এ শঙই
নঙনা মাবু খাইদগী ভূক্কচখিবা মতমদুদা,
নঙনা মাবু হেন্না নুংশিবনি,
নঙনা নংশিবদগীদি কেসিযসপু কবিগুম্বদা ।

ব্রুটসঃ মখুমদা হাপচিনখো থাওদু,
শাউবা হৌনবা মতমদা শাউ, মদগী তাঞ্জা লাক্কনি
ভৌববদি নঙনা হেক পাম্বমখে
মচিং মশোলসি ব্যবহার ভৌনববোই ।
কেসিযস, নঙ অসি অশাউবা লোযনববা হান্নেংগা পোংশানি
নুংগী মনুংদা লোত্তুনা লৈবগুম মৈ:
হেঞ্জিংগা যৌশিল্লগীদি মৌব শবদং মিৎনা কুপ্পদা উম্লম্লগা
ভুমিন ইংথদুনা লৈখিবগুম্বনি অমুক হন্না ।

কেসিঃ লৈখিগদ্রা হিংদুনা কেসিযসনা
চন্নতগী নুংঙাইনবা, ফাগি-জগাই,
হবাও-তামফম ওইনবা মাগী ব্রুটসকী
অবাবা, শাউনিংবা, নুংঙাইতবনা পোথাহন্দ্রবা মহাকপু ।

ব্রুটসঃ মদু হাযখিবা মতমদা ঐসু শাউখিবনি ।

কেসিঃ নহাক মদু যৌনা নশাগী নবাল য়াববা ?
পীবকউসে নখুৎতু ।

ব্রুটসঃ ঐগী থম্মোয়স্ যাউনা পীববনি।

কেসিঃ ও, ব্রুটস!

ব্রুটসঃ কবি তৌববগে ?

কেসিঃ নুংশিবা লৈত্রা মতিকওক্লা নঙগী থম্মোযদা ঐবু ঙাকপীনবা:
অঙাওবা মচিংদনা ইমাদগী ত্রৌহৌবা
মিৎ তাংহন্দুনা পুমকাউ কাউহনখ্রবদা ঐবু ?

ব্রুটসঃ লৈ, কেসিযস: অদুনা মতুংসিদগীদি
কবিগুম্না নঙনা কা হেঁজল্লক্রবদি ঋাঙাওনবদা নঙগী ব্রুটসকা,
খনগনি মহাক্লা নঙগী নমাগী দোষতু লৈহৌববনি নঙোন্দস্।

কবিঃ (মনুংদগা) জেনবেলশিংবু ঐহাক অমুক্তা উনজগে, কবিগুম্না
নুংঙাইনদনা খবা লৈবমাল্লে মখোয অনিগী মবক্তা চুমদে থাদোকপা
মখোয অনিত্রা।

লুসিঃ (মনুংদগা) চঙবা যাবোই নহাক।

কাবঃ (মনুংদগা) অশিবা হাযবদু নত্তনা কবিগুম্না অমক্তা ঐবু থিংবা ওম্লোই।

*(কবি চঙলকই, লুসিলিয়স, টাইটিনিযস অমসুং লুসিযসনা মতুং ইন্নবকই)*

কেসিঃ কাবনো! কাব তৌরে ?

কবিঃ ইকাইখুম্নজর্ঈনি, জেনবেলশিং! কাবনো তৌবিবিসিবু ? নুংশিনবা
মকপ ইফম থোকই অসগুম্না মীশক অনিদি! নখোয অনিদগীদি
ঐ হেন্না শকখঙনববনি চহিগা শোযদনা।

কেসিঃ হা, হা! সিনিক অসিনা মঙং চাদ্রবা শেংবং অমা লেংলেদা।

ব্রুটসঃ চৎখ্রো চৎলা, ইকাই খঙদবা মাযথাবসিগা!

কেসিঃ হায়জসনু ব্রুটস কৈদৌবগে; মাগী হৈনজবীনি।

ব্রুটসঃ মানা মতম খঙলবদি মাগী ফাগীদু ঐসু খঙগনি
শেংনং পাদুনতা লৈবা অপংবশিংসিনা কাব তৌননি লান্দা ?
হে নুপা, চৎথোকখ্রো!

কেসিঃ চৎখ্রো চৎলো চৎলো! *(থোকখি কাব)*

ব্রুটসঃ লুসিলিযস, টাইটিনিযস, কমান্দবশিংদা হুকুম তৌখো,
মখোয মখোযগী কম্পানিশিং
ঙসি অাহং পোখাদুনা লৈহন্নবা।

কেসিঃ অদুগা মেসালা পুদুনা নহাক থুনমক অমুক লাকউ।

*(লুসিলিযস অমসুং টাইটিনিয়স থোকখি)*

ব্রুটসঃ লুসিযস যু খবা পুবকউ ! *(লুসিযস থোকখি।)*

কেসিঃ নহাক অদুক যাম্না শাউগনি হাযবা ঐদি খল্লুদে।

ব্রুটসঃ ও কেসিয়স, অব্রাবা কয়াগী পোৎলুম্না
ঐহাক নল্লবা মীনি।

কেসিঃ নঙগী দর্শনদুদি কবিসু শিজিন্নদ্রে নঙদি,
তান-চাদবা খুদোংথিবা থেংনবদদি।

ব্রুটসঃ কনাগুম্বা মী অমত্তা ঐঙোন্দগী হেন্না
অব্রাবা হাযবসি খাঙমলোই। (পোর্সিয়া লৈত্রে)

কেসিঃ হা ! পোর্সিযাবু !

ব্রুটসঃ মহাক শিবে।

কেসিঃ তাঞ্জাসিদা অশাউবা লংজকবিবা নঙগী নখুত্তগী,
কবম্বা লাইবক ফবনা নাম্বোবকখিবা ঐহাক শিবদগী
ও, মহুৎশিন্নিংঙাই লৈববোইদবা থম্মোয শোকপা অমাঙবনি।
কবি ওইনা নাবনো ?

ব্রুটসঃ খাংঙমদদুনা ঐ লৈতবদা
অমসুং নহা ওইবিবা ওক্টেভিয়সনা মার্ক এন্টনিগা
মপাংগল কনখৎলকলে তাবদা অব্রাবা খাংঙমদদুনা,
নুংঙাইতদ্দুনা, লোয়নবা মী লৈত্রিঙৈদা যুমদা মৈ যোৎখিবনি। হায মহাক।
মহাক লৈখিদবগা লোয়নবনা পাউসু লাকখি মদুগী।

কেসিঃ অদুগা শিববা ?

ব্রুটসঃ শিবে।

কেসিঃ ও, হে শিনাইদ্রবা লাইযার্মশিং !

*(লুসিযসত্তু যু অমসুং মৈ পুদুনা চঙলকই)*

ব্রুটসঃ মাগী মবমদা ব্রা মখা তাবনু। যু গ্লাস অমা পীযু
ঐঙোন্দা গ্লাসসিনা ঐনা থিনা তৌখিবা পূন্নমক কাউবববনি কেসিযস।

*(থকই)*

কেসিঃ ঐগী পুর্কনিং অসি মদুগুম্বা বাশক অদুতবু খৌবাংলিবনি।
হৈবকউ, লুসিয়স, শ্বাই পাথবা ফাউবা যুদু গ্লাসতগী;
ব্রুটসনা নুংশিবিবসিগী ঐ
হেঞ্জিন্না যু থকপা ঙমলোই। *(থকই)*

ব্রুটসঃ চঙলকউ, টাইটিনিযস!
*(লুসিযস থোকখি টাইটিনিয়স মেশালাগা চঙলকই)*
চঙলকউ, মেশালা।
ফন্নসি ঐখোয হৌজিক্তি নক্না মৈসিগী অকোযবদা,
অদুগা তান্নবসি ঐখোয়গী দবকাব ওইবশিংদু।

কেসিঃ পোর্সিযা, চৎলবকো নঙদি?

ব্রুটসঃ ফবে, মখা তাবনু ঐনা হাযজবিবসিনি।
মেশালা, ঐহাক চিঠী ফংলেসে,
নহা ওইবিবা ওক্টেভিযসকা মার্ক এন্টোনিগা অনিদু
মপাঙ্গল কল্লবা সিফাই মযাম পুদুনা
ঐখোযগী ইথক্তা লান্দাবক্কে হাযবগী,
ফিলিপাইগী মাযকৈ পাংদুনা মখোযগী লাঞ্জুং অদু।

মেশাঃ ঐসু অদুগুম্না চিঠী খবা ফংই।

ব্রুটসঃ অতৈদি কাব পাউ যাউই?

মেশাঃ শিবগী দণ্ড পীদুনা, আইন থুগাই হাযবগীদমক্তা
ওক্টেভিযস, এন্টোনি অমসুং লিপিডসনা
হাংখ্রে হার্যাব সিনেটব চাম অমসু।

ব্রুটসঃ মতাং অদুদদি চিঠী অনিসি মবোল মান্নদ্রে।
ঐনা ফংবা চিঠীদুদদি শিবগী দণ্ড পীদুনা
সিনেটব হুম্ফুতবা হাৎপ্র
সিসেবোসু মখোযগী মবক্তগী অমনি হার্যাব।

কেসিঃ সিসেবো যাউখ্রবা!

মেশাঃ সিসেবো শিবে, শিবগী দণ্ড মতুং ইন্না।
ইবেম্মদগী চিঠী ফংবিববা?

ব্রুটসঃ ফংদে মেশালা।

মেশাঃ ফংবিরিবা চিঠী অদুদসু মাগী মরমদা করিমতা ইরক্তবা ?

ক্রুটসঃ করিসু ইবক্তে মেশালা ।

মেশাঃ অঙকপনিদা, করিনো ।

ক্রুটসঃ করিগীনো হংলিববু ? নঙনা ফংবা চিঠীদুদা য়াউবকপ্রা
করিগুম্বা পাউ-ঈ মাগী মরমদা ?

মেশাঃ য়াউদে, করিমতা ।

ক্রুটসঃ মহাক রোমান অমনি
অচুম্বদু শেংনা হায়য়ু ।

মেশাঃ অদু ওইরবদি, খাংভু তারো অচুম্বসি ঐনা হায়রিবা,
মহাক শোয়দনা শিরে, শিবগী মরমদুসু অঙকপনি ।

ক্রুটসঃ কায়নবসি পোর্সিযা, ঐখোয় শিগদবনি মেশালা,
মহাকসু অমুক্তি শিগনি হায়বগী ৱাখলসি খন্দুনা,
ঐহাক মহাক্কা শিখিবসি খাঙবা ঙম্লবনি চৌর্জাক্ত ।

মেশাঃ অসুক চাউবা মীশক অমনা
অসুক মমল য়াম্বা অমাঙবসি খাঙবা ঙম্বা ।

কেসিঃ ঐসু নঙগুম্না মসি খাঙগদবনি হায়বসি খঙই,
অদুবু ঐদি মসি মহৌশানা খাঙবা ঙমলোই ।

ক্রুটসঃ ফরে ঐখোয়গী ইথৌ তৌনরসি ।
থুনমক ঐখোয় ফিলিপাই চৎপসি করি খল্লি মথাম্বু ?

কেসিঃ মদু অফবা ওইগনি খন্দে ঐদি ।

ক্রুটসঃ মরমদি ?

কেসিঃ মরমদি, য়েক্লবনা ঐখোয়বু থিহল্লকপনা হেন্না ফৈ,
অদু ওইরবদি য়েক্লবগী খুৎসু-খুৎলাই, চিঙ্গাক-লাংথক পুম্নমক
ৱাৎলকপা শোয়দবনি, সিফায়শিংসু চোকথব ক্লনা
তৌবক্কনি তৌবা হৌনদবা অবানবা কয়া; অদুগা ঐখোয়না
চিপুনা নুংঙাইনা পোগাদুনা লৈবগা শোয়দনা ফংগনি,
পোখাবা, ভাকশেনবা অমদি পুক্লিং খিংখিং লাউবা ।

ক্রুটসঃ অফবা মরম ওইববসু
থরা হেন্না ফবা লৈববদি মদুদা য়াবা তাই ।

ঐখোযনা লৈবিবা মফম অসিগা ফিলিপাইগা অনিগী নবক্কী
মীয়াম অসি দণ্ডিনা লুনা তৌবনি ঐখোযবু,
ঐখোযনা মখোযদগী পোংচৈ তমহনবসি শাউবিবনি মখোয়দি;
যেক্রবশিংনা মখোয়বু লাম্ছোক্তুনা লাক্লবদি
খোমগৎলক্কনি মশিং হেন্না হেন্না,
লাক্কনি হৈনিংনা, মশিং য়াম্না অমসুং থৌনা ফনা;
অসিগুম্ব পুদোং চানসিদগী ঐখোয়না মখোয়বু থিংবা ঙমগনি,
ফিলিপাইদা থেংনববদি ঐখোযনা মখোযগা
থনমদুনা মীশিং অসি ঐখোযগী তুংদা।
কোসঃ ঐনা হায়াবিবসি তাখো।
ব্রুটসঃ নঙনা যাবিবা মতং ইন্না। মসিসু খঙজিনবা চুম্মী,
ঐখোযগী মরূপ-মপাংশিং অসি ঐখোযনা ঙমজনখে
চাংযেংদুনা মশক খণ্ডলবা ঙাক্কনি,
ঐখোযগী সিফাইশিং অসিস মতিকচাব,
ঐখোযগী মবম অসিসু মতিকচাবনিঃ
যেক্রুনা নোংম নোংমগী মশিং হেক্সৎলকলি;
ঐখোযনা মতোল য়ৌবদুনা, কুমথগদবগী গ্রইদনা লৈনববান।
মাওইবগী পুন্সিদা মতমগী ঈথক হায়না অম লৈবান,
মদুবু মতম চানা ঈথক তৌবাক্লইদা থেংনত্তৌববাদ,
লাইবকফবগী লমদা পুদুনা চৎকনি,
নাম্লাকতৌববদি, শাংলবা খোঙচৎ মখোযগা পুন্সিগী,
থেংনগনি ঈবৈ অন্নাবা খুদোংথিবা ঙাক্তা।
অসিগুম্ব ঈবৈ অমদা ঐখোয তৌজিক লৈবনি;
অদুনা ঈচেল অসগী মাথকৈ পাংতৌগদবান ঐখোয,
নৎত্রবদি অবেম্নদা মাঙলনি ঐখোযগী হোৎনবস।
কোসঃ অদু ওইববদি নঙনা নাংবা মতুং ইন্ন চেন্নবসি থবক,
ঐখোযসু খোঙশান্নগনি, ফিলিপাইদা উনানবা মখোযগা।
ব্রুটসঃ য়াবী শাবিঙসিদা অহিং অসি ফনা থেংজনত্রে,
দবকান লৈবা হাযবদু ঐখোযসু মতৌশাগী ইনবা তাই;

অদুনা যামদ্রবস ঙাইহাক ঙাইহাক্তং পোথানবা তাই।
ঙাওনগদবা রা অতে কবিসু লৈত্রবা নৎত্রা ?

কেসিঃ লৈত্রে। কাযনবসি।
অযুক ঙন্তা হৌগৎতুনা থোঙশানবা হাযবদুনি মফমসিদগী।

ব্রুটসঃ লুসিযস! *(লুসিযস চঙলকই)* ঐগী ফুবিৎ অচোনবদ পীযু।
*(লুসিযস থোকখি।)*
কাযনবাস মেশালা, কাযনবসি টাইটিনিয়স
পুকচেল চাউববা, থৌনা ফববা কেসিয়স,
কাযনবসিকো নুংঙাইনা পোথাকবো।

কেসিঃ নুংশিববা মকপ!
ঙাস অহিং অহানবা উনবদদি ইনুং নুংঙাইনখিদে,
ঐখোয অনিগী মবক্তা অসিগুম্বা মত তিন্নদবসি
থোক্তবা ওইসনু কবিগুম্বদা, ব্রুটস।

ব্রুটসঃ পুন্নমক ইফ যবেদনা হৌজিক্ত।

কেসিঃ কাযনবসি।

ব্রুটসঃ কাযনবসি।

সিফাই+মেশা ঃ কাযনবসি হে ব্রুটস।

ব্রুটসঃ কাযনবসি মীপুম খুদিংমক।

*(ব্রুটস নওনা অতৈ পুন্নমক থোকখি। লুসিযসনা ফুবিৎ অচোনবদ পুদনা চঙলকই)*
কদাই ফবিৎতু। নঙগী ঈশৈগী যন্ত্রদুদি ?

লুসি০ দম্বুব মনুংদা লৈজে।

ব্রুটসঃ যাম্না উইকম উইকম তৌবেনা রা ঙাঙবদা ?
হে অঙাং, ঐ নঙবু শাউদে; নঙ কাহেন্না মিশেং শাঙলে।
ক্লাউদিযসকা মী অতৈ খবগা কৌবকউ,
ঙসিদি ঐগী দম্বুব মনুংদা তুমহনগে মখোযশিং অদু।

লুসিঃ ভাবো, ক্লাউদিযস! *(ভাবোগা ক্লাউদিযসকা চঙলকই)*

ভাবোঃ ঐবু নিংশিংবিববা ?

ব্রুটসঃ ঙসিদি নখোয ঐগী দম্বুব মনুংদা তিপলো;
কেসিযসতা পাউ চৎননবা নখোযবু ঐনা
মবক মবক্তা হেক হেক হৌদোবকপসু যাইকো।

ভাবোঃ যাথং মতুং ইন্না ননাই ঐখোয় মিশেং খাঙদুনা তোৎনজগনি
পাঙথোকচনবা তাকপীবা যাথং।

ক্রটসঃ মিশেং খাঙবাদ যাদে, তূম্নবা হিপলো;
অদু নৎত্রবদি ঐ কবি কবিনো খনবা তাবে।
যেংউনে, লুসিযস, ঐনা থিবা লাইবিক্তু সিদা লৈবমলে।
ঐগী ফুবিৎ অচোনবীসিগী ফুবিৎখাউদা হাপাখিবানিনে ঐনা।

*(ভাবোগা ক্লাউদিযসকা হিপই)*

লুসিঃ ননাই ঐঙোন্দা শিন্নবিখিদে হাযজবদুনি ঐনা।

ক্রটসঃ শাউনু ঐনা হাযবদু ইবুঙো, ঐসি ওন্থোক্লা কাউজনাথবে।
নঙবু ঙাইহাক্তং তূমানিংবদু খাঙদুনা
যন্ত্রদু পাযদুনা ঈশে সুব অমতং আনিদংগা
অদুক ঙংবা ঙমলবোইদ্রা ?

লুসিঃ শকচগে পেন্নবিগানিবু তাকপীববদি।

ক্রটসঃ নুংঙাইনি শক্রবদি,
ঐনা কাহেন্না অবাবাদ পীবেদো,
অদুবু নশানবু যানিংলবাদ,

লুসিঃ ঐগীদি ইথৌনি।

ক্রটসঃ নথৌ ওইববস্ নঙগী শক্তিগী বাংমদদি
তৌ হাযবোই ঐহাক,
ঈ নৌবিবা মীশিংদি পোত্থাবা পান্মী হাযবসি ঐসু খঙই।

লুসঃ ঐদি হান্নবা তূমথোকচকবে।

ক্রটসঃ ফবে অদু ওইববদি, অমুকসু তূমখো নঙ
নঙবু ফাদুনা থমলোই ঐহাক কুইনা,
কানিগুম্বা ঐনা হিংদুনা লৈববদি
ঐসি নঙোন্দদি অফবা ওইগনি। *(যন্ত্রগী মখোল অমস্ ঈশে)*
সুবসিদি উইনিংবা পোকহনবা জাৎনিনা। ও লাংঙমদন হে তমানিংবা
নম্থবিববা নঙনা ঈশে শকাননিবা অঙাং আসগী মথক্তা,
লূম্নবা নঙগী মিশিগুম্নবা পোৎলুমদু তূমানংহনবা হাযবগা ?
নুংশিববা অঙাং, তূমলো, কায়নবসি;

নঙবু তৌদোক্লনা অমুক হন্না তৌববোই ঐহাক অবানবা,
ঙাথকববদি কবিগুম্না নঙনা, তেকপা তাবে নঙগী যন্ত্রসি;
থাংদোক্লসে মসি নঙোন্দগী; অং তূম্মু তূম্মু হে অঙাং।
কদাই, কদাই; ঐনা ঙসাইবাই পাবম্না চেনাদুবু
থুপাচিন্দুনা থমখিবদাই পাবা লেপখিবা মফমদুদা ? (ফমথে)
সিদা লৈবে, লৈবে, (সিজবগী প্রেত মূর্তি চঙলকই)
মৈসিসু মমখ্রেদা। হা, কনানো লাকলিবসিবু ?
ঐগী মিৎ অসি শোন্দুনা অকি শক্তমনববা মূর্তি অসি
পংউ উবা ওইবম্না তাইদা।
চঙশিল্লকইনতে মসি ঐঙোন তম্না। নঙবু কবিগুম্না পোৎলা ?
নঙবু কনাগুম্না লাইবা, লাইগী দূতলা, নংত্রগা লাই ফত্তবনা,
পোকর্হাম্লিরাস ঐবু আঁকবা শম চপ চপ য়ুংহন্দুনা ?
কনানো নঙসি শেংনা তাকউ ঐঙোন্দা।

মূর্তিঃ নঙগী মাঙনবা শানগদৌবিবা মূর্তিনি ঐ ব্রুটস।

ব্রুটসঃ কবিগীনো নঙনা লাকলিবদি ?

মূর্তিঃ ঐগা নহাক ফিলিপাইদা উনগদবনি হায়গে লাকপনি।

ব্রুটসঃ ফবে; অদু ওইববদি ঐ নঙগা অমুক উনখিবা তাইদনা ?

মূর্তিঃ অং, ফিলিপাইদা।

ব্রুটসঃ ফবে, ফিলিপাইদা নঙগা থেংনবসি। (মূর্তিদু থোকপি)
তৌজক্কি ঐহাক পূর্কনিং চোইদ্রে, নঙ মাঙথোকপ্রে,
ফংনবা মর্তি, ঙাংনখিগনি ঐহাক ব্না নঙগা শবা হেল্লা।
নুপামচা, লুসিয়স ! ভাবো ! ক্লাউদিয়স ! তৌগৎলো নখোয়বুনে !
ক্লাউদিয়স হাবিববা !

লুসিঃ যন্ত্রসি সুন চাদ্রে অজ্ঞা।

ব্রুটসঃ তৌজিকফাউবা যন্ত্রদু খোংলি খল্লিমাল্লে মহাক।
লুসিয়স, ভাব তাবো।

লুসিঃ অজ্ঞা ?

ব্রুটসঃ নঙবু নমঙগা মঙলুববা, লুসিয়স,
মখোল থোক্লা লাউবকখিববু ?

লুসিঃ অজ্ঞা, ননাই ঐদি লাউখি হায়বা ভাব তাজহৌদে।

ব্রুটসঃ অং, নঙ লাউখি, নঙবু কবিগুম্না অমগা উহৌব্রা ?

লুসিঃ কবিমতা উজহৌদে অজ্ঞা।

ব্রুটসঃ তুমলুবো অমুক লুসিয়স। ক্লাউদিয়স ! (ভাবোদা) ও নুপা নঙবুনহে, হৌগৎলো !

ভাবোঃ অজ্ঞা ?

ক্লাউঃ অজ্ঞা ?

ব্রুটসঃ কবিগীনো নখোয় অনিনা তূম্না তূম্না লাউবক্লিবদি ?

ভাবো+ক্লাউঃ ঐখোযবু লাউখিববা, অজ্ঞা ?

ব্রুটসঃ অং, নখোযবু কবিগুম্না অমগা উহৌববা ?

ভাবোঃ উজদে, ঐদি কাবমতা।

ক্লাউঃ কবিগুম্না অমতা উজখিদে।

ব্রুটসঃ চৎলো, ঐগী পাউসি হাযকচো, কেসিযসতা, হাযবম্মু মঙোন্দা সিফাইশং থাখো হাযনা হায়না লেপনখিবা মতমগী মমাঙদা মাগী মতুং ইল্লক্কনি হাযযু ঐখোযনা।

ভাবো+ক্লাউঃ পাঙথোকচবগনি, অজ্ঞা হুকুমদু *(থোকখি)*

# মঙাশুবা অঙ্ক

## অহানবা উৎপা

### ফিলিপাইগী লম্পাক

( ওক্টেভিয়স, এন্টোনি চঙলকই, মখোয়গী সিফাইশিং মতুং ইন্নবকই )

ওক্টোঃ হৌজিক্তি, এন্টোনি, ঐনা হায়খিবদু চুন্নবেদো,
যেক্লবগী মীশিং অসি অবাংবদগী কুমথবক্লোই
অৱাংবা চীংমান্দা অদুম লৈগনি হায়খি নঙনা;
মদুদি ওইদ্রে, মখোয়না থেংনগদৌবিবা লানাসিদি হকথেংনবিনি;
ফিলিপাইগী লমদম অসিদা মখোয়না ঐখোয়দগী
হান্নমা ওন্না লৌশিল্লককে হায়বিরনি ঐখোয়না তকশিন্দ্রিংদা।

এন্টোঃ তুমিন লৈয়ু, ঐ মখোয়গী পুক্রিং খঙবা মীনি,
কবিগীদমক্ত মখোয়না মসি তৌবিবনো হায়বদুসু ঐ খঙই,
পংচং চৎপদনা পেনবা ওন্না কাংবুনি মখোয়দি;
লাকপনি তমথিববা থৌনাগা লোয়ননা, নিংলদুনা, খল্লদুনা
কিহন্নবা ঐখোয়বু উৎতনা মখোয়সি থৌনাফবা মীনি হায়না,
অদুবু মদুমক্তি নত্তে।

*(পাউ পুনা মী অমা চঙলকই)*

পাউঃ শেম শাবিবা জেনেবেলশিং, চঙ্শিল্লকলে যেক্লবশিং অসি অনৌবা
থৌনাগা লোয়ননা; মাঙদা পায়বদুনা লাংনা মখোয়গী অঙাংবা লানগী
ফিবালদু, থুনমক কবিগুন্না খবদং তৌহৌদবা যাদ্রে।

এন্টোঃ ওক্টেভিয়স, নঙগী সিফাইশিং পুদুনা লোন্না চঙলকউ,
লৈতেম মান্নবা লানফম অসিগী ওয়থংবা নাকল্লোমদগী নঙনা।

ওক্টেঃ ঐ চঙলককে যেৎথংবা মায়কৈদগী; নঙনা চংলকউ ওয়দগী।

এন্টোঃ তাঞ্জাসিদা চিল্লবা কবিগীনো নঙনা ঐবু অমুক শাউহল্লিবা ?

ওক্টেঃ শাউত্নবা নত্তে নঙ্বু; অদুবু ঐহাক ঐনা হায়বিবসি তৌগনি। *(থোকখি)*

*(পুংগী খোঞ্জেল। ব্রুটস কেসিযস সিফাইশিংগা লোযনদুনা চঙলকই, লুসিলিযস, টাইটিনিযস, মেশালা অতৈসু যাওবকই)*

ব্রুটসঃ মখোয লেপশ্রে, সন্ধিগী বা ঙাঙনসি হাযবমাল্লে।

কেসিঃ নফম থাদোক্নু, টাইটিনিযস, চৎলগা বা ঙাঙনকসি ঐখোয।

ওক্টেঃ মার্ক এন্টোনি, লানগী খুদম পীথ্রসিবা ?

এন্টোঃ ব্রাৎলি সিজব, য়েক্লবনা লান্দাবা হৌনক্লগা
মদুগী পাউখুম পীসি ঐখোযনা
য়েংঙু অসি; জেনেবেলশিং অসি বা ঙাঙনানিংমাল্লে।

ওক্টেঃ খুদম অমা পীবক্লি ফাওবা লেঙগনু।

ব্রুটসঃ খুৎ থানদ্রিবৈঙেদা
বা ঙাঙনখিসিবা লৈব'কমাচাশা ''

ওক্টেঃ নখোযগুম ঐখোয বাবেম ঙাঙনবা পাম্বা মী নত্তে।

ব্রুটসঃ অফবা বানা ফওবা চৈথাদগী
হেন্না ফবনি, ওক্টেভিযস।

এন্টোঃ নঙগী ফত্তবা চৈফুদুদা, ব্রুটস নঙদি
অফবা বাসু হাপচিনবনি,
নিংশিংঙু সিজবগী থম্মোয ফাউনা থিনখিবা থাঙখুলদু নঙনা
লাউবদুনা "মতম কুইনা পুনশিসনু সিজব !" হাযনা।

কেসিঃ এন্টোনি,
তৌডিক ফাওবা নঙগা চৈথাগী মওংদি খঙাদ্রি,
অদুবু নঙগী ব্রাঙাং শাঙাং অসিদি হাইব্লাগী খোইহীবু ঙমদুনা
খোইশিং অদু খোইগী কংহনবা ঙম্লবা ব্রাঙাঙনি।

এন্টোঃ মদুদা মমু যাওদবসু নত্তে।

ব্রুটসঃ ও, হোই, মখোলসু থোক্লবনি:
মবমদি খোইশিং অদুগী ঙংজনবা খোঞ্জেলদুসু
হৃদুনা পুথক্লবনি নঙনা এন্টোনি, অদুগা
যাম্না হৈশিংনা কিহনবদাই নঙদি মাসি
চিক্লিবৈঙদা নমুদুনা থিন্দুনা।

এস্টোঃ পাপীশা, নখোযদি অদুম তৌখিবা নত্তে,
নখোয়গী তমথিরবা থাঙশিং অদুনা অমগা অমগা
সিজরগী নাকথং ফাওনা লেংখিবা মতমদুদা,
নয়াশিং খিগৎখি যোংগুম্না, হূইগুম্না নমৈদু ফংফং হাইখি,
নোঞ্জখি মীনায়গুম্না, চুপচবদুনা সিজরগী মখোঙদুঃ
অদুগা কাস্কা হায়বা মহাপাপী অদুনা হূই অঙাওবগুম্না তুংদগী
থিনখিবনি থাঙ সিজরগী লোন্না ঙকশনদা।
চীরোন হৈবা পাপী ঙাক্তনি নখোয়'পুম্বা!
কেসিঃ চীরোন হৈবা হাযবা! ব্রুটস, থাগৎচৌ নশাবু,
ঙসি অসিগুম্বা মরৈ অসিদগী মরালগী ব্রাশিংসি
থোরকহল্লমলোইদবনি, য়াবম্লবদি করিগুম্বা কৌসিয়সনা হাযবা
ওক্টেঃ লাকও, লাকওসে মক ওইবা ব্রাফমদুদা
মরৈ য়েৎনবতনা হুমাং তাহল্লবদি
ফল তানবা হোৎনবদদি শাথিনা ঈহিং-নাইহিং তানবা তাবে।
য়েংঙু; শৎতোকলগনি ঐনা থাঙসি ঙসি
লৌনম-লাংথাকপশিং অদুগী মাযয়োক্তা;
থাঙ অসি কৈদৌঙৈ মখুমদা অমুক হঞ্জিনগনি খঙ্ত্রা''
মখুমদা অমুক হঞ্জিল্লবোইদবনি মসি,
সিজরগী মশাদা লৈরিবা অশোকপা থাঙখুল কুল্লাঙমদোইসিগী
মতিক চপ-চানা লমন থুমদ্রিবমখৈ; নৎত্রগনা
মশিং হাপচিন্দ্রিবমখৈ অতোপ্পা সিজর অমা
থাঙগী মযাদা শিননবা লৌনম্বশিং অদুগী।
ব্রুটসঃ সিজর, নঙদি লৌনম্বা মীগী মখুত্তা শিবা য়াবা মী নত্তে,
লোয়নদুনা পুজবক্রবদি নশামক্লা মখোয় অদু।
ওক্টেঃ ঐসু অদুম্না আশা তৌই;
ব্রুটসকী থাঙগী মযাদা
শিননবগীদমক্তদি পোক্লকপা নত্তে ঐসি।
ব্রুটসঃ ও, করিগুম্বা নঙসিনা নঙগী শাগৈগী
খ্বাইদগী পুকচেল চাউবা মী অমা ওইরম্লবদি;

তে নহা, অসিগুম্বা মী-শি অসিদগী হেন্না লেমজনফম ওইবা
ফংলবোইদবনি নহাক অ্যতোপ্পা মী-শি অমা।

কোসঃ শাউগনবা মথোং খঙদবা ছাত্র ওইবকপনি নঙদি
মতিক চাদ্রবা ফংজবদা অসিগুম্বা লেমজনফমসি,
মতম লেল্লকপনি তিন্নদুনতা মীতাশিংগা
মথোং শুক্তুবা অঙাও-অফৈগী থবক তৌবদা হৈনজবা।

এন্টোঃ থাযনগী কেসিযসতু তৌজিকসু অদুম ওইবিনা।

ওক্টেঃ লাকলো, এন্টোনি, চৎলসি।
লৌনস্নশা! নখোযগী মাযযোক্না ঐখোযনা থিংলিবসিনি,
কাবগুম্বা ঙাসিসি লান শোক্লবা ঙম্বগী নথৌনা লৈজববদি,
থোবকই লানফম তান্না, ঙম্নবোই নিংলগনা,
থোবকউ নথৌনা মতিক চানা লৈজববা কান্দা।

*(ওক্টেভিযস, এন্টোনি মখোযগী সিফাইশিংগা থোকাখ)*

কোসঃ কবনো, হুমদোবখ্রো হে নুংশিৎ, তৌবকলো ঈথক লুপথ্রসনু হিশি অসিসু!
তৌবকলে নো-নুংশিৎ, পুন্নমক খুদোংথিবগা মাযযোক্লবে।

ব্রুটস, তো, লুসিলিযস! ব্রা অমতা হাযগে, তাবিনবা!

লুসাঃ অঙ্গা?

*(ব্রুটসকা লুসালযসকা নাকল ওইনা ব্রা ঙাঙনৈ)*

কসিঃ মেশালা!

মেশাঃ কাব তাকপীগদবা জেনেবেল?

কোসঃ মেশালা!
ঙসি অসি ঐগী ইপোক নুমিৎনি, ঙসি হাযবা নুমিৎ অসিদা
পোকখিবনি কেসিযস হাযবা ঐ অসি।
নখুৎ তিংথোক্লকউ কদাই, মেশালা,
সাক্ষি ওইহৌ নহাক ঐগী, ঐগী অপাম্বগী ওয়াতনবদা,
পোমপনা তৌখিবগুম, ঐখোয় পুম্নমক্কী নিংঙম্বা কান্নবা,
চঙবা তাববনি ঐহাক লানফম অমা।
ঐদি ইপিকুরসপু লুনা তৌজবনি মাগী মতপু যাজবনি
মসিসু খঙলিবনি নহাকসু, হৌজিক্তি ঐহাক পুক্লংসি ওল্লে,

থাজবা পোকলে মচেৎ খবাদ তুংদা থোক্লগদবা লাইগী খুদমনচিংবদা।
সার্বভিসিতগী লাকপা মতমদা, ঐখোয়গী ফিবাল মতোলদা
তোংখি চাউববা ঈগল অনিথক, মশামবেং ফগোক্লদুনা,
পীজবা চিঞ্জাক্তু ঐখোযগী লাম্মীশিংগী মখুত্তগী লৌবদুনা
কুৎ কুৎ যোৎলদুনা লাম্না চাখি।
লোযনবকখি অনিদু ঐখোযগা ফিলিপাই ফাওবা,
ঙসি অযুক্তি মখোয অনিদু পাইদুনা চৎখ্রে অমুক হন্না:
মখোয অনিগী মহুত্তা, কাকয়েন, কাক, উমাইবাশিংনা,
কোইপাই পাইবি ঐখোযগী কোকতোন্দা, যেংথবি হম্বুনা
ঐখোয অসি নাকম-শাকম্নবা মখোযগী মাচঞ্জাক্লুম্না,
মখোযগী মমিসিনা অমঙ্গলগী তমথিববা চানদ্বাগুম খোকখ্রে,
মমি অসিগী মখাদা লৌব ঐখোয়গী সিফাইশিংনা,
মিকুপতা খুদুম চনহননবা ভূত প্রেতশিং অসিনা

মেশাঃ থোযনা থাজবিকনু মদুদা।

কেসিঃ ঐ মচেৎ ওইনা থাজবা পোক্লকলে,
নিংবা কাযবা তৌদ্রি ঐহাক লেপালি পুক্লিং অসি,
থেংনগে হাযনা খুদোংশিবা পুন্নমক পুক্লিং অসি হন্দনা।

ব্রুটসঃ অদুনি ঐসু লুসিলিযস।

কেসিঃ তৌজিক্তি সে, পুকচেল চাউববা ব্রুটস,
লাইযামশিংসি ঙসিদি ঐখোযবু থৌজানাবিনা ঊবি,
ইংনা-চিক্লা ঐখোযগী নুমিৎশিংসি পুন্সিগী
চহি মতম কযা ফাওবা লেঞ্জনবা
অদন্ন মীওইবগী পুন্সিাস কবিনো খঙঙমদবানিনা,
কাউথোকলোইসি ঐখোয থোক্লবা যাবদুবুদি যাম্না তমথিনা।
কবিগুম্বা লানাস মাযথিববদি ঐখোযনা,
তৌজিক উনদুনা রা ঙাওনবিবসিনা ঐখোযগী অবোইবনি,
কবিগুম্না মাযথিববদি নহাক কবি তৌগে লেপলে"

ব্রুটসঃ অদুগুম্বা দর্শন অদুগী নিয়ম,
নিযম অদুগী মতুংইন্না কেটোনা মশা মতোম্মতবু

মশানা পীজবা অৱাবনা শিজখিবদু ঐনা পামদবনা
খঙলুদে ঐহাক কবম্নো, অদুবু মসিমদি খঙলে ঐহাক
মসিমক অযম্বগী থবকনি হায়বা হঙ্গোইনফমনি খন্নগদবা,
কবি ওইবক্কদগে কিবদগী, পুন্সিগী মতমসি ঙাক্তনা থম্নবা,
খাঙবা কয়া ইশাসি হিংজনবা, ঊঙমদবা কবিগুম্বা শক্তি থবগী
কোইশেন শেন্নাবিবা ঐখোয়বু বিধাতাগী খুৎশেম ওইনা ।

কেসিঃ অদু ওইববদি, কবিগুম্বা লানসিদা মাথিববদি ঐখোগ,
পামত্রা নহাক বোমগী লমজাউ সোবোক্তা
কোইপু পুদুনা চৎপদু লানফা ওইনা জগ ওইবগী '

ব্রুটসঃ নত্তে, কেসযস, মদু নত্তে,
খনগনু পুকচেল চাউববা রোমান,
কবিগুম্বদা ব্রুটসসি পুন্দুনা কোইপু পুগনি হায়না বোমদ,
মদু খাঙতমলোই মাগী চাউববা থম্মোইসিনা; অদুবু ঙসি নুমিৎ অসিমক্তদা
লোইশিল্লগদবনি মার্চ থাগী থাযাযদা হৌগৎখিবা থবক্তু;
ঐখোয় অমুক্ত উন্নখিগদ্রা হায়বদ্রদি হাযঙনুদ্র ঐহাক ।
অদুনা লৌকো ঐগী অবোইবা বিদাযসি,
মতম চুপ্পদা, মতম লৈবা খিবিক্তা, কাযনবসি, কেসযস ।
উনববদি অমুক ঐখোয কবিগুম্বা, নোক-খেদুনা চকাও তযাম্লগনি;
কবিগুম্বা উনদ্রবসু, ঙসিগী বিদাযসি থবাই গাওনা পীনববনি ।

কেসঃ মতম চুপ্পদা, মতম লৈবা খিবিক্তা, কাযনবসি ব্রুটস;
উনববদি কবিগুম্বা ঐখোয অনি অমুকহন্না
নবাওবা ফোঙদোক্লগনি নোক খেদুনা;
উনদ্রবদি কবিগুম্বা, ঙসি কাযনবিবসি যাম্না পেল্লে ।

ব্রুটসঃ ফবে, অদুদি চৎস্ত্রো । ও, খঙবা ঙম্লবদিকো মীনা
ঙসিগী নুমিৎসিগী অবোইবদা
কবি লৈবগে হাযবসি নোংমসি হৌখিদ্রিঙদা
অদুবু নোংমসিসু অসুম হৌখিনি হাযবাসদনসু ওকলে,
অদু ওইববদি পোলোইদসু শঙলেদনা কদাই ' হাই ' কদাই । (থোকখি)

# অনিশুবা উৎপা

**মফম অমতনি। লানবুং।**

(পুংগী খোঙ্গেল। ব্রুটসকা মেশালাগা চঙলকই।)

ব্রুটসঃ শগোলদু তোংদুনা থৌগ্রো থুনা য়াংনা মেশালা,
পীকচো চেশিং অসি অসোমথংবা নাকনগী সিফাইশিংদা।
থুনমক চঙশিল্লকলো হায়য়ু মখোয়দু;
ওক্টেভিয়সকী সিফাইশিং অসি হৈনিংদনা চোকথনা উবে,
খংতক তকশিল্লবদি মখোয়সি মাযথিবা পীবা যাবনি।
থুনমক চৎলু মেশালা, মখোয় লোইনমক তকশিল্লকউ হায়যু।
*(খোকাখি)*

## অহুমশুবা উৎপা

(লানবুংদুগী অতোপ্পা শকক অমদা। পুংগী খোঞ্জেল। কেসিযস, টাইটিনিযস চঙলকই।)

কেসিঃ এ য়েংঙুনহে, টাইটিনিযস যেংঙুনে, পাপীশিংসি চেনখ্রে।
ঐ ইশামক্তা য়েক্লবা ওইকববনি ঐাঁদ ঐগী মীশিংদা,
ঐগী ফিবাল পায়বসি চেনগদবগী মমায লৈববদা,
হাৎখিবান ঐনা পাঙদবা অয়ম্বসি, মুলহৌবনি ফিবানসি মখুত্তগী।

টাইঃ ও, কেসিযস, ব্রুটসনা হুকুমদু পীখ্রে ঙনমন্না,
মহাক্না ফংলদুনা খুদোং চাবা খবা ওক্টেভিয়সকী মথক্তা,
কা হেন্না মথ্বাই য়াওশিনখিবগুম তৌখি;
মাগা লোযনবা সিফাইশিংদুদি হবাওখ্রে,
অদুগা ঐখোযবুনা কোযশিন্দুনা থমখ্রে এন্টোনিনা।

*(পিন্দাবস চঙলকই)*

পিন্দাঃ চেনখ্রো থাপনা, জেনেরেল, চেনখ্রো;
চঙহৌবে নঙগী দম্বুব মনুংদা মার্ক এন্টোনিদু,
অদুনা চেনবিখ্রো। থাপ্পা, পুকচেল চাউববা কেসিযস, থাপ্পা চেনবিখ্রো।

কেসিঃ চীংসি লাপ্প লাপমনখ্রে।
যেংঙু, যেংঙু টাইটিনিয়স, ঐনা উবিবা মৈসি মাঙদা
ঐগী দম্বুব মনুংদগী নৎত্রা ?

টাইঃ মানি, অঙ্কা।

কেসিঃ টাইটিনিযস, কাবগুম্বা নুংশিববদি নঙনা ঐবু,
তোংদুনা চৎলু নহাক ঐগী শগোলসি লৈজবা খুকপ থাদুনা,
যৌবা ফাউবা আ অথাপ্পগী সিফাইশিং অসিগী মনাক,
অদুগা হল্লকউ অমুক মফম অসিদা; তমলো ঐঙোন্দা
অথাপ্পগী সিফাইশিং অসি যেক্লববা, ঐখোযগী মীবা হাযবদু।

টাইঃ মিৎনা কৃপ্পগী মনুংদা যৌজবক্কে ঐহাক। *(থোকখি)*

কেসিঃ চৎলু, পিন্দাবস, কাখৎলু খবা রাংনা চীংসিগী মথক্তা;
ঐদি মিৎসি কয়া শেংনা উফাৎত্রে; য়েংঙু টাইটানিযসপু,
অদুগা লানবুংদুদা হায়বকউ কবি উবা নঙনা। *(পিন্দাবস চীং কাখৎখি)*
ঙসি হাযবা নুমিৎসিদা ঐহাক জগৎকা শকখঙর্নখিবনি,
মতম আস যৌবক্কে, ঐনা হৌখিবা মতম অদুদা,
লোইশিনবা তাই ঐসু অমুক,
ঐগী পুন্সিগী লমজেনর্সি লোইবক্কে।
কমদৌবিবা ? কবি উববা ?

পিন্দাঃ (মথক্তগী) ও, অজ্ঞা !

কেসিঃ কবি তৌববা ?

পিন্দাঃ (মথক্তগী) টাইটিনিযসতু শগোল তোংবশিংনা পুমকোয কোর্যাশনখ্রে,
শগোল অদু চৈ থাবি মানা, অদুবু হোৎনবি মাস্।
কোর্যাশনখ্রে মখোযনা মাবু হৌর্জিক্ত পুমকোয।
এ, টাইটিনিযসনি ! মঙাল খবা উবে।
মাসু কুমথখ্রে শগোলদগী
ফাখ্রে মহাকপু। (লাউবা) তাববরা !
যেক্কবাশিংনা লাউবি হবা ওদুনা।

কেসিঃ কুমথবক্কো, যেংলুবনু অমুক মথা।
ও অযস্থনিকো ঐসি অসুক কুইনা হিংদুনা লৈবিবসি,
ইমাঙমক্তদা ঐগী খ্বাইদগী নুংশিজবা মকপ্পু
ফাখির্বাস যেং যেংদুনা লৈবা ঙমলিবা !
*(পিন্দাবস কুমথবকই)*
লাউ, অসিদা লাউ,
পার্থিয়াদগী ঐনা নঙবু ফাবকপনি,
ঐনা বাশকখিবনি, নঙগী নপুন্সি কনবিগনি হাযনা,
ঐনা তৌ হেক হাযনা থৌদাবিবা থবক মখৈ
কবিগুম্বা তৌববদি নঙনা। লাউ, নঙগী রাশক্ত ঙাকউ;
ওইবো ঙসিদগী নিংতম্ব মী; থাঙশাং অসি পাযদুনা,
সিজবগী মথাই লৌখির্বাসমক্কা, থিল্লবো থবাক অসিদা।

অদু অদা খুন্নবা লেপ্পগনু চঙক্কদুনা; সে পাযযু নহাক মখোকসি;
সে ঐগী মায়সি মতৌ অসুন্না খুর্মজিল্লবা কানদা,
থিল্লকউ নঙনা থাঙ অদুনা। (পিন্দাবসনা থাঙনা থিল্লি)
সিজব, লমন খুন্নবনি নঙগী,
থাঙ অদুমক্কা নঙবু হাংখিবা। (শিবা)

পিন্দা: ঐহাক নিংতমলে: অদুবু নিংতম্বসি ফংলমলোইদবনি,
তৌবম্লর্বাদ কবিগুম্বা থবক্তু ঐনা অপাম্বা মতুংইন্না
ও কেসিযস, চেনখ্রগনি থাপ্পা পিন্দাবসতি লৈবাক অসিদগী
মফম অদদা, কনাগুম্বা বোমান অমতনা
মশক খঙলোইদবা মহাকপু।

(থোকখি টাইটিনিযসকা মেশালাগা চঙলকই)

মেশা: লানগী মঙাস হোংখ্রে টাইটিনিযস,
ও কৃপ্রসপু পুক্চেল চঙবা ক্রুটসকী লাম্নীনা
মসযথীবা পীখ্রে মায়থীবা পীখিবগুম কেসিযসকী লাম্নীবু এস্টোনিগীনা।

টাই: পাউ অসি তাবদা নুংঙাইগনি কেসিযসতু।

মেশা: কদাইদা থনম্বনো নঙনা মাবু ?

টাই: যান্না নিংবা কাযনা,
মাগী মনাই পিন্দাবসনা চীংদুম অসিদা থনম্বনি।

মেশা: লৈমাযথর্কসিদা হিপালিবসিবু মহাক নৎত্রা ?

টাই: মহাক্কা হিপালিবসি অতিংবগী মতৌ মান্দে।
ও, হে থম্মোয!

মেশা: মহাক নৎত্রা মসিবু ?

টাই: নত্তে, মহাক্কী ওইবম্বনি হকচাং অসি মেশালা,
অদুবু কেসিযসত্তুদি অমুকহন্না লৈত্রে।
ও, হে তাবমদাইগী নুমিৎ,
তাথখিবগুম নঙনা ঙসি ঙক্রোনবা মচুনা যোমদুনা,
তাথ্রে ঙসিদি কেসিয়সকী নুমিৎসু
ঈনা পুমঙাং ঙাংনা যোমদুনা;
বোমগী নুমিৎতু তাখ্রে! হৌখ্রে ঐখোযগী নুংথিলগী মতম;

কৃপশিল্পকলে নোংনা, তাশিল্পকলে লিক্রা, য়ৌরক্লে খুদোংথিবা;
লোইখ্রে ঐখোয়গী থবক। ঐগী জয় ওইবদু থাজদবনা
ওইহনখ্রবনি অসিগুম্বা থবক অসি।

মেশাঃ জয় ওইববু থাজদবদগী থবকসি তৌখিবনি।
ও, হঙ্গোইনিংঙাই ওইরব্রা অরান ব্রাখল
নঙদি অব্রা-অনাগী মচানি,
করিগী উৎলি নঙনা মীগী অওইবা ব্রাখলদা,
ওইদবা তৌশিন্নবগী মশক ? হে অবোনবা হাযবা নঙসু
থুনা থুনসু পোক্কনখ্রবা হায়বদুনি,
পোকপা মতমদা নঙদি কবিগুম্বদা
অমুক্তসু হবাওনা নুংঙাইনা পোক্লকখিদে,
পোকলকপদা হাত্তোকই নঙবু পোকপী পলেম নমাদু
অব্রা-অনা কয়া খাঙদুনা নঙবু নাউপুখিবী !

টাইঃ করিনো, পিন্দারস ! কদাইদনো নঙবু পিন্দাবস ?

মেশাঃ থিবস্মু মাবু টাইটিনিযস, অদুগা চৎলুগে ঐহাক, মবকসিদা উননবা ক্রুটসকা, তমলুগে পাউসি মাগী নাকোংদা, মবমদি মচিল পাববা ইস্পাৎ অমদি থৌববা হৃ তৈরবা খুৎলাইনা থিনবনবু, হেন্না পামগনি ক্রুটসকী মনাকোংদা তাবদগীদি অসিগুম্বা পাউ অসি।

টাইঃ চৎলো নহাক মেশালা থিন্দনা,
থিরুগে ঐহাক পিন্দারসপু।
*(মেশালা থোকখি)*
কবিগী কৌবনো নঙনা ঐবু হে পাঙ্গনবা কেসিয়স ?
উনখিদবরা ঐনা নঙগী মরুপ মপাংশিং ? পীখিবা নৎত্রা মখোয়না
ঐগী কোকথক্তা জয়গী লুহুপ অসি, হাযখিবা নৎত্রা মখোয়না
শিন্নরস্মু হায়না মসিবু নঙোন্দা ? তাখিদববা নঙবু
মখোয় ময়ামগী খোল্লাউসি ?
অব্রাবনিদা ! পোৎ খুদিংমক ওন্নতৈননা খনথ্রমাল্লে নঙনা !
অদুবু সে লৌকো, শিযু লৈ পরেংসি নঙকশমদা;
শিন্নরকপনি ঐওোন্দা নঙগী ক্রুটসনা নঙোন্দা পীযু হায়না;

অদুনা পাঙথোকলি ঐহাক মাগী থৌদাদু।
ব্রুটস য়েংঙু লাউ ঐনা কাইয়জ কেসিয়সপু কয়া লুনা তৌবিবা হাযবদু।
হে লাইয়ামশিং, নখোয়না সাক্ষিনি,
মসিমক্তি বোমান অমগী তৌগদবা মশরুকনি,
লাউ, কদাই, কেসিয়সকী থাঙদু, লৌবোসে টাইটিনিয়সকী থবাই অসিসু।
*(মশা মত্তোস্মতা শিজবা পুঙগী মখোল। মেশালা, ব্রুটস, কেটো (নহা), ষ্ট্রাটো, ভোলুমনিয়স অমসুং লুসিলিয়স চঙলকই)*

ব্রুটসঃ কদাই, কদাইদা লৈবিবা মাগী মশাদু মেশালা ?

মেশাঃ য়েংবিয়ু আদগীসিনি টাইটিনিয়সনা কপ্পুনা লৈবির্সিনি।

ব্রুটসঃ টাইটিনিয়সকী মমায় অসিবু নোংথক্তা ওনখৎলিদা।

কেটোঃ মহাকসু শিবমাল্লে।

ব্রুটসঃ ও জুলিযস সিজর হৌজিক ফাউবা
নথৌনা নপাঙ্গল নঙগী !
নঙগী শক্তিনা কোযচৎ চত্তুনা, ওনশিন ওনশিন থিলহনবিরে
ঐখোয় ঐখোযগী থাঙশিংদুনা ইশা ইশাগী পুক্তা।
*(পুংগী অতপ্পা খোঞ্জেল)*

কেটোঃ থৌনা ফৈদা টাইটিনিয়স !
যেংঙু অসি কেসিয়সকী শিববা হকচাংসিদা
লুহপকুম্না লৈতেংলি মহাক্লা।

ব্রুটসঃ মখোয় অনিসি নত্তবা অতোপ্পা বোমান অনি অমা
হিংলমখিগদ্রা বোম লৈবাক অসিদা ?
বোমগী অশেংবা মচা-মশুশিংগী মরক্তগী
অবোয়বনি, অতাঙবনি, বিদায় !
অমুক হন্না বোমাননা নখোযগুম্বা মচা পোকনি হায়বসি ওইথোক্তবনি।
মরুপ-মপাংশিং, নখোয়না হৌজিক উবিবা অসিদগী হেন্না
পি কয়া শিঙ্ফম থোকপনি ঐদি শিখ্রবা মীসিগীদমক্তা।
মতম অমা লাকখিনি, কেসিয়স, মতম অমা লাকখিনি।
অদুনা লাকলো ময়াম থাম্রো মাগী অশিবা মশাসি থাসোস্তা,
মাগী সংস্কারগী থবক অসি পাঙথোকলোই কেম্প অসিদা,

মদুনা ঐখোয পুম্নমকপু নুংঙাইতবা পোকহনবসু যাই।
লাকল্লো, লুসিলিযস; লাকও নঙস্ নহা ওইববা কেটো;
চেৎলসি ঐখোয লানবুং তান্না।
লোবিয়ো, ফ্লেবিযস. হৌবো লানগী শেমশানা.
পুং অহুম তাশিনখ্রে হৌজিক, অদুনা বোমানশা.
অহিং ওইদ্রিঙৈগী মমাঙদা হোৎনহৌসি ঐখোয
লাইবক চাং যেংদুনা অনিশুবা নৌহৌবা লাঞ্জংদা অমুক্কা। (থোক,৬)

# মরিশুবা উৎপা

## লানবুংগী অতোপ্পা শরুক অমা।

(পুংগা মথোল। মায়কৈ অনিমক্কী সিফাইশিংদু লান শোক্ল শোক্লদুনা চঙ্গলকই; মথংদা ব্রুটস, কেটো, লুসিলিয়স অমসুং অতৈসু চঙ্গলকই)

ব্রুটস: লৈবাকমচাশা, হৌজিকসু নিংবা কায়গনু।

কেটো: মথং চঙ্কবা কনানা নিংবা কায়দবা যাওবি?
ঐগা লেইনগদবা কনা কনানো?
লানবুং অসি শেৎকাইনা তাননবা লাউথোক্লনি ঐগী ইমিং,
ঐ অসি মার্কস কেটোগী মচানুপানি তাববা!
ফংব্রবশিংগীনা থেক্লবান, পোক্লফম লমদমগীনা মকপনি:
ঐ অসি মার্কস কেটোগী মচানুপানি তাঔরে।

ব্রুটস: ঐনা ব্রুটসনি, মাবকস ব্রুটসনি ঐ অসি:
ইবেবাক্কী মকপ ব্রুটস, ঐসি ব্রুটস হায়বদুনা।
(কেটো শাক্লনা লোৎখি)

লুসিলি: হে পুকচেল শাউববা নহা ওইবা কেটো
নহাক লৈরেদ্রকে?
নংস শিখিবনি থৌনা ফনা টাইটিনিয়সকুম্না:
অদুনা ইকাইখুম্নবা শাবনি, কেটোগী মচা ওইবনিনা।

১বা লান্মী: চঙ্গজৌ। ৎএবাদ নথ্বাই মাঙ্গনি।

লুসিলি: শিনানবগীদমক্তা ঐহাক শিঙ্গর্জাববনি,
নঙনা ঐবু হাৎননবগী মবম যাম্না লৈব্রে, (শেল পীজদুনা)
হাৎলুঢো ব্রুটসপু, মনা মথুম ফংজৌ মানা শিখিবাসদা।

১বা লান্মী: হাৎপা যাদে। মাদি লুনা তৌগদবা ফাদোকান।

২বা লান্মী: লন্মী ফাৎলু। ব্রুটস ফাবে হায়যু এন্টোনিদা।

১বা লাম্মীঃ পাউদু ঐ পীকগে। যৌবু যৌবক্লেনে জেনেবেল্দি।
(এন্টোনি চঙলকই) ব্রুটস ফাবে, ব্রুটস ফাবে অস্তা।

এন্টোঃ কদাইদা লৈ মহাক্তি ?

লুসিলিঃ কবিসু তৌদ্রি এন্টোনি;
ব্রুটসকী কবিগুম্বা অৱা-অনা লৈতে,
ঐনা চাউথোক্লা হায়বিবসিনি নঙোন্দা
কনাগুম্বা যেক্লবা অমতনা পুকচেল চাউববা ব্রুটসপু
কবিগুম্বদসু হিংনা ফাবা থক ঙমলোই,
অসিগুম্বা অটৌবা মিংদা থিবসিদগী লাইয়াম্না মাবু কর্নাবিবি।
কবিগুম্বা নখোযনা থেংনবা মতমদা মহাকপু,
হিংনবু ওইৱব শিনবু ওইবে,
থেংনগনি মাবু অদুম ব্রুটস মশামক ওইনা।

এন্টোঃ মসিদি ব্রুটস নত্তে, মকপ; অদুবু ঐনা হায়বিবসিনি
মতিকচাবা মনা পীগনি মসিগীসু।
নুপা অসি চেকশিন্না থম্মু; উৎপা হৌনবা থৌজানমখৈ
উৎকদবনি মঙোন্দা,
অসিগুম্বা মীত্রাশিং অসি যেক্লবা ওইববুদি
মকপ ওইবনা হেন্না পাম্মী ঐদি। চৎলো,
থিকচো ব্রুটসতু হিংলিববা নৎত্রগা শিববা হাযনা,
অদুগা পাউ হন্দোকলো ঐঙোন্দা
ওক্টেভিয়সকী লানশংদা, থোকখিবা থৌদোক পুম্নমক্কী। *(থোকাখ)*

# মঙাশুবা উৎপা

## লানবুংগী অতোপ্পা শরুক অমা।

(ব্রুটস, ডাবদানিযস, ক্লাইটস, ষ্ট্রাটো অমসুং ভোলুমনিযস চঙলকই)

ব্রুটসঃ লাও, লৈহৌবিবা মকপশা লাইবক খিববা,
পোত্থাবো লাও চাংদুম মথক অসিদা।

ক্লাইঃ ষ্টাটিলিযসতু মৈ উৎলকখিবনি, অদুবু অজ্ঞা,
মহাক অসি ইহন হল্লক্রেদা,
ফাখ্রবা ড়াংলা মহাকপু নৎত্রগা হাৎখ্রবা জাৎলা ?

ব্রুটসঃ ফম্মু ক্লাইটস, হাৎপিবা ওইবমগনি;
মাসনি কন্না চৎনবিবা থবক্তি
তাবব্বা খোঞ্জেলসে ক্লাইটস ? (লোন্না)

ক্লাইঃ অজ্ঞা, কমদৌবা, ঐ শুকঙম ঙমজবোই।

ব্রুটসঃ তুমিন লৈবো অদু ওইববদি, বা মখা তাবনু।

ক্লাইঃ ঐ ইঙোম্মতা শিজবনা হেন্না পামলে।

ব্রুটসঃ তাববা মখোলসি ডাবদানিযস। (লোন্না)

ডাবঃ ঐসু তৌবোবা অসিগুম্বা থলকসি ?

ক্লাইঃ ও ডাবদানিযস!

ডাবঃ ও ক্লাইটস!

ক্লাইঃ কবি ফঙবা বানো ব্রুটসনা নঙোন্দা হাযবিবদু ?

ডাবঃ মাবু হাৎলু হাযবিবনি, ক্লাইটস
যেংঙু অসি মহাক ধ্যান তৌখ্রে।

ক্লাইঃ হৌজিক্তি পুকচেল চাউববা হি অসি
অৱাবনা পিক থল্লবনি
অদুনা মনুংদা থম্বদগী পাথোবক্লবনি
মমিৎ-মনাদা ফাওবা পি ওইনা।

ব্রুটসঃ চণ্ডলকউ অসিদা পুকফবা ভোলুমনিযস; বা অমতং তাখো।
ভোলুঃ কবি তাকপিগদবা অজ্ঞা ?
ব্রুটসঃ অসিনি ভোলুমনিযস,
অহিং অনিখক্তা তোঙান তোঙান্না
লাকখি ঐগী নাক্তা সিজবগী প্রেত মূর্তিদু;
সার্দিসতা অমুক, অদুগা ঙবাং অহিংনা
ফিলিপাইগী লানশং অসিদা,
ঐগী অবোইবা পুংজা যৌবক্লে হাযবা ঐ খঙজবে।
ভোলুঃ অদুম্না তাকপিগনু অজ্ঞা।
ভোলুঃ অদুম্না শোযদ্রবনি ঐনা হার্যাববাস, ভোলুমনিযস।
উবিদনা নঙসু জগৎসি কমদৌনা চৎলি হাযবদু ভোলুমনিযস,
যেক্লবশিংনা ঐখোযবু মোঙফম যৌনা মার্যখিবা পানম্নর্বান,
(পুংগী অতপ্পা খোঙ্জেল)
মোঙফর্মাসিদা ইশা ইশানা চোংগজবনা হেল্লা মতিক চানর্বান,
মখোযনা অমুক লাক্লুনা ইষ্টববা হুষ্টববা ঙাইদ্রবস।
পুকফবা ভোলুমনিযস, ইবানিমক স্কুল অমতদা কামন্নবকানি,
মমাংইঙগী অঙাং ওইরবইঙগী নুংশির্নাখবদু
নিংশিংদুনা ঐনা হায়জবি,
পার্যবিযু নগাক ঐগী থাঙগী মখোর্কাস খবা,
ঐনা থাঙ অদুগী মযাদা ইতোম্মতা চেনশিনজবকপা মতম্দা।
ভোলুঃ মকুপ অমগী মতিকচাবা মথৌ নত্তে মদুদি অজ্ঞা।
(পুঙগী মখোল)
ক্লাইঃ চেনবিগ্রো, চেনবিগ্রো, থিম্বা মতম লৈত্রে।
ব্রুটসঃ বিদায নঙবুসুনি, নঙসু নঙসু ভোলুমনিযস।
ষ্ট্রাটো নঙদি অসুক কুইবসি তুমলুবি;
বিদায নঙসু ষ্ট্রাটো। ইবৈবাক মচাশা,
ঐগী থম্মোর্যাসিদা নুংঙাইবা পোকচবি
পুন্সি চুপ্পা অসিদা ঐনা থেংনজলকপা মী খুদিংমক
লোইনমক ঐঙোম্দদি থাজবা যাবা

মী ঙাক্তা ওইখি শায়বাসিদা,
ঙসি মাথাথিববা নুমিৎ অসিদা ঐনা ফংগনি
মিংচৎ কয়া ওক্টেভিয়স অমসুং মার্ক এন্টোনিদগী হেন্না,
ফংগদৌরিববদু মিংচৎ কান্নদ্রবা অবেমা লানগী মতেংনা মখোয়না।
অদুনা পুন্নমক বিদায়, ব্রুটসকী মচিল অসিমক্তনা
লোইশিঙ্জবর্বানি মগা পুন্সিগী ইতিহাস,
ঐগী মিৎসি যাম্না লমথবক্লে; ঐগী শক-শযাংশিংসি
আসংওম্না পুংজাস ফংনবা বানা কয়াদা হোৎনবকপদু
পোখাপ পানকলে। (খোঙ্জেল, মনুংদগী চেনখ্রো, চেনজ্রো, চেনখ্রো)
ক্লাইং: চেনবিয়ো অক্তা, চেনবিয়ো।
ব্রুটস: চেল্লমলো! ঐহাক নতং ইল্লককে।
(ক্লাইটস, ডারদানিয়স, ভোলুমনিয়স চেনখি।)
ষ্ট্রাটো নহাক ঙাইহাক হাৎলীখো ঐগী নক্তা,
নহদি ইকাইখুম্নমম ওইনা মীশক অমনি,
নংগী নপুন্সি অসিদা মদুগী শকক কয়া যাওনি,
অদনা তায়হানস ঐনা হংসি, নৈহাক্তুনা নৈমু নাবাদু,
দীনা মাস তম্না চেনশিল্লকপদা। যানবরা ষ্ট্রাটো?
ষ্ট্রাটো: অপুংতু হায়া লোকাইথংগ, কদাই। বিদায় অও।
ব্রুটস: বিদায়, ষ্ট্রাটো। (থাড় তম্না চেনশিল্লকই)
সিজর পেল্লো চিক্কা লোম্মারো ঠৌজিও,
অশিঙ্গম্না অফবা থাখলগী শকক তংখাই যাওবা যাওনা
তংখিবা নাঙ্ঙি এনা নঙ্গন।
(শিকা খোঙ্জেল। হন্নাখিবা। ওক্টেভিয়স, এন্টোনি, মেশালা,
লুসিলিয়স অমসুং সিফাইশিং চঙলকই)
ওক্টে: কনানো মসিবু?
মেশা: ঐগী ভোরেলদগী মীনি। ষ্ট্রাটো নবুংঙোদি কদাইনো লৈ?
ষ্ট্রাটো: বাদিগী লিপুন্দগী নাম্বোকলদুনা মহাক্ত লৈরে
নঙ নশাবু বান্দ ওইহঞ্জবিবা অদমনা ভৌদনা মেশালা;
লান জন ওইবশিংনা ভৌবা যাবসি মাগীদমঙ্গা
অদুক মৈ-নুং থাগৎপীবা, হৌগৎপীবা মঙাইবে।

মবমদি মশা মতোম্মতনা মাযথিবা পীর্জাখবনি ক্রুটস্যতি,
কনাগুম্বা মীতোপ অমত্তা ইকাই খুম্নবা ফংফম থোক্তে
মানা শিখিবসিগী।

লুসিলিঃ অদুনা ক্রুটসপু থিকবা তাই। থাগৎলি ক্রুটস নঙবু,
চপচানা পাঙথোকখিবগীদমক্তা লুসিলিয়সনা হার্যাখবদু।

ওক্টেঃ ক্রুটসকী লোইনবা ওইবম্বা পূম্নমক হবাও হবাও ওক্কনি।
ঐগা লৈনিন্নবা ওমগদ্রা নওসু নুপা?

ষ্ট্রাটোঃ ওমগার্নি, মেশালানা ঐবু নওগা লৈমিন্নৌ হাযববদি।

ওক্টেঃ যাই হাযবো মেশালা।

মেশাঃ কমদৌনা শিখিবনো জেনেবেলদু ষ্ট্রাটো?

ষ্ট্রাটোঃ ঐনা থাওদু পাযদুনা লৈবগা মানা মদু তম্না চেনশিল্লকপনি।

মেশাঃ ওক্টোভিযস, অদু ওইববদি
লৌশিনাবযু মাবু নওগী লোযনবা ওইনা,
পাঙথোকলুবিবা নুপাসি চাউববা থবক অমা
ঐগী ইবুংঙোগীদমক্তা।

এন্টোঃ মখোয মযামগী মনুংদা মহাক্তা
খ্বাইদগী পুকচেল চাউবা বোমান অমনি,
লৌতুনদদা যাওবা মী অতৈ পুম্নমক্তি মহাক নতনা
যাওখিবনি লৌতুনবদু সিজববু কল্লকপদগী;
মহাক মতোম্মতদি খ্বাইগী যাইফনবা অচম্বা ব্রাপলদগী
শন্দুনা যাওখিবনি মখোযগীমবক্তা
মাগী মপুন্সিদি চিংলেম্বনি লেমজনিঙাই ওইখিবনি,
মাবু শাবকপদা যাওখিবা পঞ্চভূততসু
চাং মাপনা অথোই অহেন নাইদনা তিন্দুনা হাপাখিবনি
মাবু উবদা মহৈশামক্তা লেপ্পুনা লাউবক্কনি
হানবা জগৎ পুম্বা
"মহাক্তি মী হাযবদু ওইখিবনি।"

ওক্টেঃ মাগী মতিক-মগুণ মতুং ইন্না মহাকপু ব্যবহার তৌসি ঐখোয
হৌনবী ফুম্বগী কর্ম্ম পুম্বদু পাঙথোকসি।

ঙসি অহিংদি লৈবসনু মাগী থরাই যাওদ্রবা মশাসি
ঐগী লানশং মনুংদা,
সিফাই অমগুম্না মতিকচানা ইকাইখুম্ননা।
অদুনা লান লেপলো হাযখ্রো; চৎলসি ঐখোযসু,
যেন্নকনবা ঙসিগী নুংঙাইববা নুমিৎসিগী মিংচৎশিং অসি।

(থোকখি)

লোইরবা







সেক্সপিয়ার (১৫৬৪-১৬১৬) ষ্ট্রাৎফোর্দ-ওন-এভোন মফম
অদুদা এপ্রিল ২৬, ১৫৬৪ দা পোকখি।
মাবু পোকপা মপা জোন সেক্সপিয়ার
ললোনবা শিনফমগী মীনি, মমা মেরি অরদেন ইনাক-কৈরাক
খুনবা লৌউবা অমগী মচানুপীনি।
১৫৮২ দা আন হথাৱে কৌবী নুপী অমগা লুহোংখি।
১৫৮৭ অদুৱাইদা লণ্ডন্দা লাকখি অদুগা বরবেজগী
থিয়েটর কম্পানীদা য়াওখী।
১৫৮৭ দগী ১৬১১ ফাওবা লণ্ডন্দা লৈদুনা
পৃথিবীনা শীংথানরবা কোমেদি, হিসত্রি প্লে, ট্রেজেদি
কয়া ইখি। গ্লোব থিয়েটরনচিংবগা লৈনবা মরিনচিংবা
পৃয়মক থাদোক্লগা অমুক হন্না পোক্লফম খুঙ্গং
ষ্ট্রাৎফোর্দ-ওন-এভোন্দা হল্লক্লগা
এপ্রিল ২৩, ১৬১৬ তা নোংগাখি।